# সনামহি লাইকন

মৈতৈ ময়েক অরিবদগী
শিন্দোক্তনা সম্পাদক তৌজবা


**শ্রী ৺ভোগেশ্বর**

লিরা, মাইবম লৈকাই।






তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল
সিংজমৈ চীংঙা মখা ইরোম লৈকাই।

**SANAMAHI LAIKAN**
**( A Socio-cultural History of Manipur)**
*Published by :* **Kumari Maibam Debala**
**(Matouleibi) Chanu**
*for Tamar Publications, Imphal.*

*Rs. 25/-*



অহানবা ফোংবা : ১৯৭২ ইং
অনীশুবা থুংনম : ১৯৯৫ ইং
অফোঙবা : কুমারি মাইবম দেবলা ( মতৌলৈবী ) চনু
সিংজমৈ চীংঙা মখা ইরোম লৈকাইদা
লৈবীন', তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগীদমক
৬ শুবা লাইরিক ওইনা ফোঙজবা।
মমল : লুপা ২৫/-
নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং, এণ্ড ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ, মোইরাং লৈরক।

# অহানবা খুৎনমদগী বারোল খরদং

"সনামহি লাইকন" মৈতৈ কুক্সপকী সংস্কৃতি রামান্দি ধর্মগী চৈফুমা হুথরকপদা তোইছনা মাওঙ্গ্রগাদবদু করম্না কনখিবগে হায়-ধমকী মরমদা ইবা লাইরিকনি। মৈদিংগু পামহৈবগী হাকতা রামান্দি ধর্ম চঙশিন্নকখি। শান্তিদাস গোসাইগী চেলা অমিনা মৈতৈগী হান্নগী ধর্মবু পুম্নমক মাঙনবা মুর্ণামহক্সি মূর্তি কৌনু য়ৈথায়ত্ননা থুগাইখি! মাসিমক মৈতৈগী সংস্কৃতি সভ্যতাদা লাম্ভাবমি হায়নিংঙাই ওই।

লাইরিক অসিগী অহানবা হৌরকপদা পিরিবা মালেমবু করম্না শেম্লকখিবগে হায়বগী বারী মতাংদা হায়রবগী শকতম লৈথিনকাইনা নুংশিং ওইনা কন্না শিংলক্লনা মালেম লৈশা অসি তাশীনবা ওমপ্রবদা তেংবানবগী মপুগী খুজিল থৌরাংদগী নোংথাং লৈমা পুথোক্লমা অথিংবা পিক্রমগা মালেম লৈশা অসি ওইহনখি হায়বগী মরমদা য়াম্না লাইহিংফিক ওইবা থারম্না ইরি অহুনা মৈতৈগী ইপা ইপুশিং, লয়্রোন নোংলোনগী রাকশ কজনা থওলম্মী হায়বসিমু ময়েক শেংই। অদুগা লাইরিক অসিদা রামান্দি ধর্ম লৈত্রিভৈদা মৈতৈগী ওইবা থাগী চহিগী কুমওনগী পূজা লাংজাগা মরী লৈমবা থৌরম থৌদোকী মতাংদা মথাদা উৎসবা অসি থেংনরুরগা পুক্সিংদা নুংঙাইবা অমসুং কপ্সিংবা অমিনা তিন্নি-

৭। "লোইদাম ইঙেল থাগী অহোং খোংচিং মহুং শিনবদি রথযাত্রা কাং-চিংয়ে।" লাঃ ৬৪ পরেং ১+২

৮। "লোইদাম লাংবন-থাদা খম্নাং পাপনলোন অকেম্বা ইরেং পুপানলোন অমনবশিংগী লূকলেন পূম্না শেম্না তরা চাকলুক কৎপগী মহুৎ লয়না শিনবদি, পিতৃলোক ইরাৎথৌনা শিন্নেয়ে। লাঃ ৬৪ পরেং ৩—৬ অসিনচিংবা

মৈতৈ জাতিনা মপা মপুশিং শিখি-নাখিবশিংবু মুংশিজবগী লূক কত্তনা থুরুম থাজংগী মহুত্তা বেদ-ধর্ম্মগী তর্পন কৎপনা শিনখি হায়বসিদা ইজাতি অসিগী থম্মোয় শোক্লা অবা মুংঙাই য়ান্ননিংঙাই শোয়দনা ওইফম খোকপত্নমক ময়েক শেংলি।

লাইরিক অসি শম্না হায়রবদা খৃঃগী ১৮ শুবা শতাব্দিদগী মৈতৈগী অনৌবা সংস্কৃতি, অনৌবা সভ্যতাগী ফিজোল, করম্না শেৎখিবা হায়বগী শক্তম উৎপদা নত্তনা মৈতৈ জাতিগী মরৈবাকী মমিং-মথাফাওবা করম্না হোংখিবনো হায়বত্ন তশেংনমক ময়েক লানা তাক্লি।

অসিদ-নত্তনা জাতিসিগী শক-চু শাগৈ-নাতৈগী ইপা ইপুগী খোঙ্গল শামহনখিবগীদমক হৌজিক মৈতৈ জাতিনা নিংদোল পোম্নরিবসি কদায় ফাওবা চুম্নবগে উবা ফংবিগনি, মতেক অমত্তং লৌখৎচরি—

১। "লাইরেল মৈতেংঙ্ ব্রাংঙম লয়কোয়-ফম্বদা শাণ্ডিল্য গোত্র অথোইববু থৌজাল থৃৎশিন্নরে।" মৈতৈ নিংথৌদা ( নিং-থৌজা শলাইদা ) শাণ্ডিল্য মুনিগী ধারা-নালানি হায়দুনা গোত্র ওইহন্‌বিরে।

২। "নোংবাল অঙৌবা নোংনিংথৌ-শূদা কৌশিক মুনিরেনবু হুইবিরে!" অঙোম শলাইবুনা কৌশিক মুনিগী গোত্রদা হুক-পিরে। অকোন অহান মতুং ইন্না অঙোম অসিমক্তদা ভরদ্বাজ, কৌশিক, গৌতমচিংবা মুনিশিংগী গোত্রদা তিলহনবা কয়ামরুমন্ন লৈরি।

মাসিদা নোক্লিংবা, কপ্লিংবা অনিগী ঈফাং অনিনা য়েংন-রুরগা তকশি শোন্নিংঙাইনি।

সনামহি লাইয়িংথৌগী কোল্লুমক হুয়তুনা চীংঙ মাবু লাচ্চবা হায়বা প্রথা অসি মুৎলমদ্রবদি মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতি, সভ্যতা মুৎলম্লোই হায়নিংই। পান্দম অসিদা ইরৈবাক-চাশিংদা উৎচ-নিংবনা লাইরিক অসি সম্পাদন তৌজবগী পান্দম্লি অত্তুগা মসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা পূকচেল চাউরবা শ্রীযুক্ত লাইশোম ললিত সিংহ জেনেরেল সেক্রেটরী মণিপুর কলচরেল ইন্টিগ্রেসন অমস্তুং প্রোফেসার গাংঙমৈ H.O.D. History ডি, এম, কলেজ অমদি পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউসকী মেনেজরনচিংবা মুংশিজরবা বার্কর-শিংগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন পুন্সিগী তোনশিঞ্জে। মাসিগী-দমক ঐনা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

শ্রী ভোগেশ্বর।

তাম্রা পব্লিকেসন্স, শোক ১৯৯২ দগী হৌনা ইরমদমসিগী ঈয়েক অমস্তং ঈনাৎকী ওইবা লাইব্রিকসিং মরু ওইনা পুরারী (ইতিহাস) কা মরি লৈনবা লাইব্রিকসিং পুথোকচনবগীদমক হোৎনজরকপনি। হিরমসিং অসিগা মরি লৈনবা লাইব্রিক কয়াসু পুথোকচখ্রে অথনবা লাইব্রিক কয়াসু পুথোকচনবা হোৎনজরি।

"সনামহি লাইকন" পব্লিকেসন্সসিগী ৬ সুবা লাইব্রিকসিসু অহল-লমন, মরুপ-মপাংসিংতা নত্তনা অরিবা লাইব্রিকসিংগী মরমদা থীজিন ভুম জল্লিবা নহারোলসিং অমদি মহৈরোইসিংনা য়াম্না পাম্না থীনরীবা লাইব্রিক অমনি। লাইব্রিক অসি শোক ১৯৭২দা ফোঙখিবদগী অমুক হন্না ফোঙখিদত্তুনা লাইব্রিকসি ফংনদবগী অরাবা কয়া মায়োক্লকখি। অসিগুম্বা খুদোংচাদবসিং অসি কোকত্রা খঙ্গরুত্তুনা অনিসুবা খুৎনম পুথোকচগে হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবীরকপগীদমক ইনোবেম্মা অমসুং তাদ বীরেনবু ঐনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইব্রিক অসি পুথোকুবা হোৎনবদা তেংবাঙ পীবিখিবা অহল লমন, মরুপ-মপাং অমদি মরুওইবা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা পুকচেল চাউরবা পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুরগী সরত খুমম্না প্রকনচিংবা য়েংবীখিবদা নত্তনা অতৈ তেংবাঙ কয়া পীবীরকখিবগীদমক লোয়ননা অথুবা মতমগী মনুংদা লাইব্রিকসিবু নঙীখিবা পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড প্রেসনরোগী মীওইসিংবুসু ঐনা অমুক্কা হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

কুমারি মাইবম দেবলা (মংতৌলৈবী) চনু
থোবুরেনবী :
তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

# য়াউফম তাকপা


| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | মালেম লৈশেম্বা | ১ |
| ২। | মালেম নোংখোং কোয়বা নিংথৌ হান্না | ৭ |
| ৩। | মৈচিংঙু খাগেম্বগী মচা ওইনা শাইওল্লবা | ১৮ |
| ৪। | মৈচিংঙু পামহৈবগী মতমদা | ৪৭ |
| ৫। | মৈতৈ লৈবাক মণিপুর হায়না মিংথোনবা | ৪৯ |
| ৬। | মৈতৈগী কুম্মৈদা হিন্দুগী কুম্মৈ | ৬৩ |
| ৭। | কোল্লু য়েংখায়বা | ৬৫ |
| ৮। | অমুক হন্না কোল্লু হুয়বা | ১০০ |
| ৯। | য়াংথৈ পুথি অচৌবা ভোবা | ১০৯ |
| ১০। | এপেনডিক্স | i–ix |

# তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগী
# ফোঙথ্রবা লাইরিকসিং ঃ

১। মীতৈ ময়েক তম্নবা অহানবা মশী লাইরিক ১৯৯২
অইবী ঃ মাইবম দেবলা ( মতৌলৈবী ) চনু

২। চীংনুঙসিগী ঈরাউখোল ১৯৯২
অইবা ঃ লুরাংথোই অরাম্বম

৩। ইমোইনু অহোঙবীগী লিখুল পোমিং ১৯৯৩
পোমিং কাঙবা ঃ য়ুম্নাম-চা বুধিচন্দ্র

৪। চন্দ্রকির্ত্তি জিল্লা চঙবা ১৯৯৩
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর

৫। নিংথৌ কাঙবলোন ১৯৯৪
পুথোকচবা ঃ নোংথোনবমচা ৺অঙৌ লুরাং

৬। সনামহি লাইকন
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর

ফোঙথ্রবা লাইরিকসিং অমসুং অতৈ মখল কয়াগী
লাইরিকসিংগী ফংফম ঃ
মাইবম দেবলা ( মতৌলৈবী ) গী য়ুম
সিংজমৈ চীংঙা মখা, ইরোম লৈকাই

অমসুং

পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইরাং ময়ুম লৈরক মচিন।

# সনামহি লাইকন।

## ( ১ )

### মালেম লয়শেম্বা

হয়া হে, হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ শিদবা-ও! তাইবং পানবনা থঙঙমদবা, মালেম লৈময়োন, অৱাং কোরৌ নোংমদোন অসিবু লৈতরিঙৈ, অমম অঙান ওইরিবা চীংঙ্-শিদবনা, অতিংঙা মরান য়ুমওইনা, লৈচিন খোংকাউনা, পায়মা মনিংশাবু, সনা তাঙবল ওইনা ফম্ফমুবগা, লয়গী মরী-য়েং, নোংগী মরী খিনা, তাইবং পৃম্মাগী মমা শিদবী, লয়রী-নোংলি শূবী, মতু মমাম্না খোয়মা নাপি শিঙবী ওইরিবী, নমু থৱাই মীপোকপী লৈমরেন শিদবীবু পায়মা উনকোইন্নুংদা পুশিল্লবগা, চীংঙ্ মহকশাংদগী লয়হৌ-নোংহৌ ওইরিবা, লাই নামুংবা অমবু পুথোক্লবগা 'হু' কৌনা য়িংছল্লে। পায়মা মনিংশাদগী ৱাকলেন তোংয়াইপী শিদবা অমহুং চিংথোক্লক্লে। "র" কৌনা কোলোয় মমিং থোল্লে। খোইয়ম শিদবনা কুরু মাগী চিঙ-উনকোইন্নুংদগী মপারি অমম্বুং

---

হয়=তেংবানগী মমা ওইবী। মরান=য়ুম। লৈচিন খোংকাউনা= লৈচিন্দা লৈত্তুনা (অহাঙবদা লৈত্তুনা)। লয়গী মরীয়েং=পৃথিবীসিনা (লৈপাক লৈমসিনা) লৈগদবা মওং য়েংত্তুনা। নোংগী মরী-য়েং= ঈশিংগী অমদি মৈশাগী মওং য়েংত্তুনা। নমু থৱাই মীপোকপী=মীনু-চিংবা থৱাইপানবশিংবু পোকহনলীবী

শানফোংহল্লবগা "স" কৌনা য়োইচান্নরে। থৌরম অসুম তৌনা মপারি অহুম্মাবু ফোং-ফোং ফাউহল্লবগা লাইজ তরং ঈপাক অসিদা মালেম লয়শেমগে, অবাং কোরৌ নোংলিংগে হায়বগী মপারী অহনববু পাউকৌরবগা [১]লাংলেন কোংয়াং রাপিহন! শোয়রেল লয়থৈ হান্না হুনবা! নাবা লাংগেং নথোক্লকপা নঙবু খোইয়ম নয়েং য়েংহৌগী তেংথাননা পারী নদোম মালেম লয়রী চিংনা কোরৌ নোংহৌজরু-ও! অসুম হায়না শক্‌কোয় চিংনা য়েংনা চিনকোয় প উমেন্‌ববু নাতারবগী লৌশিং মথোঙ খঙদা উনবি পুকনিং ঙক পায়মা লয়নিঙশিংলুদা লাইজা ইরৈ চন্‌ঙম পুকনিং ফিফম খঙদা খোইয়ম কনাগুম্বশিংনা মালেম লয়হৌঙমদববু ইদোম করম লয়শেমসিবনো!

ভৌইঙম কুরু কোলোয় ময়াথংসু করম মালেম লয়দা তানা কোরৌ করম নোঙ্গা হল্লিকসিবনো! ইপল লাই মরুগী মতিক অরুবদি খঙলু ঙমদবা অহুনে। চীংঙ মথৌজাল খোইয়ম মরলকুগী, [২]লয়রীং নোংলিংঙমগৈনে। ইপল সনা মথোঙথাদুম নিঙজগে হায়না থম্মোয় মাগী লৈত্রেং লৈকান্নুংদা উন্‌বি পরৈ চেৎনা [৩]লনশাজববু চেংলৌ মিৎখিৎলবগী মপল শিদবনা মুংশি পুকনিং পেল্লবগী চীংঙ হকচাংন্নুংদা লৈরিবা [৪]লয়গী মরী, নোংগী মরী, তু-খোং, লয়হৌ-নোংহৌ, ফম্বি কাইফম, কোম্‌হা য়াইথা,

---

১। লাংলেন কোংয়াং রাপিহল=ঐগী ইচান্নুপা অহল।
২। লয়রীং নোংলিংঙমগৈনে=লৈবাক নিংথৌ শেম্বা ঙমগদবনি।
৩। লনশাজববু= লাইনিঙজববু। ৪। লৈবাক পৃথিবী ওইনবগী মরম।

ইরাং থৌনি, লয়ক্ লয়রাই চাকশঙ, খোয়বুং, চেকাই, মৈতাল, লয়চেং, কমপোং, মী, পোং, য়াহিপ, চাকচা, য়াইওই, কোনওই, ময়ুং, মফৈ, পরিং লাংশং, শা, ঙা, তীন, কাঙ, রাহী, মোম্নু কৌচেং, থরাউ খোংলি লাউরিবা পুন্নমাবু চেংলৌ মিথয়েং শানথৈ-হল্লবগা হুংকার চয়রোইননা উংকার খুংশিন্নবা অমরক পাউমেনখিয়ে।

হে পারী-ও! নঙবু নালেম শিনবা থুংনা তাইবং খুলিংও! অস্থুম কোলোয় মমিংথোংবু পারি অশীবা কৌনা থৌশীরকলে।

খোইয়ম অহনবস্থুং মপল মখোঙথাবু পুরুন্নবগা পায়মা পিবুক-হুংদা [১]হকার অকার মপুং লাক্লা, তাঙজা মরয়তোন্না, চামলৌ লাগা লৈকা-ওই, খুজিল মোইতোন্না, [২]হিঙ্গুল য়াইহুলতম, পায়মা মনিংশানা, পরিং লাংশংহুন, মুমলাং চুপলেন-য়ুং, পুন্নাং চিরোল চন্না, মালেম লয়রীং হৌরিদৈদা, মণানৌ [৩]উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা, চীংঙ্ অতোনবনা, ইশাবী করি মদোম মালেম লয়শেম্ন-গবনো হায়না, উনবি মনুং-হৌ, তিলাং মাখোয় শাউনা [৪]লয়থিন-থায়রবগী লয়হৌ ফাদরে হায়দবরা?

মশাবী অহনবদি, করিনো ওস্থোকয়ে হায়না অকি পুক্লিং চঙ, অৱা শোনথৈ-নীক্, তাঙজা মরাইবকপু, শমু থুংনা নন্না, কুরু খুয়া রেনবু [৫]ইন্দাল্লক্লে। ইপল সনা নয়াথংবু পুঙমদরে।

---

১। হকার অকার মপুং লাক্লা=হুঁকার খোঙ্গেল ঙংহুনা। ২। হিঙ্গুল য়াইহলতম=হি-য়াই হুন্দুনা। ৩। উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা=কোন্না পোকপা, (অতোনবা), ৪। লয়থিন থায়রবগী= লৈবাক থুগাইরবগী। ৫। ইন্দাল্লক্লে= লাক্লে।

মালেম লয়থিন্ খায়বনা, লয়হৌকাদরে হায়না, তাঙজা মরাইবকপু নমা পুরুমজববু, অতিংঙা শিদবনা, য়াথং অমেঙবনা পাউথেমখিয়ে।

পারী নঙবু নত্তনা, খোইয়ম করম্বনা কোরৌ নোংলিংগবনো ? [১]অরা শোনখৈ নীকছিংগুনো ! লাংচেং অমরক ওন্দেখিশও !

অসুম খৌশীখিরবদা, চীংঙ্ মহুকশাং খুংফাং চাংজৌ তরামাঃ তমপা খ্‌ৎনিথৌ তোনপোকপীদমী; খান্বী মৈরীতোনঙম তাখোক্কে হায়বগী, য়োইবু কোলোয় মমিংথোংবু, মৈরী তোমশাংনবী, মৈরী হানদোংবী, তমপা নোংখাং লৈয়া মিংথোংখিয়ে। অসুম শান-কোংহল্লবগা তিমমেনখিয়ে।

নপাল ঐগী ইম্ব্রাথংবু, তাংজা লুদা-খোংনা থেঞনাকু-ও ! নহু নিংথৌ চীংঙ্ অশীববু শিদবা ইতিনমেনগী মালেম লয়্শেম-খিববু মালেম লয়থিন খায়বনা, [২]লয়হৌক দরে হায়য়ে। ইমোম নঙদি, নহু নিংথৌনা লয়শেমলিঙৈদা, লাইজা ইপাকথক্তা, কোরৌ চুম্নিথাং খানগুম, নমু মীপুক কৈনা মুল্লরা-ও ! অসুম পাউমেল-লম্‌বগা, য়োইবু নোংথাং লৈমস্থং, লাইজা ঈপাকথক্তা, তমপা চেংলৌ মিৎপু লংনা, শান-কোংলরে হায়দবরা ?

অসাইঙৈগী খোইয়ম অশেম্বসুং, শেকমোম কায়বী-লীবু পন্নিং লাংশং-থা,, উকাক মায়থোং য়ান, চুপলেম খ্‌তা-সু, খোংফৈ চিরোন-চম্না, মালেম লয়মি তমহৌরে। চীংঙ্ লয়্থিন খায়বসুং য়াইবি কলহৌ নীক্কা, অমরক লয়থিন থায়গে হায়না লাকপবু

---

১। অরা শোনখৈ নীকছীগুনো— রারে হায়গুনা শোলৈমু।

২। লয়হৌকাদরে= লৈবাক শেম্না মপুং ফাবা ওমদরে।

অসাইৎতগী, মৈরী তোমশাংননা মৈবী হান্দোংবীবু, তমপা মিংপূ লাংনা মিংশোক্লরুবগী, উনবি পূকনিং শুক্লা, পায়মা পিবুক শুম্লবগী, য়াথং মুংশি বানা পাউমেনখিয়ে।

হে মুজা চেংলৌ শক্কোয় হেনবী! লাইজা তরং ঈপাকথক অসিদা, কোংগোল লাইজা ঈফুৎ কাওশুম, ফোং ফোং ফাউনা, তমপা মিংপূ য়েংফদবী নঙবু কনানো? পায়মা ঐগী লিনচুবী; তিলাং খোয়দাবীবু ওইরে। পম্হৌ নপা কনানা পোকপা, পলেম করম্বনা শাংপনো? কোলোয় নমিংথোংস্লুং করি কৌবনো, হায়না অস্তুম পাউহংববু নাভারবগী, য়োইবু নোংথাং লৈমা, শানওন পান্দম থঙদবী, য়োইবু মীপূক শুম্বীনা, তমপা মতৌ ওস্থোকপবু তৌরক-হীবলে। তেক্কা তেক্কা মথক্কা, তেক্কারাচা ঈফুনা, নৌগা নৌবা মথক্কা, [১]থৌহ্ু চেংজা স্নুংনম্না, [২]চৈরৈ মকা-ফোং, মানলৌ মিংমাঙ তাক্লা, মিংমৈ ত্রোরাম্থা, চিনসনা মোইকাই-কাঙ, নমু মীপূক ফৈনা মুম্না পাউখুম্লকয়ে।

মুজা ঐবু পূকনিং যৈনা মুম্না, চিনকোয় পাউশানরবা নঙবু কনানো? কোলোয় নঙগী নমিংথোংতুম করি কৌবনো? য়োইবু ঐদি পম্হৌ পানাইদা, পলেম পীনাইদা, কোলোয় মিংনাইদবী কৌবদি ঐনে। চিনকোই করি পাউমেল্লবনো হায়না, মালেম মানা লোই, থবী মতাং তেন্না পাউমেম্লরম্লবগা, ঈশিং তমলেনম্নুংদা, কোঙ্গোল ঈরিক তাকুম, শংশং উহৌরবগী, মহু নিংথৌ চৌংঙ

১। থৌহ্ু চেংজা স্নুংনম্না=নুরা ননবা। ২। চৈরৈ মকা-ফোং=ফি হাইদোক্লনা।

অতোনবনা, য়াইবি মন্নুং-হৌ, তিললাং মখোয় শাউনা হৌরকলে। লাংচেং মখোল্লকপগী, শংলৌ মথৌরাং, য়েল্লাং মওমদমবু ওইশিকপা নরিঙৈনে। মালেম লয়শেম লয়রোইবনা। হান্নঙৈনে হায়না, [১]কনবু-হৌ, মুংবু শংনা, মালেম লয়থিন খায়হৌররে

খোইয়ম অশীবদি, লয়শেম লয়রোই ঙমদনবগী, কুরু শিদবা সনা মখোঙ-খা চেংলৌ মায়থোং-ওন, কুমচীং হীগোক লীওংনা, য়াথং পাউমেনজঙমদা, শমু খোঙবী লয়থৈ য়েংনা য়াইখুংলববু, নমু মীপূক খঙবা লাইয়িংথৌনা, মপারী শককোয় চিংনা য়েংনা শানখঙ্লুর-বগী, পারী অতোনবা, শংলৌ মথৌরাংনরিঙৈনে, নিঙখল্লুরবগী অমরক য়াহমখিয়ে।

নপল এগী কোলোয় ইয়াথংদগী লৈবাক লয়রোইপাক, লয়মি তম্না খোইরা মরু ওইনা; মালেম লয়শেমহৌররো।

হে লিক্লাইও! নয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌগী, মতিক অওকুবা, মালেম লয়শেম-বা, কোরৌ নোংলিংবা অসিবু খোইয়ম লাইমিং শোন্না নাতাবি—ও!

---

১। কনবু-হৌ, মুংবু শংনা—মমায় ঙাংবমথৈ কন্থী হৌদুনা;

( ২ )

# মালেম নোংখোং কোয়বা

নিংথৌ হাপ্পা ।

হয়ি হয়া হে, হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ গুরু শিদবগী মতিক লাইজা ঈরেন্‌পুংগুম্ববু কনানা শিংথা ঙম্মু সিবনো ?

লহাননোং গুরু মাগী হকশাং লাইয়িমন্নুংদা তাশীনবা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা শিদবী য়োইবু মাগী মচু মমেন্না কোরী, শিথ্রাই, শেল, কোন, কোঙৌ, মিশি, সনা, লুপা, পোহাল, তমফা, হীওই, য়াই-ওই পম্নমাবু ওইরিবী, হিংনা চাবা মরম চাম্মা, মুন্না চাবা মরম চাম্মা, তাপোৎ তায়াং শাবা তাইবং চিঙ্গাক হাউথোই থুমথোইরিবী পুন্নমাবু নোংমদলিবী, নাদবা মপাল থা, শিদবা মউ-লিংবী য়োইবু খোইমোম লাইরৈমবু চীংঙু মাগী লরাই কোইরেন্থোন্দগী শম্নাং তুবম্মাবু ফোয়না শানশেম্নবগা শিদবা মাঙদা থানা নুমিৎ য়াইরংচানগুম্বী হে ইমোম নঙবু নপল ঐগী লরাই কোইরেনতোন [১]রাংথোইবদগী করম শানফোংবনো ? ইমোম কোলোয় নম্মিংথোংবু তমফা অরাংবী-ও [২]মিংথোংখিয়ো ! নচু নিংথৌ অহনবগী মালেম লয়রোইঙমদববু থৌরৈ তেংবাংলু ! তেংনা ঙমদমলু-ও ? অসুম পাউমেন্‌ববু নাতারবগী তমফা অরাং-বীদি লাইজা ঈরৈমনিগীনা ঈশিং তমলেননুংগী মৈতরেং থানিক্না

---

১। রাংথোইবদগী=অরাংবা পুম্বমক্কী মনুংদা থ্বাইদগী থোইনা রাংবা মফমদগী, ২। মিংথোংখিয়ো=নমিং ওইয়ো ।

লাইজা কানক্কা খাউরো খাংয়েৎন্না, লিন্দু চৈশূ পালোইননা তঙ্গুপ চেংলৌ মিংপ, লংনা চোংথাক্লক্লে।

অসাইগৈগী মত্তুনিংথৌ লৈরাং অতোনবক্সুং মালেম লযথিন খায়গে লাক্লবদা তমপা মিংয়েং শানখৈরবগী উনবি অংক্-চঙ পুকুনিং নিঙশিং লৈতরবগী কোল্লোয় য়াথং অমেঙবনা পাউমেনখিয়ে। তরং ল্যাইজা ঈপাকথক অসিদা তঙুপ নোংথাং কুপকুম কেরৌ কুপ্তম-কুপ রাংবল্ল লংতুম লংনা চেংলৌ মিংয়েং হোংফদনা লৈঙন্বী নঙবু কনানো ? খোইমোম নত্তে হকপী নয়া শানুঙন য়ন্থী করম্বনো হায়না পাউমেনরাগী তমপা লাইজ ঈরৈমা মৈবী হান্দোংবী মৈরী তোমশাৎনবীনা তোংলেং মরাং-হ্রো পিশুম পাগোই লয়-ম্লিংমৈ শেপ্পা-য়েং রারক তুয়ালহৈঙুম চিনসনা মোইকাই ঙাঙনা-হেনবীনা য়োমোন খোইরুমনোক তিংঙিংম মীপক হুনা পাউখুম-লকয়ে। হে নাহাবা! ঙানরা লৈতোঙ লেপ্পা! তমফা ম্নাই-নিংথৌগম চেংলৌ মিংপু লংনা অহেন মিংচুবা নোংথিল তরেংব-ও! মুজা ঐদি পাখং শুংবাই লোন্দনা নোংমা, নরা ঙাইখোং শি-শুনুককুম, ইপা হাঙলিবীনে। পা-চা নানম্দা শেনকু থৌথিংদা, ঙমাই উন্নোং খিনুববু পুন্না লৈতরিয়ে। তোইঙুম থেংকু-ও অপুং পো ও! ইনন পোল্লি পোকদে। রাকথরুবী মৈকাম-ও! ইচিল তুমই কামফদেয়ে। অদুস্থ মদোমদে।

চেগাই হুন্না পাউশারা লৈতুম হুন্না পাউতোয়ববু পাউতোয়ফদে। পুন্নুং হরাই মপাল শাদরি। মহুম অঙ্গো য়াবাপ্পিয়ে।

অসুম তৌনা চিনকেই পাউরন্নরিগৈদা চাংন্দ নোংনাংলেন অচৌবনা মপল বুক্ক শিদবা ময়াথংগী থৌহু নংমূ শিদবা মথক্তা

চাকচা য়াহিপ তম্বা ; খেংগু শিন্দবগী য়াংবীরেন্দা খোইয়ম মঙন্ হক্পনিগীনা লাইরেন তাউরোইনাইবু ওইনা তোক্লেন মশোংচাউ চিরেন লাংয়েন মতাল নাইনা খোঠু নূংমূ ৩ মানা শেকচুপ শৌরা ওইনা য়ুংলে। খোইয়ম্ য়ারেল খোংচিতোম্না ওইখি-নূং নূংঙৌ নাদবর্ খুনেৎনরিবগা তেন্না উপুনশিবু শিঙকাপা লয়খৈ-তু য়েংদৌ উরোং য়ুংনা মালেম লৈমায় শীরে। শিংলি পাকল ৩ মানা খোংলেন য়াইব-ওই চীংৎ হবচাংহুংদগী তন্না উপুনশি, [১]পোনবী তেনোই লোম্দমচেক্লা, হয়ি মিংলেন শোম্না পোনবি কায়দোংফম খাম্বী মৈনা ময়োঁদা, লাইজা য়িনা ফংদবা, মালং নোংশিৎনস্থ চঙদবা উবু সনাচীং মীউ ওইনা য়ুংলবগা লাইরেন অঙৌবনা কোনগা-খা উয়ুং চকমায়ুংনা পনশারে। তু, খোং, পুং, খেন, চীং, মানা ৩/৩ শুনা শানশেম্নবগা পুনূং হরাই থাঙপক থারে। [২]মরা মালেম লয়রাইরে, মহয় অঙ্গো পাল্লে।

লাই পাখং ৭ মা লাইহুরা ৮ মাবু তাথোক্লবগা [৩]নোয়না ঙমদমহললে। মায়কৈ ৮ মা শুংদাই ৬১ মা শিংখায় ১৬ মাস্থং মদোম শানশেম্নবগা [৪]লৈবাক লয়রোইশৈবু শৈশকলে! অতুস্থং মদোমদে।

---

১। পোনবী তেনোই লোম্দমচেক্লা=য়ুমদা য়োকপা তেনরা কৌবা মীগী মরোল তম্বা উচেক্লা। ২। মরা মালেম লয়রাইরে, মহয় অঙ্গো পাল্লে = ঈশিংগী মথক্তা লৈবাক শেমতুনা মওং মপুং ফারে। ৩। নোয়না ঙম,দম,হললে=হরাউ মথোই কাহুনা জগোই শাহল্লে। ৪। লৈবাক লয়রোইশৈবু=মালেম পৃথিবী শেম্বা লোইবগী ঈশৈবু।

[1]অবাং কোরৌ নোংমদোনবু নোংলিংবগা য়োইমরীইলাইরেন ভাউনবা মালেমা লাংজথে অরৈবা [2]থবী শেনকোয়রেন অপানিবক্তে লোইহাম থাজ থানিংবোনে ২ মানচিংনা থবাঅপিচাক খোংকোন সুপি, শক্তিক, থবা ওকপুরোই, তাউইহরে, পুরমাবু তোমচে মাইরেং হৌনা শানশেম্মবগা খোইয়ম কথাওবমা সুংবী সুংলেন করমবু মালেম লয়থিন থায়রবনো হায়না চীংঙু মপু কুরু শিদবা মথোওথাদা ইন্দানখিরে হায়র্দবরা ?

অসুম য়াইথংঙুরবগা শমু থক্কোং চাংজো তন্নামানা চেপা লোমা পুরুমজরবগা, ইপল ! শিদবা নথোজান্দগী মালেম লয়শেমজবা, কোরৌ নোংলিংজরুববু লয়য়োই নোংলোইজরে। অসুম বাকৎচববু নাতারবগী কুরু শিদবনা হয়াউ পূক্লিং চঙমা অমরক রাহমথরকুয়ে।

পারী নঙদি টীংঙু নতিক সুমওইমবা খোইয়ম অঙনবু ওইর-বনে। তৌইয়িঙম মালেম লয়মায়থক অসিদা তাইবং খুলিংনবব শানশেমহৌ ও ! পাউমেনরাগী কোলোয় মমিং থোংবু মালেন খুলিংবা কৌনা পায়মা মাগী পিবকমুংদগী মালেম লয়তীনথোক, তীনথোক অপিশাবু, শিদবা মাঙদা থামা চিংথোক্লকুপবু, গুরু শিদবনা মিংয়েং শানখৈরবগী অনৌবা অমরক রাহমথিয়ে।

পারী অশেম্বা ও ! [3]লয়তীন অপিশা তীনবী মরু পান্দবা

---

১। অবাং কোরৌ নোংমদোনবু নোংলিংলবগা = সুমিৎ থানচিংবা গ্রহশিংনা অতিয়াবু শেম্লগা। ২। থবী শেনকোয়রেন অপানবনে = সুমিৎনে। ৩। লৈবাক মমুংদা লৈবা তিম্বেংক অপিকপী মরু ময়াঙ-পান্দবা মশক, মওং খঙদবা তীর্ল অসিনবু করম্মা তাইবং শেমবা ওমগদগে ?

চেংগ্নৌ শরুক্লাইবা অসিনা করম তাইবং খুলিংঙমগবনো ? তৌইগুম মদোম পঙনা মাঙহন্নক্রোইয়ে ! মালেম্ময়ময়োনবদ্ তরা চানবকা তয়া থব্লায় য়োইওইহ্নবুনো ! পারী নঙবু অমরক শানশেম-ঙৈনে হায়না পাউমেনখোনগী খোইয়ম অহনবনা হঙোই লোইতাম-চাবু, তাইবং খুলিংঙমঙৈনে। অস্থম বাকংচরবদা হে নাহাব-ও ! অসিনস্থং মদোম পানঙমলোইয়ে। মহাকস্থং পঙনা মাঙহনহীক-ফরোইয়ে। ইঙা কুমদম্বা ইঙেল কুম-খাইববু ওইহনঙৈনে। অস্থম তৌনা থবাই নিংশা পানবা পুন্নমাবু শানতারবগী অরাং কোরৌ নোংলিংবদি উবাবি পুকনিং অঙক্-চঙ লাইজা ঈরে চনঙম পায়মা লয়নিঙশিংঙমদরবগী মপাল শিদবনা মপারীগী খমোয় লৈত্রেং লৈকাস্থংদা মালং নোংশিং [1]চয়রোইনমা শংশং খঙহন্নরবগী [2]খোই-য়ম মাগী শামিতন্না শানশেম্বু হকশাং কাবুম তরা মামিজিমা তাইবং মীওই চঙখোলবগী অজিংঙা শমু খংহনা খিনবস্থং খংথোম্বুং খোইয়ম লাই মরুম্বা পুকনিং হয়াউ খোইমা হাহবলকয়ে।

ইপারী নঙদি নপাল ঐগী পায়মাস্থংগী বারম অখুম্ববদ্ করম খঙলুবনো ? কোলোয় নম্মিংখোংবু নমু পোংপোকপা হায়না অমরক মিংহাংনখি-ও হায়দবরা ?

হে জিরাই-ও ! মদোম লৈজহনখিগে ! অসাইঙৌগী লাইজা ঈপাকথক্তা কোরৌ চুমিথাং খানগুম তোংচেং মাইরেং হৌনা শান-পাউতোয়বীস্থং কোরৌ হুমিৎ চুপ্পবগী মদোম ঈশিং তমলেনস্থংদা কোঙ্গোন ঈরীক তাকুম শাস্থপখিরে হায়য়ে।

---

১। চয়রোইননা=লোয়ননা। ২। খোইয়ম মাগী শামি তন্না শান-শেম্বু =চীংঙদ্ লাইওইবা মাগী শাঙংগী মমি মঙং লৌহনা শেম্বদা।

কুরু শিদবনা মমোম শক্কোয় চিংনা য়েংনা পাউমেনঙময়ে। নত্থ নিংথৌ অহনবদি লয়ব-শেম নোংবু লয়রোইরবগী নমু পোংন-চিংনা থবাই অচং-অরেপ পুন্নমাবু তাইবং খ-নলিংঙমলে। ইমোম নঙবু অরাহক্ক চোক্লরিঙেনে। কোলোয় নমিংথোংব- মালেম লয়রী-শূবী কোরৌ নোংলি-চিংবী হায়না নোইস্থ থুমলৈমা, লেমলৈ ঙারৈমা লোইমোম ফৌওইবী, কৌনা থাঙঙা য়ুস্থ-ম্ন হাঙদা য়ুমপরেন পানশং কেম্না, তরা চা কা-তম [১]তরেং লনয়েললো!

[২]লয়ক্ক খুংগুম্বদা তীনগোং লাইশ্রাবীচা য়াহিপ্পনা নাদবা মউ লিংজৌও হায়না পাউতাক্লবগা লৈমরেন শিদবীদি মপল মখোঙ-খাগী মালং চৈরোয়নখিরে হায়দবরা ?

অসাইঙৈগী চীংঙ- অতোনবস্থ উনবি পুকনিং-ঙক তুম্মুং লংলা প-নগুম মায়থোং ঈঙাং কানা মপল সনা মখোঙখাদা রাইথুংলরবগা অতিংঙা কোনখৈ অতাম্বনা শম্নাং তোনগা নাননা পাউথেমঙময়ে।

পারী অতোনব-ও! নশাবী কোংয়াং রাপিহল, শোয়রেল লয়খৈ হান্না হুনবনা মালেম লয়শেম্বা কোরৌ নোংলিংববু উনবি নখোয় শাউনা অবা শোনখৈ নীক্লগনো! পারী নখোয় ৩ মাব- মালেম তামম্নরোইয়ে কোরৌ নোংখোং কোয়বত্থম য়েংনক্ল-ও! নপল ঐগী সনা ইখোঙ-খাদা হান্না রাইথুংলবা অমদি চীংঙ- ঐগী ময়ায় কোয়রেন স্থমেরু-চীং অসিব- শমু থুংশিন্নগেনে।

---

১। তরেং লনয়েললো =শেল য়েলও। ২ লয়ক- খুংগুম্বদা তীনগোং লাইশ্রাবীচা য়াহিপ্পনা —খুংগুন্না ইকোম্ন কোয়না লৈরিবা মতুম তাবা লৈবাকী মম্নুংদা তীনগোংনা কুন্দুনা লৈবঙমনা।

অসুম য়াহমখোনবু নাতারবগী [১]মশাবী অহনবদি পূকনিং হৱাউ থোইনা, [২]পানবা য়েক্কেবা, কৈরেন [৩]উমবি শাৱাইথৌবু শাদোং গুইনা মালং চয়রোয়নখিরে ।

মশাবী চীংথোং য়াইমবসুং অসুম অৱাং নোংখোং কোয়খিরে হায়দবরা ।

মশানৌ অতোনবদি চীংঙ্ মাগী শাদোং শমু পাঙ্গল শোনবনিগীনা উনবি লয়নিঙশিংনা নিঙখনজরুবগী মালেম লয়খোং কোয়না কোরৌ নোংখোং কোয়বদি মাই কদৌনকো ! ইপল কুরু শিদবগী চোয়নৌ সনা ফম্বাল্লাংবু থোইবা অমা লৈতবা অত্তুনে হায়না পলেম ইমা থৌতিক খোনগী ইপল সনা মখোঙখাত্তুম কোয়জগে হায়না মপল সনা অৱান-খুফম ফম্বানবু কোয়জরবগা কুরু মাঙদা থানা পুরুমজববু মিংয়েং শানথৈরবগী শয়েং পানগা-লাক ফৈরা তান্দা থোংনা পাউমেনখিয়ে ।

হে পারী অতোনবা ! নঙদি নপল ঐগী [৪]ইতিঙ লাইজা ঈরেনপুংগুম্ববু করম শান্খঙ্লুবনো হায়না নোংথৌ শাইরোং মরু তাগুম [৫]অতোনবা মহকশাংদা তাশিনখিরে ।

অসাইঙৌগী মশাবী, মালেম মানা লোইনা কোরৌ নোংখোঙ কোয়বসুং য়াইথুং লরবদা মপল চেংলৌ শকখঙঙমদা মশানৌ

---

১ । মশাবী অহনবদি=খোইয়ম সনামহিদি ২ । পানবা য়েক্কেবা= কৈরেন ৩ । উমবি শাৱাইথৌবু শাদোং গুইনা=মৱাং মৱাং লাংবা শারাক্কনবা, অতোপ্পা শাদা উমবদা থৌনাফবা কৈ তোত্তুনা ।
৪ । ইতিঙ=ইশিংখা, ইগুন, ৫ । অতোনবা মহকশাংদা তাশিন-খিরে=মচা অতোনববু মাগী মতিক্কা পিকশন্না য়োমখরে ।

অতোনবরা হায়বসুং নত্তা-পূকনিং অঙক্-চঙ হি; করিনো? ওন্থোকয়ে হায়না অরা-পোৎলম-পূ খোঙবী লয়খৈ-য়েং তাঙজা মরাইবকপু শমু খৎনা নম্না শকথোং ঈঙাং-হৌ লাইজা মিৎপাল চেলনা শোনমোইখিয়ে। ইপল শিদবা ময়াথংবু লরাই হুম্বভোন্দা পুনা পাখং শমখোং চারন ঈব কংদ অরা হুইরাং শোন্দনা থৌনাজবনে। শেনবি কবো পয়াসুং শিদময়ে। নুরা লুথোং পোৎসুং পোৎখাং লাক্তময়ে। [১]নিংথৌ কোংঙানা করম কুব কুবিদবনো কহ্নকয়ে হায়না [২]নিংতে লৈরিবৈদো মশানৌ রাবলেন তোংয়াইগী চিংখোং য়াইমবসুং মরান রায়থুংলরবদা মশাবীগী পুনুং মতৌ য়েংনা রাহম্নখিয়ে।

হে ইশাবী! য়াইবি য়েলহৌগী অমম লৈশা হানবা নঙব করিগী উনবি লাংতক্লনা নিঙহল্ মাঙহল্ লৈঙম্বনো? ঐখোয়গী পন্থো ইপা পোকমাবদি লাংঙন মতৌ য়ামঙম্বা লাইনে হায়বা খঙদবরা? ইশানৌ অতোনবগী শমু মহকশাংদা তাউজিং হৈরু তাগুম তাশিল্লবগী পন্থো শক্‌খঙ ঙমদরবনে। ময়ায় কোয়রেন ফম্নিবা অসিহুন য়াংলৌ মাংদা থানা পুরুম্লসে অসুম হায়না মশাবী অহনবব [৩]শয়েং পানগা লাক্লা খুরুম্মীন্নসে হায়দবরা? অসুম তৌনা মালেম লয়দা তানা কাউবী চীগ-লুক্লা খকমজবরু মিংয়েং শানখৈরবগী নুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মপারী অতোনবগী হকশাং প্রিবুক্ননুংদা থাম্বী মৈরীক য়াইগুম চোংশিনখিবা লাইয়িংথৌনা

১। লাইপুম্নমক্কী মশেক ওইবা নিংথৌনা। ২। নিঙজিং মাঙজিংননা ৩। শয়েং পানগা লাক্লা = মখুৎ পায়না চিংহুনা।

[1]লৈচিল মরোল-মুংদগী য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা মালেম লাংজ খৈ অখৈবা থবী শেনকোয়রেং অপানবা নৃমিং য়াইরংচান্না চোংথোক্লপগুম চীংঙ্ মাঙদা লেপ্পা পাউথেম্লকয়ে।

হে ইপারী কোরৌ নোংবু খোনবা! মালেম লয়বু লূম্বা নংদি নপল ইহকশাংবু ওইরিবনে। পারী নঙবু থোইবা, চীংঙু কনা লৈরিগবনো। পূকনিং চিংন-থৌবু পুম্না লৈকগনো তৌই-য়িগুম নশানৌ অতোনবনা নপল ইতিক অক্ববু খঙলম্লবগী শিদবা মাঙদা থাঙমলে। নপা ঐবু খঙংমলে হায়বগী পারী পাখংবা কৌঙমলে। নমু তাইবং খূননিংথৌবু ওইরঙেনে। থম্বাই নিংশা হোল্লিবা পুন্নমানা [2]চৈবৈ মফিশেৎ তরা মচাকচাবু তম্না য়োইনা থৌখন্নরস্নুনো। লাংলেন কোংযাং ৱাপিহল নঙদি নয়েঙ য়েংহৌগী লংগুং লীহৌ মচীনগী শেকমোম কায়বিলীবু পরিং লাংশং থানা লীহৌবা নত্তবরা শজিক নোংদম্বা থবা নোংখাইবগুম [3]নূংনাং চাদা-লোই অহেনবা কৌনা খোইয়ম লাইয়িংথৌ ওইও নোংদম্বনে। তাইবং নোংশাপান পুন্নামানা নৃমিৎ শিংবুম থুদিংবু থৌনি খাজং-নস্নুনো! খোইয়ম নঙস্পূং অপক্কা অচৎ অরেপ খৈবিবপু থৌজাল শীনবা থুংনা লনকুবিঙেনে। অহিং ঙানবা য়াইরংচান লোইদাম থাজ পাখংবদা য়াহিপ্পা নিংনাং য়াংশারিক অপিশানা চীংখোং য়াগা কায়নৌ-ও!

---

১। লৈচিল্লক্তগী। ২। চৈরৈ মফিশেৎ তরা মচাকচাবু তন্না য়োইনা থৌখন্ন-রস্নুনো = ফিজেৎ লৈতেং তরা লুকতম কৎতুনা খুকম খাজংনরসম্নু। ৩। নুংনাং চাদালোই অহেনবা = খোইয়ম ঐগী মুংদগী থোকপা খ্বাইদগী অহেনবা ইচা।

পারী চিংখোং য়াইমবা! নঙস্ূং নমিংবু অতিয়া শিদবা কৌনা তাইবং অচৎ অওৎ পুন্নমাগী থব্রাই মহিরেন শিদববু ওইনা নপল ঐগা [১]তেথোক তেশিন্নঙৈনে।

পারী অতোনবা নঙদি কোলোয় নমিংথোংবু লংবা য়াইরংচান কৌনা য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা মহুমনূংগী চকথাং য়াউ-রোংফান্ মৈবূল হাইজাউ-থান চোঙলেন ঈন্চম খান্না হয়েং মতুং কুমওল য়াম্নবগা খুনগুম্নবগা লয়নূং থরুক অশৈবা মোইকাই থাবূ লীবা লিক্লাং ঙংকোইনবনা চীংখোং তম্না নোংদমজো-ও!

ইমোম নোংথাং লৈমা! নঙদি, পারী ওইরম থানা শেল্লরো। তিল্লিরেন শিদবা সরারেন অমম্বা নোংপোক লাই মচি, ব্লাংবরেন খানা চাউবা, থাংচিং, মারচিং লাই নংখোয় খৈবিকসূং য়োইনা থৌখন্নররো! থৌরম অসূম তৌনা নোংখাই নোংদম লোইরবগা কুরু শিদবা, মতিক ঙমখৈ নাইদবদি চীংঙূ মাগী খোইয়ম ফুরা লাইয়িমনূং নূংঙাইবা মরেপ ব্রায় অমা খূদোল অহুম ব্লাংবা খোইয়ম কোরৌ লনশা খোইবা কনানা চঙংমদবা মৈ, ঈশিং, নোংশিৎ অহুম্মানা য়োইনা থৌখনফমদা মদোম তেশিনখিরে হায়দবরা?

অসাইঙৈগী তাইবং মীনোংথৌবু ওইয়ো নোংদম্বা, তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবা [৩]নোংথিল খোইয়ম লাইবু

---

১। হন্দোক হজিন তৌনঙৈনি। ২। লুখমদগী কাপ অমগা খুদোল অহুমনা তাবা লব্রাই লিনফু, হকচাংগী খরাইদগী ব্লাংবা মফম। ৩। অয়ুক নুংথিন্দা লাইগী মতৌঙম লৈবাক্কী অফবা থবক, ব্লাখল তৌতুনা অচুম্বা ব্রায়েল থৌদা তৌবা, অহিংদনা তাইবং মীগী হৌন-লমচৎ য়ুম্বাল খুলিং তৌতুনা লৈবা।

ওইবা অহিং তাইবং মীগা ওইনা মীরাই অমনা তানফংদা পোংলাই অমনা কাফদবা শমু খুৎনা থিল্লবসুং খুৎনামুং নামুংবা। [১]খোইয়ম লাইপুংথোন অরাংবা ময়াই কোয়রেন য়াইমরুদা নোংদমহৌবা লাইয়িংথৌগী মনোংয়াই, লিক্লাই কোরৌ ইনোংথৌ-ও ! চিনসনা লাইয়িংথৌগী মনোংয়াই, লিক্লাই কোরৌ ইনোংথৌ-ও ! চিনসনা লাইমিং শোন্না নাতাবিয়ো। নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী মতিক শাইওন য়াম্ববু হুয়িচা হয়া লাউনা তেংথারক্কে।

১। লাই পুন্নমক্লা শেম্বা প্বাইগী ময়ায় ওইবা মালেম লৈবাক লৈমগী থারেল থৌদা তৌরিবা চীংঙু মাগী মশকু ওইবা।

# মৈতেংঙু খাগেম্বগী

## মচা ওইনা শাইওন্নবা।

হয়াহে হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ, [১]থিরেন উংলৈনুংগী, লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা, মালেম লয়রী শূবা, কোরৌ নোংলী চিংবা, সনা হুইরেন-ওই, শরা পাফল চেৎনা, য়াঙবী লুরোই কিন্থদবা, চীংঙু কোরৌ মীনোংথৌ, ৱাংচল মীকা-শা, নোংথি ফোংয়াং, মীচৈশূ, লোক্রৌ পনলাং মীনমখাঙ, থোঙলেন তারা মীপানপাই লাংচেং চারা মীরুথেৎ, ইনলুম নাউশং মীরুখুপ, চীংঙু কোরৌ অয়েংবা, ৱাংবল অতোংবা, খোইয়ম য়াইবি হুমচাউবা, অতিংঙা [২]পুন্নুং পান্দম নাইদবদগী লমহৌরকপা; নুঙমূ নুংঙৌ তুমদা মাঙদবদা, নুৎনাং শগাংথক্তা, লাইজা ঈরোইননা, শেকমোম কাইবি লীবু, পরিং লেপ্তম হুন্না, [৩]মালেম মপূং লাকহৌরকপা লাইয়িংথৌনা, চীংঙু মতেহৈ ওন্থোক্পা, খোইয়ম মতৌ শাইওনবনা, নয়ু লাইরেন মৈদিংঙু নোংথৌরেন, মথং নিংথৌ শমথরকপা শেনবি খাগেম্বগী তুবি সনা মহৎকশাং, খোইয়ম লাইথোং অচেৎপদা মালং নোংলৈ তাচিন্না খমকোন নোংলৈ হুমচিন্ননা লাংবল তৌহী তৌশং-য়িবু

---

১। থিরেল উংলৈন্নুংগী লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা=থিরেল ওইবা মফমদা উংশিন্দুনা মতুম তানা লৈবা মফমদগী নিপা থোক্লা চোংথোকপিরকপা। ২। পুন্নুং পান্দম নাইদবদগী লমহৌরকপা =মফম কদাইদগী লাকপনো হায়ফম খঙদবা। ৩। মালেম মপূং লাকহৌরকপা=মালেম পৃথিবীবু শেম্লকপা।

লাইরেনহুংদা-থম্ চোয়নৌ সনা পুমদা-কোনগুম লাইরেন পাঙ্গল মপুং-ফা কোরৌ নোংশিংজওগুম চীংঙ, মতিক অরুববু চাচন্নরবদা, মপল মৈতৈ লৈমা থংদা নোংবাল্লোল, অঙৌবা চমু কোরৌ নোংথিল চায়বী, চকপা মংশা ঙম্বী হুয়েল খেনলোংবা ফাবী, হুয়েল চৌখৈ-রোংফাবী, য়োইবু খোইবু তোম,থেৎলা, তেমেচেৎ হাইনৈ লাগুম্বীগী লোইদাম কুমজিন ইহুনলৈ, [১]থবা হেকমাই লিতিনলৈ, কোরৌ নোংশিং চাশূরৈ, ইমু শিনয়োম লিতিনলৈ, কোনখৈ চারা খোমজিল-লৈবু চিন্নখিরবদা, পুন্নুং চংবি লফুরাক, খাবা উন্না য়েরুরববু, লোইদাম কুমজিন ইনৌ তারবগা, চংবি লায়োন হুনহৌরকপতুগুম, য়াবা উলৈ তাচিনলৈ, য়াংইথোং শিঙশূ-লৈবু শিংলেন মপান ফানা, লৈরাং ময়াই কারমলুবদগী লৈশাৎ মমৈ হুইনা লৈরাং মমায় হুইখিবা য়োইবু চৈরৈ ফিশেংনো, থম্বাল লৈকা ফল্লিংে, লোইদাম হিয়াঙ্গে-থা হিরেন কায়শা-তান থরাই চাংদোন্খন্ নমু পোংবুম কাপ লয়রাই টাহুন্থনা লোইদাম কূমশা-থা অতুগী নিমমাং ১০ নি পানবা য়োইময়াই তাউদনবা মপারী, থাংজা মুমিৎ অকনবগী ইন্নুং শোইয়াইমা নোংয়াই শোয়বা য়াতা-মদা তেকপি ওকহৌদা মচেং কায়রৈ য়েনহৌদনা য়োইবু সনা মফমলেন লাইশ্রা খাইরককোন অখুবা নোংদা লাইরেন পাখংবা ফমদোংথোং অপিশা য়োইবু খ্নেৎ তেমখাংগা মেনলোং খাইজকা লাঙ্গোই শারু-তোংবী রাকচিং লৌকোনহনবী কারেন য়ায়দা চৈরৈ য়াকুম্নুং মোনলাং তপতাইথক্তা

১। তাইবং হকচাং ওইরক্লবা ওইরিবা খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা মহী মচি অতুনা চঙশ্রবদা।

য়াতারিঙৈ মশাবী তাইবং সরারেন্ নোংপোক খাগী লাম্থাবদি লাংবন খোইমু পাখংবনা থম্বাল লৈরিক চুপলুবগুম চৈরে লুখাং থোংমন্না লোকয়াই শিনৌ লশিং তীনগুম য়োইবু পূকনিং পীনা য়াতানোং লাইরেল [১]থবাক লিকশিনা য়োইবু সনা মতিক চূশিন্না মতে খঙদবা [২]অৱাং ফাংলৌ লাইমাখোমবগী নোংদম শাইওন্বনা লাইরেন মৈদিংঙুগী লাংবন তৌহী তৌশং-য়িবু লিকলা পিশিন্-য়াইগুম লাইজা য়িদা তানা মালং হুমলেন খোমজিন য়িবু মপল মৈতৈলৈমা নোংবললোন চক্পা মংশাঙম্বী হুয়েল মেলোংবাফাবীদা ঈমু মচেংখোম য়োইবু হুয়রাং মচা-য়ান তাউজিং মরু পল্লরে হায়দবরা ?

খোইয়ম লাইয়িংথৌ, মালেম য়াইবি লীহৌরকঙৈগী য়াৱা খোঞ্জেল অহানবা লাংবন খোইমু খোন্দানবনা চেংলৌ শকথোং, মপুং ওইনা মালেম লয়শেম হৌরকপা চীংঙু য়াইবি হুমজাউবা থৱা নোংলৈশানা লয়রোন নোংলোন, অহম্মদা য়াৱা হুমজিন্না কোনখাং তাচিন্ননা মালেম লয়খারোন, শেকনিং লয়ফু খুং শাবদা চীংঙু হুইয়েন তোমশাংননা কোরৌ নোংমদোন অতিংঙা মরা লীচংতবদা শৱা য়াইবি কংলোম তন্না সনা হুইরেন তোন্নৌ ওই-রিবা মতিক ঙমখৈ খঙদবা খোইয়ম লাইরোতিন, তিল্লি ইতাউরাই, য়াঙবী শিদবা, চীংঙু মঙল থাম্বনা মতিক য়িমওইনবা লাইয়িং-থৌগী মতৌ শাইওনবা শান্ওন্ মতিক খঙঙমদবনা লাইজা য়িরৈ

---

১। থবাক্কা থবাক্কা নপশিন্ননা থৱাই অমত্তা ওইশিন্নহুনা।

২। অৱাং ফাংলৌ লাইমাখোম্বগী = লাইয়িংথৌ সনামহিগী।

চনগুম নমু মীপূক শুন্না ঈশিং তমলেন্নংদা লোইদাম থামি উবগুম মপল মৈতৈ লৈমা থংদা নোংবাললোন অঙৌবচন্নু সেনবি কিয়াং ঙম্বীনা হয়রাং মচা-য়ান তাউজিং মরু পানববু মিৎয়েং শানখৈরবগী লাইরেন মৈদিংঙু তাইপোং লানয়াম থাবা লাঙ্গোই শাচারোকপনা তুবি পূকনিং হরাউ-চঙ কোরৌ নোংমদোন অৱাংববু শমু খূৎনা ফংলবগুম হরাউ পূকনিং চঙখিয়ে

মপল মৈতৈ লৈমা নোংপোক পাৎয়াই-লৈ শিংঙেন থম্বাল লৈগুম্বীদি য়োইবু হয়রাং মচা য়ান্ তাউজিং মরু পান্না নাকলু ফিয়ান্না, নাউয়ান পিবুক লমুরুবগী পুনলাং পিবুকনুংদা চকমোম থাউমৈ থানগুম শিনৌ কুরাং মমায় ফাওনা ঙাল্লরুবগী য়াৱা শিন্থোক্মাবু লাংনিংদনা, য়োইবু পুকনিং অতন্-চঙ, খাগী মোইত্রেং য়েত্তুম অপিশাবু, য়ারা পমজিন তিন্নিংদা, লংশুং পমনিং অমবু লাংনিংদা, শন্না হক্চোকলাং, চূবা ঙৈফানীক, মালং অচিক-খিনা কোরৌ নোংলোনখিবা খুদিংদা, মালেম চীংলৈবাক থৌদ্বু নুংমোন ওইনম্ববু, তরা চাওই-তম তাউজিং হয়চানিঙববু খুৎলেপ্পা, য়োইবু চেংলৌ শকথোংতাই, পুকনিং ঙৌখি শোংকাংনীক, মোইকাই চিনসনা চিনবানকং, য়ারা তুখোংচু শিনৌ কুরাং মমায় ওন্না অরো ওল্লাং-শাউ, চৈরৈ হক্তা থোংনিংদা চীংঙু মঙাল অরাবনা হকচাং পান্দা-ফাউ, নারা তুতু শিনৌ কুরাং-নিন্ য়োইবূ চাইজি হয়রাং-চান, খাগী লংনা কনবা কিয়াং লানা য়োম্বা, নাৱা খুৎরাই থোং, তুবি থৌজান ঙমদাই-হৈ, তাউজিং মরয়ফাবীবু থিকলেন লৈখোং-হৌ, য়াৱা খোম্লি-তিং, শন্না লৈমায়-চোন, খোমজিন তমফা লিক্নোই

থিনগুম, খোম্লাং চিন্দাইমু, থিকলেন লৈখোং য়ুংনা, য়োইবু শিংলি পাফন পরীং-তিং, তিল্লাং লৈরুম কংনা, ওল্লাং ইশৌলাংবগী, চৈরে নমখাং ফিদ্দাই কাও, মালং নোংশিং অচীক-খেম, শন্না হক্চীক্ থিনা, নাউয়ান মপুং ফাজিল্লক্লবগী, লোইদাম নিনমাং থানা, থাজা মপূং ফাখৎলকপদুগুম, ফিয়ান মডান্নাই, য়োইবু খৌরী ঙক্কোইচেং, খজাই নাকলৌ-নোপ চাইরুং মচি-লাং, চেংলৌ মিংফম [১]ময়েংতা নাপ্পা, লোনহাইরা, নমু মীখোঞ্জেল অরাংববু তানিঙদা, য়োইবু শমূ মখোঙবী অনিমাবু, মদোম য়েংজঙমদরবগী, লাইরেন মৈদিংগু, নোংপোক খাগী লাম্থাবনা পাউমেল্লকয়ে।

লাইরেল ইপা মৈদিংগু শেনবি মুয়াম্বগী অমাইবা, অকোং থিয়াথৌ নঙগা, থেংগা মাইবা ইনাউয়োক [২]খাবী থিয়াথৌ অমাই শুমদোং-লাং, নিংথৌ মাইবা মংজুম্বা, মংপোৎ চাদং-য়াম্বা, খোইয়ম লাইলহ্গু, নবিংঙাবু লাউ-ও! য়োইবু ইশানৌ! থংদা নোংবাললোন, লোইবি কোইরেং অকোং লোক্কী হুয়েল খারাচোং ফাবীবু; ফোয়রৌ মনোংথৌনা লনকুবা, রাংবল মকাশানা য়োই চানবগী, তৌশিকলা! হয়রাং মচা-য়ান ভাইরোং [৩]তাউজিং মরু পললে। লাইরেল ইপারী, সনা বাশিহল, ডলাই লেংপুথক্লা, কোনখাং ময়েন য়াম্বা, কংলা লাইরা পরীংতম, [৪]শাবন লাম্থোং শীনরবু শাৎকবরা?

---

১। লোম্না তুমিন্না বা ভাংবা ২। লাইগী মফমদা থিজিনবদা থৌনা ফবী মাইবী, মাইবা। ৩। অঙাং গর্ভ পুরে। ২। খাইগী মকোক ওইবা চুচিংগদবা নিপা ওইনবগু পোক্কদরা।

ইমোম তমপা রাংঙমলোন, খুরাই মৈতৈ লৈমা, লাংগোই শয়াংথক্তী, সনা খোঙখৈ নম্বু মরোন-য়াম্বী, রাজ্যোম লাইনূরা অহেংবী, খোম্বা ঈনলেন থাম্না, য়াম্না ছমাই মাইরেং হৌবী, ফিরাক থকথন্ননা, মুংফি লয়রুম্নবিবু, ফুইগবরা হায়না, তুরেল লাইজা য়িম্বাংমা, থায়াংবা পুরুম-শঙ, অথৌবা মকাম-শঙ, চীংঙু অরাংকোন, রাজ্যোন তমপাক লয়নামুংদা খোমলেন মংজঙলাউ ও ছায়ববু নাতারবগী, নিংথৌ মনাউয়োক অনিমানা ঙাইখোং তোনবা পানৌরুক, মনুং খোমজ্জনলুক, তাংখুল কাউশৌ খুনঙমলুক, শিঙমিৎ লাংমিৎ অথৌবা ফানরুক, ফৈরোয় মঙদারুক্তা, চীংখোং পোইরৈতোন খুম্হোক-লা, পোইনাউতা খুনকাউ-লা, তাকৎ তাচেন-লা তাকাই খুনথোক-লা, লাইরেন মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা, নুঙ-গোন খুনঙমলা চীংবল লাংঙন-লা নোংথৌরেন তুবি চরাইরোংবা নুংতেক খুনঙম-লা হুয়েল ফুংকারেংবা ফান-লা, মৈতেংঙু থোংনাং ময়াম্বা শেনবি শোংশুক খুনঙম-লা, ভথেল লাকথম ফান-লা, থোংনাং কুম্বাই য়িথোংথোং-লা, চেকোং লাংশুন-লা চামলৌ লাশুং কুইবা, পুম্লুং লাফৈ পাকপা খোয়মা লৈয়ি থোংদবা খোইয়ম লাইফম হাঙদবা, চামলৌ লারিক চামদবা, অহোঙ পুংফা-লা থেরে লাফম-লা পোইরৈ থেরাং-লা, রাংঙম পোংথৌ-লা অতাই চিরাং-লা, চামলৌ লারাক তাংদনবু লারোন ঙাইথিং য়ৈ, চামলৌ থোপচম্ননা, অঙৌবা পুরৈরোম্বনা শিংকাং নামৈয়েপ্পা উমি খুত্তাশূবা মনাউয়োক, চীংথোং পোইরৈতোম খুনথোক-ফৌ, য়োইবু খোই-মোম লাইরেম্মা, য়াংমোম মহইরোইনাই লোইমোম ফৌঙইবি,

য়োইফৌগী তরা চেঙ-মাচং মৈতেংঙ্ নোইনাই থৱাম্বাবা নোংয়াই থোংলেন মোইথেম-চেঙ; নোয়াই অরূবা অদোন তালম্বু, ৱাংদৈ য়াঙবা থোংঙাই পাম্বা ফান-চেঙ মৈতেংঙ্ কিয়াম্বা কিয়াং খুনঙম-চেং; চৌরেংখম মিংনাইবা ফান-চেঙ লাইরেন শেনবি খাগেম্বা থোংনাং লান্দা-চেঙ তেককারাচা অথৌবা ফান-চেঙ; মৈতেংঙ্ থোংনাং ময়াম্বা শেনবি শোংশুক মোইথেম-চেঙ; থৌমান কেংবান অথৌবা ফান-চেঙ, নোংপোক লোইখোম-চেঙ, য়োইবু তালোই ভূচা-হৌ য়োইহৈ তয়ম নাইজা হুপ্পা খাগী ফরাংচিদা চোপোৎ লুরোই শ্রেম্না ; পানবা মতুং ইন্না; কৈরেন মমৈ ৱায়না; তরা চেঙজেন চেং; লাইসনা থৈথেং থৈঙা-লা, হয়তাউ মোংখা-লা, লাইমোম চেকথেম লাদা, [১]লোইমোম থাদা চেংজা মাঙলম ইন্না, নিঙখন চেঙবু চেঙঙৌ ফাহাপ্পা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লেংলেং মুরাবী তাংজা শমপোক্তা, শম্নাং চোইনা কেন্দা, থিকলেন থানাইদবীগী পিরেন চাইজি য়েৎলমগীনা ৱাইরং খোংলেনববু শানওন্খিয়ে! পিরেন চাইজি ওইরমগীনা তেংলৈ শিখোং লোনয়াম্বীবু ওইখিখোং তাইতন অমে নিংঙোল শূ-চা মপারী লাংলেন কোংয়াং ৱাশারী কৌবনা খোইঙান য়ুমথিখিবদা লাংবল খোংলা থাংনা খোং-খঙবা, পাশি খোইদোম লুখ্রাবীনা পাউতাকখোং ; ৱাইরং খোংলেনবগা অঙৌবা তেংলৈ শিকোং লাম্থাবনা মমা অখোং ফৈথেকপিচা ; লোইবি তরাউ লমপুবা; খুমন চূমবরেংবা ফানা-খোং শিকোং লোনয়ামখোংগা

---

১। য়াঙ্কোক্তা চেং খঙ্গদা হকচাংলোমদা ফৌ অতুগা মাঙলোমদা চেং ফজবা অতু চৎহল্লগা ফত্তবা খন্দোক্লবা চেঙ।

খোংলেন অনিমাগী মোইমু থুমহী অরুবা [১]লৈরঙ ফানশাং-লিং চেগাই লংবিচাদি খাগ-থা, মৈরুৎ নোংলোমু-শেম, মৈরী পোন্চৎনা লারাক খাংদাই-থোম চিনলেন মাইকোয় লেম্না কাংলক-থুম, মোইনু মপাম চিরবা, থুম্বি মনাই হৌদবম্পুং লেঙ্গা-খন; লমলেন মদাইমা, হাউরৈ খানা পাংবরম, লমলেন য়োংমু-খুন, মহৌ ফাইবোক চৗংদা পানবা-শিং, মপল লিক্লা পিচা, নোদংনু লিনকোয়শী [২]খোইদোম মান্দোম অনিমানা অঙোবা পুরৈরোম্ববু লাবা খুমন পুনা য়াংদৌ শারম লীনা ইদাল্লকপদা মুংবাল লোয়না য়াউশা তানববু, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম লয়রেপ-শেম, কোন্কম লয়তদ্শী মানকম্ লয়যেংবীনা, [৩]নুংবাল লুরাং লে'ইনাই য়াউশা তানব-ও! লমলেন য়োংমুখুন, মহৌ ফাইবোকচীং অসিবু [৪]য়াউরৌ শাচা-মম্পুং ফংদবাইনে। য়াউরৌ শাখুন শুৎনফম, য়াংলৈ তাউবা লুইমাং ফমনে। নমু পোংথোকলম কৌবদি অসিনে। চীংঙু ইতাউরাইবু নও ফংলরোইয়ে। হলবাইখিও হায়না রাকংনরবগা, মুংবাল লুরাং য়াউশা তানব-ও! য়োইবু লাইরেম্মা! চাংজৌ ইখুৎফাং ৫ মানা ওইখি-শিং, হাউমন য়েৎওই খোমফবা, ভাইরোং শিংমিৎ নমফবা তসিত্তুম, মুংবাল ননী য়োম্মরু-ও! লুরাং নশন্

---

১। মৈফু মথুল পানবা লয়রং অশাংবা লিংখতুনা মৈরীনা থকলোমদা বাংনা হাইগৎহলত্তুনা। ২। অনি অসি মচিল মনাউনি অঙোমশী পুরৈরোম্বা কৌবনা লিকলা কিচা নোংদংম্বু পাম্নত্তুনা পোকপনি। ৩। মুংবাল=লুবাং শলাই। ৪। য়াউরৌ শাচামম্পু ফংদবাইমে=মফম অসিদি অপিকপা শা মচা অমত্ত ফাউবা ফংলোইদবা মফম্নি।

থম্নরু-ও, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা ঐনা পিএ হায়গুনো ! খোয়নৌ ইতা ! লোইবী থাঙশা চন্থ, ঙামরা থমতিংক্নবীনা পীরময়ে হায়রু-ও। হায়না য়োইবু মান্‌ফম্ লয়য়েংবীনা, লুরাং লোইনাই য়াউশা তানবদা পিখৎ-শিং, মোইচিং কাঙবা চন্‌, চকশান্‌বিনা, মমান নিংথৌ লুরাং লোইনাই তেপতি তেপ্পাইববু; ঙাঙনিঙ শোনমোই য়াময়ে; শিস্নুনো হায়না য়েনববু; লুরাং তেপতি তেপ্পাইবদি লোইদাম অনৌবত্থম ঙাঙন শিঙনরক্কএ। অদু নোংগীবু মোইচীং কাঙবা-চন্থ, চকশা ন্‌বী য়েনশিং, মমান নিংথৌ লুরাং তেপ্তি তেপ্পাইবদি ঙাঙনিঙ শোনমোই য়াম্না হৈনা-শিং, মৈতেংঙ্‌ শেনবি থাগেম্না কাশন খুনঙম-শিং, হুয়েল লমশংপু মিংনাইবা ফান-শিং, মৈতেংঙ্‌ পোইরৈ খুপ্পাউবা কাশান খুনঙম-শিং, হুয়েল থেংচোংপু মিংনাইবা ফান-শিং মৈতেংঙ্‌ [1]ময়াম্বা, থারম শাচুন খুনঙম-শিং, হুয়েল শরীকপা ফান-শিং, [2]হাউমন তীনচঙদ, [3]ঙাইরোং লৈতংদববু লেংগ-খন, নোংপোক চকলৈ খুনঙমশেন, মচন লৈমা ওন্দমশেন, মনিং লৈমা তিক্তমশেন, নোইন্‌ মরল থান্না-শেল, শেপ্পাউ মরাই হৌদবা, তরেৎ শেনপাল পানপোক থোক্তবস্থং লেংশা-খন, কোনখু লৈনা কাথাবী মখ্‌থা, থোংনাং লাংস্নলীবনা কলহৌ-হ্নয়, মথোক লাংলেন কোংয়াং লাইরা মান্‌বা, তাংনা নকপা, মনা লাংবন ফৌতু ম'ন্‌বা, মহয় [4]লৈত'ঙ থরো মান্‌বা, ভাউজিং লুনা থুম্বা হয়রাংচান; লায়রা অতোন তাবনা থংজঙমদবা; য়ারা মরল লোইবা; তয়ম

১। মৈদিংঙ্‌ পামহৈবা। ২। হাউমন তীনচঙদ=পামদা হৌবা তীন চংদবা ৩। ঙাইরোং=শিং। ৪। মহয় লৈতাঙ থরো মানবা —— পাক্তা হৌবা থরোগী মওং মানবা মহয় (ক্বা)।

নাই-শী য়াম্বনা থংবা-হয়; কোংলৌ লমথৈ-হয়, শাবন লমতাক-হয়; তাউজিং কারেনগা; কবুই সুঙনাংচম্ব মখুখা; হয়চা অণ্ডন্ থিবী-শিংনা, অথাপ চীংমৈ-কা, নুংবী য়াশৌ নেৎপীশিংনা, শমু খোঙবু তেম্না লাংলুয়েন, কবুই লাংখোং পাম্না খোংতে-লা, ঙাবা তরাম-য়েন, নোইন্ম য়েনপৎ য়েন্দাউচীং, কারেননা পাম্না লাশেৎ লাগীয়েন, চাম্না পুকমান য়োইথোন য়েন, খোয়মা লৈয়ি-থোংদবা, পাম্না লৈরিক চামদবাগা, লুবাং শিমারীং নোংগাবীনা, মথংলেন শিঙজা লুমলেন হনববু, য়াংমন কায়ময়ে হায়বগী, উচেক লাংমৈ ওইখি-ঙৈদা, [১]তাংজা মশম-শিবু, পামেল উকারোংদা য়েপ্লম্বনা ওইখি-লৈ, শিংলেন লৈশং তোনলোংবগা মালেম লৈসনা অঙাঙবা, [২]কোরৌ নোংলুপান অপানবস্তং কায়রৈবা য়েনবু য়েরুমগা য়াওনা, খোমলেন মঙজংপোং পুম্নমাবু, ফৈরোই মঙদারুক্তা, চামলৌ লারোন ঙৈথিং-য়ৈ, চেংঙৌ ফাহাপ্পনা, য়েরুম কাংখিনতৈ, তরেৎ শেন্দি মরাই-য়ি, নোইন্ থুমদি কাগুপ্পা; ঙাইরোংশিংপো নলেম শিংলেন লৈশং থয়োম-শা; পান্ন-কুন্না পুংবু-লেম, হয়রাং মথেন-তয়না শানশেম্নবগা; অকোং থিয়াথৌ; থেংকা মাইবা মঙজু্পা; অনিমানা ; লাইরেন সনা ময়াথংগী, চীংঙ্ অন্নাংকোন; বাঙ্গোন তমপাক লয়নামুংদা; খোমলেন মঙচংখিববু; কৌবা চীংমুং শোয়রবগা, অয়ুক খোমলেন মিকপ থোক্লক্লবদা; লাইরেন সনা মখোঙদা; অকোং থিয়াথৌনা হাম্না খোমলেন মঙপাউ তময়ে।

---

১। তাংজা মশমশিবু পামেল উকারোংদা য়েপ্লম্বনা ওইখিলৈ=লৈশং মতোল লোঙবা লৈ। ২। কোরৌ নোংলুপান=লুপা

[1]লাইরেন হেকঙাই মীনুংঙল ! তাইবং সরারেন ! ভাউও ! নদাইরেম ঐগী, খোমলেন মঙলানচান্দি, লিক্লাই নপারী কংলা লাইবা পরীং-তম্বা, শাবন লানথোং শীনববু, শাৎলক্কবরা হায়বস্মুং, খোমলেন মঙফাওরক্কে। নমোম তমপা রাংঙমলোন, চীংলাই লৈমা, কাচেং ঙানবা চনুবু ফুইগবরা হায়বস্মুং আঙনা শানখঙঙমদে পুখ্রি লাইজা ইয়োককোম অমদা; শিংলেন থম্বাল লাঙাং লৈ অমনা লৈরাং তোমশাৎনববু, শিংলেন লৈখোক থেককে থেকফংলক্কে লৈরাং তোন্দা হেককে হায়বগী, শিংনাং কৌরোং শূনা লাম্বস্মুং লামফংলক্কে। খোইয়ম মতে-হৈ করম্বনো হায়না ৰাকৎলিদৌদা তুবি মমাইবা থেংকা মঙজুম্বনসুং, লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও।

নদাইরেম ঐগী, খোমলেন মঙলানচান্দা উরকপসুং কোরৌ চুমিথাং থানগুম্বগী, কুমজিং হীগোক লীওংনবদা, তোংচেং কায়নৌ থরানপিচাকপু, [2]থরান পরেং-শা, তোংচেং কুপ্তম কুপ্পা পানববু চেংলো মিৎপু লংয়ে। য়েংফদে। লিক্লাই নপারী, সনা কোনথৈ মরোল য়াম্বনে হায়বসুং নমোম তমপা রাঙমলোন, খোকথৈ নম্বু মরোল য়াম্বীনে হায়বসুং খোমলেন ঐগী মঙলানচান্দা; রারম মথৈ ফংনা; শানখঙ ৎমুক্কে হায়না খোমলেন মংপাউ পাউদম অনিমাবু নাতারবদা; লাইরেন মৈতেংঙু শেনবি খাগেম্বাদি, [3]লৌশিং মথোঙ খঙদরবগী; উনবি পূকনিং ঙক্কা অসুম লৈরিদৌদা; য়োইবু

১। লাইরেন হেকঙাই মীনুংঙন=মী পুম্নমকপু শুক্কৎপা ঙম্বা লাই-ওইবা পুম্নমক্কী মকোক ওইবা ইনিংথৌ। ২। থরান পরেংশা= থরানমিচাক্লা পরেং তগুপ্পা ঙানবগুম। ৩। লৌশিং মথোঙ খঙ-দরবগী=খনফম লৌশিং মাঙলবগী।

মশানৌ থংদা নোংবাললোন, কোরৌ নোংথিলচায়বীস্নুং, পুক্নিং নুংয়েং চেংনা, লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও ! তাইবং চীংঙ্ ইরানব্রা তাউ-ও ! য়োইবু নশানৌ ঐগী হকচাং নাউশঙ য়িমলেনন্নুংদা, নায়উন পিবুক থন্না লৈরিবা অসিবু, চীংঙ্ কনানা থেক্তস্বা, খোইয়ম মক্তেহে বরস্বনো ? পুক্নিং নুংবং চঙএ। য়োইবু শমু ইহকশাং, অসিবু লৈরাং অতিংঙাগুময়ে। খোমলেন মঙফত্তা তুগুস্বা ঐবু ঙৈফা নীকএ ! তব্রা চাময়োলবু চাবস্নুং মালং নোংশিং চাগুমলে। চফম তুংনমমদা চঙখিদে। লাইজা সরীকলাইবু থক-পস্নুং, নোংবুম ইহৌশাগী, লাইজা ঈতুংফমদা তাখিদে। চাব্রোন খোয়বু ওনবিদে হায়না নুংবং ঈরৈ-চন্না লৈরিঙৈদা মনোং নোংশিং শুদনা থাবুম ৭ শুরকপদা [১]লোইদাম কালেন থাগী থব্রা থানিননোং থাংজা ন্নুমিৎ অকনবগী কোরৌ নুমিৎ য়ুংথাকপদা লংমাই চাদা য়েনহেন নোংনা, শেংনা পাল্লিঙৈদা, য়োইবু সনা মহকশাংবু, য়াব্রা মহুচুং, হুমাং লৈরীক-হৌ, পায়মা নুংখোয়রেনগী হৌনা, য়োইবু তাংজা লূব্রাইরেনগী, কোয়রেন্ লাইথোঙ অফুনববু, হকশাং শিনৌ [২]নূব্রাইথায়না, মালং ফেনচি-ওই, থমকোন নোংলৈ ওইনা ঙান্দুতু, চেংলৌ মিৎপু-লং পান্দম মপা লৈঙমদনা, কোরৌ চুমিথাং খানগুম ; চীংঙ্ মপা খঙলৌদা, ব্রাংবল নোংথাং কূপকূম, চাংঙ্ মতম খঙলৌদা, মৈত্রেং মৈরী পাইগুম কাখিববু, খোইয়ম মপা উরৌদনা, চীংঙ্ মদোম লাইওইখিরে হায়দবরা ?

১। কালেন থাগী পূর্ণিমা থাংজা নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংলকপা মতমদা।

২। লৈচিন নোংফাই ওইনা।

মপল মৈতৈলৈমা, থংদা নোংবাল্লোন, অঙৌবা চন্নুদি, য়োইবু সনা মহকশাংদো, [১]মনশারীক নাউশেক শাওংননা, পুলাং ঈমাই চোন্না লৈরম্বদবগী, লাইঙ্গা ঈরেপফুদা হয়জিল্লবগা, পুলাং পিবুক তিংলৌবতুগুমলে! য়োইবু পূকশিন হুইথাগনা, হকশাং লাইওং মহৌশাদা হনজিনখিরে।

লাইরেন মৈতেংঙুদি, নিংথৌ ঐবু পরিং নাউনৌগবরা? ইমোম শাৎকবরা হায়না ঙাইখম্ববু, মালং ফেনচিওই, খমকোন নোংলৈ ওইখিবা অসিবু, হে খোইয়ম নোংদম্বা করম্বনো ওন্থোকয়ে। পোইরৈ পূন্নমা অসিবু, তাংজা ইকাইয়ে, হুইয়াই শেনকোইয়ে হায়না লাইজা ইনুংবগুম খোইয়ম [২]উনবি পরৈ চেৎনা লনশাজববু, চীংঙু অরাং ফাৎলো লাইমা খোনবনা, মপল লাইরেন মৈতেংঙুগী, অরা পূকনিং উরবগী, লাংহৈ কুম্ওনলক্পদা, চীংঙু মতেহক্পা, খোইয়ম ঙমথৈ পান্দম নাইদবদি, শানওন অমরক, পলেম শাৎমাবী, থংদা নোংবাল্লোন, অঙৌবা চন্নুগী, পায়মা উনকোইরেন, য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা য়ারোনফম, লোইদাম থাজা পাখংবদি য়াতাফম, ইনু শিনয়োম-নুংদা, চীংঙু থেৎতমলা, উংলৈ কায়দোং ফম্বী ওইররবগী, য়োইবু হয়রাং মচায়ান, চীংঙু তাউজিং মক্ক পলহৌরবদা, লাইরেল মৈতেংঙু শেনবি খাগেম্বদি, হরাউ পূক্লিং চগুনা, তাউজিং পূংবু-লেম হয়রাং মথোন তৈনা থোংলেন পামবৈ শেমলে হায়য়ে।

---

১। নাউশেক্লা মক্কম থুগ্রগা মপুক ইহাপ হাপহৌবতুগুম্না।

২। উনবি পরয় চেৎনা লনশাজববু = পক্লিং হকচাং য়াউনা লাইনিঙজববু।

মুমিৎ শিংবুম-য়াম, লোইদাম থাবুম মশিঙগুরবগী, লাইরেন মপা মৈতেংঙ্, মপল মৈতৈ লৈমা অনিমাদি, হৌজ মতৌ য়াম্নবগী, নুংবং অঙক-চঙ, তুনুং লংলা পুনগুম; লৈরিঙেদা, [১]হঙোই লোই-দাম্বীচানা কুমহৌ-থা, লোইদাম ইঙা-থাগী মুমিৎ ইরাই শেংথোইবা থবি পানথোইবা থরান মশা তাদা তোংচেং কৃপতুম কৃপ্না পাল্লি-ঙৈদা মালেম লয়মাবীনা পাউমেনজখিয়ে।

লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও! ভাইবং সরারেন তাউ-ও! য়োইবু নশানৌ ঐবু, লিক্লাই নরনকৃগী চাওন্ খোয়বু ওন, নাউয়েক মুংয়াম্নবু হোয়ে। নিংথৌ ননাউয়োক, খাবী থিয়াথৌ, অমাই লমথোইবীশিংবু, য়াঙনা পাউকৌবিহললো হায়ববু নাতারবগী, য়োইবু লেংনা তিনবীলক্কগী, য়োইহৈ খোঙনা ফংবীশিংবু, লাই-রেন নাক্কগী, কংলৈ লমথা-তম, অরাম তম্পাক য়ুমলমদা থৌশীখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা, খোইয়ম লাইয়িংথৌদি, পলেম মমা কংলৈ লয়মাবীগী, শন্না তুংখোং লোয়না, তেক-তেক কোনশাবা, তরেৎ কোনহৈবগী, মারাং উকুহন, মৈহুৎ নোংলোন-শেম, মালং নোংশিং থেন্না, খাম্বী মৈরী থক্কা, তরেৎ কোনফ্নুংদগী চোয়নৌ সনামহি চেনগুম, তগুপমাইরেং হৌবনা, কোনলোয় শঙ্গায় পন্নমাবু ঙাললে।

মতৌ পান্দম অমদি, খাগী নোংপোক চাকমিংশেং অপানবগী মিয়েংশেন লাইয়িমনুংদা, খাম্বী মৈপুং চাউনা থানগুমএ। মতৌ

১। হঙোইশিংনা মফম খুদিং খোংবদা থোকপা খোপ্পেলনা থনবা ইঙা থাগী ইরাই মুমিৎকী অশেংবা পংজাদা।

অস্থুম তৌনা, চীংঙ্ মঙাল অরাবনা, কোনলোয় শঙ্গায় থনবি পুন্নমাবু, উনবি প্ কনিংগুম, খাবী থিয়াথৌ, অমাই গুমতোংলাং-শিংবু লাক্তরিডৈদা, চীংঙ্ মদোম তাইবং ফাউরক্লে। হুংঙা মীকপখোনবু নাতারবগী, লাইরেন মৈতেংঙ্না, লিক্লাই ইপারীরা? ইমোম বাংঙমলোনলা পাউহ্‌ংখোনগী, য়োইবু য়োইহে প্ন্নমানা [১]"লিক্লাই নপারী, কংলা লাইবা পরিং তম্বনে" হায়না খোইয়ম মতৌ ওন্থোকপা পুন্নমানা, নুমিৎ য়াইরংচানগুম্বনে পাউতাকবাগী লাইরেন মৈতেংঙ্ শেনবি খাগী লাম্থাবদি অহিং ঙানবা য়াইরং-চান লোইদাম থাজ পাখংববু শমু খ্ৎনা পায়গুম হরাউ মথোই তোংনা মালেম ইংকরি লয়মায়-তয় অমাই মনাউয়োক্লা তাইরেন মরোং লৌনা য়িমশেংথৌবু প্ম্না লোইরবদা য়াবা [২]মকোই পাউ-নিংশিংবশিংদা মালেম লৈস্না অঙাংবা কোরৌ নোংলুপান অপান-বনচিংনা তরেৎ শেনয়াম-পী ফিরোই ফিদাং মশীং থীঙমদনা তরেৎ লনয়েননা চীংঙ্ লাইফম হাঙদা তাউজিং প্ংবু-লেম পান্না থা মথেন-তৈ, ইরাৎ মশীং গুনা পালহৌরে হায়দবরা?

হে লিক্লাইও! অদুস্তুং মদোমদে, লাইরেল মপারী ইবুংঙো অহনবদি লোইদাম থানিংথৌনা নৌহৌরকপগুম হুইক্রগুম মপোপচাউ তিঙ্গোইগুম মনা লেকন্না হয়া খোঙথাং-তম কুকু মীরোলথোক, তরা চয়িন-তন্না লাংহৈ কুমবুম ৫ গুরকপগী নারা মখোঙশীবু শরিক খিংখিংধাং খুৎশি পাননেন-হেন মাশি মঙান্নাই চৈরৈ নিঙখিশেৎ কাংজৈ হুমতং মখুৎশূ নিঙখিবা অসি খৈবিকপু

১। কংলা ঙাক্লগদবা পাল্লগদবা নচা ইবুংঙোনি। ২। মকোই পাউনিংশিংবনা—সাধুগুম্বা পণ্ডিতশিংনা, মায়চৌশিংনা।

শূনা লাইরেল মপা মৈতেংঙুগী মাঙদা থানা, কোরৌ নোংজা খুদিংবু, শুম্মাং মথৌপোম, থৌবোম তাংবরোয়দা অঙাং নেমনেম চেন্না শান্নববু, লাইরেন মপা মৈতেংঙুগা কুমকায়াবু, পলেম মমা মৈতৈ লৈমাগা অনিমানচিংনা, য়োইবু য়োইহৈ কোন্নুংথনবী পুন্নমাগী, চেংলৌ মাঙদা থানা, হরাউ কুম্মৈ থৌবু ওইনৈয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা, লাইরেন মৈতেংঙু শেনবি খাগেম্বনা, ময়ু লাইরেন নাউফংবা, লমথক শারোনপুং, তিংঙি ৱাফোং-লাক, লাবা নোংলৈফম, ময়ায় কোয়রেন সুমেরু চীংবু, [1]কংলা ফমদোং নোংদা, লিক্লাই মপারী অহনবনা, লাইরেন ইপা মৈতেংঙু! তাইবং সারারেন -ও! নপারী ঐস্সুং, লাইরেন নংগী হৈনা নতুংইন, সনা নমৈৱায়চেমগে হায়না, টৈরৈ ফিজি হোংলাতোনবু পায়না পাউমেঞ্জববু, মৈতেংঙু শেনবি খাগেম্বনা, "পারী সনা ৱাপিহন-ও! কংলা ফমদোংনোং অসিবু, লৈবাক ৱাথোক ওইনৈয়ে। নপল হৈনা ইলহৈদে। পারী নংনা, অচাউ লেপফা-রা, শাংশু লমঙম্নবগা, লাইরেল নপা মৈতেংঙু ঐগী, হয়েং চীংঙু মরায়েলবু চেনফদনা, অরাং নোংঙাখিরবদা, খোইয়ম লাইবুং-থোন অৱাংবা, মমা লৈম্নুং পিশিন্নুচা, ন্নুমিৎ কোরৌ শিংঙবুম শুদা, খাম্বী তৌকোন চংখোন্দনা পুলৈ য়াথাং শেৎপা, থক্তা য়রেন ৪ খাগী য়ারেন ৪, অতৈগা শুপ্না ১৮ পানবা, যিংলৌ য়াপন-শা, মালেম লয়ফাউ-ওকপু ফানশঙ, মীরাই অমনা কাফদবা অসিবু,

---

১। কংলা ফমদোংনোংদা—কংলাদা মাইবা মাইবী পণ্ডিতশিং অমদি ফমথৌ পুন্নমক তিন্দুনা ৱা খন্নবা ন্নুমিত্তা।

লিক্লাই [১]ইপারী নঙগী মশেননে হায়না থৌখাম্লম্বগা, লাইরেল মৈতেংঙ্দি, ফমথৌ মঙাইরোই, নিংথৌ মহীশাং পুন্নমাবু লেংনা তিন্না, ময়ু তুবি য়োইনোংদা, নোংদা লাইরেন পাখংবা মথূনেৎ, সনা সিংথাশোন্দা, [২]নুমিৎ য়াইরংচানগুম ফম্ফম্লরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা, খোইয়ম লাইয়িংথৌ, অরাং ফাৎলৌ লৈমখোন্বদি ; চীংঙ্ মঙাইরোই পন্নমানা পাউকৌররে।

হে য়াইবি [৩]হুংথি হুমওইনা, খেরে নুংগোল তগুপ-হৌ, পোইতিং নোংথাং তরংলেনগী, তরং লাইজা য়িপোকপা, নঙবু খোইয়ম ঐখোয়গী, লাইনিংথৌবু নত্তবরা ? লাইরুপ ঐখোয় পুন্নমাবু, করম নোংদমবিগে হায়রিবনো হায়না য়াহৌরবগী চীংঙ্ লাইমরু অচিবা, মালং য়াইবি হি-ওইনা, [৪]হামলেন শিফা নৌ-ওইনা ইঙা কুমদম্বা, ইঙেল কুমথাইবা; উনথম য়িচিংবা; উন তরুক ঈরীবা; ৱাউ তরুক য়িথাবা; মালেম লয়শিরক্কী তোন্নিংথৌ কোরৌ নোংমদোনগী; অরাং নোংনিংথৌ য়োইরেনবদি, মথা থাশিংশু, মকুম কুমশিং শুরবগী, চৈবৈ ফিরোই পন্নমাবু, পুনুং মফ্রিৎনচিংনা, পামেল উশা থক্তা য়াল্লম্লবগা, চীংঙ্ মদোম

১। ইপারী নঙগী মশেননে=ইপাগী ইবুংঙো নঙগী ফংফম থোকপা নঙনা ফম্লগদবা মফমনি পন্নমক নঙগী নরী নতান্নি। ২। নুমিৎ য়াইরংচানগুম=থোক্লিবা নুমিৎ, য়াই অরংবা অসিগী মতৌগুম। ৩। হুঁথি হুমওইনা=হুঁকার খোঞ্জেল থোকপদগী মুংশিৎনা য়িম-ওইদুনা। ৪। হামলেন শিফা নৌ-ওইনা=হাইড্রোজেন ওইবা ফত্তবা মুংশিৎতা তোংদুনা।

লাইওইখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা, য়োইহৈ পাণ্ডম্বমচনু, শমু খোঙন-ফংবীনা, চেঙহী উত্তি শমখোঙ শেঙ্গে হায়বগী [১]হিদেন চংলৈ মতারমদা কুমখিববু, পামেল উফৈথক্তা নাব্রা নিঙথিবগী, চৈরৈ থোন্না ফিনচিংনা য়াল্লম্ববু, মাঙদা-থানা উরুবগী, পুকনিং অঙক চঙনা, য়োইবু লৈমাবীদা পাউলাল্লম্বগা; লাইরেল সনা মখোঙ-খাদা, য়াঙনা রাকৎচরুইয়ে !

লিক্লাই নোংথৌরেল ও ! লাইরেল নপারী ইবুংঙ অহনববু; অঙৌবা নোংনিংথৌ মকাইফম, শেনবি অপোং ইংখোললেনগী; তলা উপুনশি পামেল উতোম্থক্তা অঙাং শেৎনফিনচিংনা চৈরৈ ফিরাল শানা য়াল্লম্ববু নদাইরেম ঐনা উরুবগী নশানৌ মৈতৈ লৈমানচিংনা লাইরেন নঙগী য়োইকোন্নং পুন্নমাবু থি-নববু থিখঙদরে হায়বা নাতারবগী লাইরেন মৈতেংঙ শেনবি খাগী লাম্থাবদি নিংথৌ ফম্বাল্লাংদগী ওম্থরকপবু খঙলোদা; পোইরৈ পাংশোয়নীক্ তেৎনৌ য়ুহারাগুমলে। নিংথৌ খোঙনা চৎনা য়োইবু মশানৌ কোরৌ নোংথিলচায়বীনচিংনা কোম্নুং থনবী পুন্নমাবু লেমলৈ ঙায়িন তক্লম শেনবি অপোং ইংখোললেনবু য়ৌরবদা পামেল উতোলথক্কী মালং নোংশিৎ চৈয়েখোন খিং খিং মখোঙশীগী শরীক খোঙ্গেল-তা, অঙাংহক্তা শেৎনরম্বা চৈরৈ অতিয়াবু উরবগী পলেম মমা থংদা নোংবাললোনদি পারী ! পারী ! তেংথানা লাইজা

১। হিদেন চংলৈ মতারমদা=হিদেল মতা ফবদা।

ইচুমথোক শৱা তুখোংলোয় হকচাং মতু চুংনা [১]হাইহৎ লয়ফাই তুনা ৱাস্থখিরে হায়দবরা ?

য়োইবু খোঙবুয়োম্বী, লুবুখুম্বী পুম্নমাক্নুং মদোম মদোম লয়দা ওন্না মীকপরে। নোংবাল্লোন অঙৌবা চন্নুনচিংনা, পলেম মমা অয়াম্বীদি, শূন্য অতিংঙাবু য়েংনা, মদোম মদোম তেংথানরে। অঙাং তনৌরেং নিঙথিবা, নুমিৎ য়াইরংচানগুম্বা নঙবু, অৱাং নোংলোম্থক্তা, চৈরৈ শেৎন-ফিবু থম্লমএ! নাৱা নহকশাংদি লৈরমদবা অসিবু [২]খরং হাইনু চেকপু শানওনখিরবরা ? মালেম লয়মন্নুংদা তাংজা লিনবু ওইনা চঙখিরবরা ? চৈরৈ নফিশেৎ, পুন্নুং নফ্রিৎ অপিশা অসিবু, শাবি শানৌ কনাবু শেৎহলও থম্লম্বনো ? কোংয়াং ৱাতোম্পোক্লুম, নদোম নদোম শাৎনবা নত্তবরা ? পারী অপিশাগী, চুপলেন নাপ্পা ঙান্না হেনমোইবা, নাশি চীংলাই শাবা নংবুক্নুং করম য়েংশিবনো ? কাঙক্ষৈ কুমদং খৃত্তা শূনা, শরীক খিং খিং নখোঞ্জেন্না, উনবী পৃকনিং পেন্নবনে। মপু লৈতবা অতাক্লা, তলা উফৈথক্তা, নদোম করম নোংথোই ঙম্লবনো ? পারী হৈনা ইন্‌শি ইনঙমদা, নপল ঐখোয়দি, তাইবং মালংপানসিদা, করম পাল্লসিবনো ? লাইরেল কোরৌপু ইনোংথৌ ! তাইবং ঐখোয়গী থৱায ইমিরেন তাউ-ও !

---

১। হাইহৎ লয়ফায় তুনা = মালেম লৈবাকথক্তা হাইহত্তনা ৱাস্ত-তুনা তাখিবা। ২। খরং হাইনু চেকপু=উচেক অতৈবু হাইহৎকনবা খুনু খরং কৌবা উচেক অতুবু।

লিক্লাই নপারীবু লাইরেল হৈনা নতুং-ইন, [১]সনা নমৈ রায়রমইগীদি; মালং নোংশাপানবু লৈরম্লগে। অস্মম হায়না অঙাং পোৎলোই মতৌ য়েংনা, লাইজা য়িন্নাউখোনগুম, মীকপ্পবা রাগী; লাইরেল মৈতেংঙ্গুং পামেল উতোম্ব্কী, নাৱা পোৎলোই পুম্নমাবু, শমু খুৎনা-ফংনা, চৈরৈ থাকোন্ননা, নিংথৌ মতিক নত্তনা, মালেম লৈমায়থক্তা; শম্লাং ফা-তানা, [২]উফুল তোংচাপক্ নিংথৌ মীকপ অতাক্লা; কোরৌ নোংলাউখোনগুম, হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপ্লকলে।

লাইরেল ইপারী নঙবু, লাইজা তরং য়িপাকথক্তা, শিংলেন থম্বাল লাঙাংলৈ অমবু লৈরাং তোমশাৎনববু শীংবী কোরোং শূনা, নমূ কনানা য়েংফংদবা, লাইজা ইরাই ঙানবা লৈগুম্বা, ফিগে ৱানা লিকশং মানবনা, খ্বাংদা শেৎনা, কুন্দোর চিংলাই শাবনা চুপলেন নাবু-ঙান, কাঙজৈ মখূৎশূ নিঙথিববু, শমু খুত্তা পায়না, নপল ঐগী শুমাং ইথৌপোম, যৌবোম তাংবরোইদা, কাঙক্রুম পাঞ্জল তান্না শান্নববু, তুরেল ৱাইখুবিচা, মথা যক্কুম তোক্লরে। অসিনোং অসিদা, নিঙজ পূকনিং কায়রে। নয়ু লাইরেল নাউফংবা, পুংলেন মখুৎফা অসিবু; নিংথৌ সনা পুন্নু ওইনঙনে নোংহামজববু, খোম্নেন মঙলানচানগুমলে। অস্মম মীকপ্লবগা, লাইরেল মৈতেংঙু, শেনবি খাগেম্বদি, ময়ু বিয়াম্বা কোনলোয় মশঙ্গায়, খৈরোয় লুবাংবনা ক'গে কাঙমদা, য়েংনাউ শাথিবনা

১। সনা নমৈ রায়রমইগীদি=ইনিংথৌ নহাক্কী নতুং ইল্লমবদি।

২। উফুল তোংচাপক=হকচাংগী মতোং (মশল) কাবা অতোঙবা খুদিংদা উফুল পকতুনা।

তনগে তনৃঙম্নবা, পামেল অরেম্বরক্তগী লেমথোইবা, তলা অংনেবলক্তগী ঙনথোইবা, মশেনবু কাউচৌ ওই, তলা চেপখাঙ মীতম লৌনা, উরা হুম্মু ওইনা তাউখঙশঙ, হেকঙাই মীনুংওল, শেরী নারৈনা হেনমোইশঙ, মতোল থম্বাল শানা তাউখঙশঙ, শাইপূ শেন্তোপ-শঙ, কোরৌ ঙমথংৱাংবা, মালেম ইংক্রি লৈমায়শীৎনা হেনমোইশঙ, হুয়েল লাম্নিগীদি লয়হকপি লয়হক্পা ফান-শঙদা; য়োইবু মশানৌবু খুৎচেং হংচি লাক্লা, য়োইবু য়োইহৈ পূন্নমাবু ঙাইরোইননা চঙলব্রবদা লাইরেল মৈতৈংঙুনা নংশি মতৌ লৈতবগী নিংথৌ মাইবা মনাউয়োক লৌশিং মকোই পাউনিংশিংবশিংবু পাউহংবসূং, চীংঙু মতিক ঈরেন পূংঙুম্বনে। কনানা লাইফাউ ঙমদরে! অদুগীবু খল্লক পাউগা চেন্না থিবসূং, শমু হকচাং ফংঙমদরবগী, [১]নুংবং য়িরৈ চন্না অসূম লৈরিঙৈদা, [২]অয়েং চিংলেন নোংগা শোয়রবগা, চীংঙু কোরৌ কুবিবা, ৱাংবল কাবিবদি, পোনবি চাক্তারাই, হাউম্মু লৈচোননু নূংওনবা মরমথৈ, নোংয়াই লৈশাংথোংদা, মদাইরেম খোম্মাবু পাউমেল্লুইএ।

হে হম্মু ময়াই কারবা! হনবা নারেং-চন্, পোনবি শেককুরেক অঙৌবনা কোকলেন লুফম ঙাল্লবা নংবু, নরান য়াংলৈ তাউবা লয়হেন্নরু-ও! লাইরেন ইপা মৈতৈংঙুদা, ৱারম থাংখৈ শেংনা খঙহল্লু-ও হায়ববু নাতারবগী হম্মু মালৈ চিংওল্লবনা, ইরান ঐগী খাংপক য়িমদাশঙ অসিদা, চীংনিংনাং য়াংশারী অপিশা

১। নুংবং ঈরৈ চন্না=ৱাখল পল্লেপফম খঙমদনা। ২। অয়েং চিংলেন নোংগা শোয়রবগা=ঙসি অহিং লেনথ্রগা হয়েং কৌবা মুমিৎ ওইরকপদা।

খোন্দাননা, পূম্নুং নরেপ-খঙহন্দা, চেংলৌ শরাইদনা চিংখোং য়াহৌরবা নংবু হে: কনানো? হায়না পাউহংববু; হুই নাহা খাংনৌবা, মান্শারক্কী তোননিংথৌ, য়োইবু সনামহি য়োইরেনবনা; অমরক অঙাং নাবা খোন্দাননা চিনকোই তাঙনা শান্থঙহল্লকয়ে।

নবুংঙ্ অহনবা কৌবদি চীংঙ্ ঐনে, তাইবং লোন্দিম্নবা খোইয়ম শান্ওনহক্পা লাইনিগীনা খোইয়ম লেংতিল্লে, [১]চীংঙ্-রকপু য়াকারে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙ্না, নবুংঙ্ ইতিক খঙদবগী, নুংশি অবা পোখাদা; তোরি মাললৈ ওনগুম, মালেম লৈমায়থক্তা, পঙনা ওল্লিবা অসিবু, য়াঙনা থৌখামলু-ও! নিংথৌ শোংকিব্বাবু পূম্মা লৈরগনো! [২]থাঙলেন খোমশৎ-রাদি, নবুংঙ্ ঐবু লৈয়ে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙ্গী, তুবি মাঙদা থানা, অঙাং শাম্নথৌবু; শংশং খঙহনগে। চীংঙ্ পাউমেনখোনগী, হন্নু খোম্মা পাঙ্গল-ময়েংতা; কপ্লাক হিখৌ শাবদি; কোংয়াং চৈশু পালোই-ননা; নোংয়াই লৈশাংখোংদগী, তুবি সনা য়োইকোম্নংবু, মরান চেনগানরক্পবু, খোইরম মথৌজাম্না রাংলেন পুংজা অমদা রাইথুংলরে! অরা ইশৌ লাংদে। তুরেল লাইজা য়িদা-কুম্না, ঈরু শান্দেং থৌগুময়ে।

মতৌ অস্থম তৌ-না লাইরেন মৈতেংঙ্ শেনবি খাগেম্বা তুবি সনা মখোঙ-খাদা কৌবি চিগলুক্লা বাকংচখিয়ে।

লিক্লাই কোরৌ ইনিংথৌ! তাইবং সরারেন-ও! য়োইবু নশানৌনচিংনা কোনলোয় শঙ্গাই মনিম্নাইনা মীকপ্লিবা অসিবু

---

১। চীংঙ্রকপু য়াকারে=লাইগী মরক্তা লৈরে। ২। থাঙলেন খোমশৎরাদি = নথক্তা থাঙ শীংলগদবা য়েক্লবা পূম্বদি।

চৈরৎপিহন-ও! লাইরেন নপাল্লোগী নারা চিনকোই ময়াংগী খুংওনবু চিনকোই পাড্ডদফজগে।

নদাইরেমগী থম্মনিংথিমমিঙথোংদা, ইবুংঙ চেংলৌ শক-উহন্দা পুন্নুং লেপথওহন্দনা ল্পাস্ত-তাকলেয়ে।

লাইরেল ইপা মৈত্তেংঙনা চৈরৈ খাংনপফি, পুন্নুং ইফুরিৎ অতিংঙাবু, শমু থাদা কোন্না মীকপ্পবু খৌখামলু-ও! নবংঙ ঐদি তাইবং মী ওইফদবগী খোইয়ম লাইয়িংথৌ ওইবল্লিগীনো ঝাইচিকশি অচিকপা, ঝাইরংকোন-অকোনবগী, মালেম লৈককমুংদা চঙমা তাইবং কনা থঙহল্লমদনা ইদোম খোইয়ম লাইওহরে। চৌংঙলকপু য়াকারে। খোইয়ম লকপ লেংত্তিল্লে। লাইরেল ইপা মৈতেংঙনা [1]উনবি পকনিং থাজ-ব্লাবু পন্না লৈতরবদি চৌংঙ-ইত্তিক শংশং খঙহনগে।

অস্তুম প্যাউদমবাবু নাতারবগী, লাইরেন মৈতেংঙদি শঙ্গায় চিংনেম-নেম, মালং নোংলৈ-চনগুম লৈরিবৈদা ; তুবি মাগী শুমাং মথৌপোমদা, তাইবং নোংশাপান্দা শাম্নরথতুগুম্ববু, অঙাং নারা মখোঞ্জেনবু নমু মীপক-শুম ; শরীক খিংখিং মখোঞ্জেনবু-থেংক, কাংজৈ কাংয়ৈখোনবু, লাইরেন মৈতেংঙগা, মপল মৈতৈ লৈমাগা অনিমাদি [2]য়ারা তুংপচুং, শরা তুখোঙ-লোয়, য়াথং হুীকহাইননা "হে পারী! অঙাং তনৌরেং শকহেনব-ও!

---

১। উনবি পূক্লিং থাজ ব্লাবু পুন্না লৈতরবদি=পক্লিংনা ইথামক থাজদ্রবদি। ২। য়ারা তুংপচুং শরা তুখোংলোয়= তু চুংনা মতু ইপোন পোন্না।

-চেংলৌ নশক উইন্দনা তৌরব্রিবা অসিবু হেঃ করিনো ? থোমজেন মঙলানচানবু ওইশিক্লা ? অদুম হায়না শম্নাং কা-থাননা মালেম লয়দা ওন্লে ।

য়োইবু য়োইহে কোন্নুং থনবী পুন্নমাস্নুং থাম্বী মৈনোংথোংগুম মীকপ্নরিঙৈদা, [১]নোংবল শেককুরেক অঙৌবনা, কোক্লেন লুফম হেল্লবা, মিংমৈ পোরোং শুম্নবা, হন্নু খোম্মানা পাউহমজরকয়ে ।

"হে কোরৌপু মীনোংথৌ তাউ-ও ! লিক্লাই নপারী সনা রাপিহল, অরাং ফাংলৌ লৈমাখোম্বগী, নারা মরাক মনুং ওনবা অমস্নুং লাইরেন মাঙদা থানা, অনৌবা রারীজহৌগে ।"

লাইরেন ইপা মৈতেংঙ ! নোংথৌরেল শেনবি খাগেম্ববু, শংশং থঙহল-ও ! লিক্লাই নপারী ঐদি, অরাং ফাংলৌ লৈম-খোম্বা, য়োইবু সনামহি কৌবা, তাইবং লোন্দিন্নবা লাইদি ঐনে, ঐনে । [২]কায়দোং ইফম য়াম্বগী, পলেম ইমা কোরৌ নোংথিল-চায়বীদা, হয়রাং ইচা-য়ানা; তাউজিং ইরু-পন্না থেংতন্নবগীনে । লাইরেল ইপা মৈতেংঙ ! তাউ-ও । ইপল মৈতৈ লৈমা; থংদা নোংবাললোন অঙৌবা চন্নগা নবিঙানা নপারী ঐগী চেংলৌ ইশক উরৌদে হায়না অরা পুকনিং চঙনা মীকপ্নবু কপ্লগুনো । কোরৌ নুমিৎ শিঙবুম ৫নি শুরবগা হয়রাং পুংবু লেম, তাউজিং থেনমাই-তৈ, পান্না খা লুকমাই লেন্না, চৈরৈ ঐনা শেৎনরম্বা

---

১ । নোংবাল শেককুরেক অঙৌবনা কোকলেন লুফম হেল্লবা =নোংগী মতৌগুম অমদি শেককুরেক কৌবা উচেক্কী মতু অঙৌবা অন্থুগুন্না, পোক্লা ইঙৌ ঙৌরবা । ৩ । কায়দোং ইফম য়াম্বগী= ঐগী লৈফম তুংফম য়াম্বা মরম্না ।

ফিগে হানা মানবনচিম্মা, মপারী ঐগী পোৎলোই পুন্নমাবু থাকচ-মাইদুনা শাননেম্বিরবগা, লোংপোক চাকমিংলেন্দাও লাইরেল ইপা মৈতেংঙ্গা পলেম ইমা মৈতৈলেমগা অনিমামচিংবা চৈজৌ মিৎমাং হানা ঙাইথমগ্দ। [1]মিয়েংশেন পিবুকল্লুংদা উনসে।

অম্মম থৌশীরকপগী নদাইরেম ঐবু লাক্লিবা অসিনে। অম্মম হাকৎ হাবু মাতারথগী লাইরেন মৈতেংঙ্গা হান্না থোনজেল হারী খোন্দাননা পাউমেম্ব্রকয়ে।

হে ইদাইরেম! হন্নু কপ্লাক হিখৌ শারবা নঙবু থোইয়ম লাইয়িংথৌনা করম লনকুফবনো? তয়ম নঙগী চিনগোই নয়াথংবু হাঁরম অমত্তা হেপথোকফদে হায়না তয়ম-নাইনচিংনা চৈরে ফিরোই মশীংগু থানলৈ লৌকোক য়াউনা য়াল্লা লন্পী-নখিয়ে হায়রে।

লাইরেন মৈতেংঙ্দি য়োইবু মশানৌগা নংশি অপেন লৈতনা চৈরে ফিরোই মশীং শুনা হয়রাং মথেন-তয় পান্না থা পুংবু লেম্না কোরৌ নুমিৎ ৫ শুরকপা য়ুমশকৈশা শেংথোইবদা মালেম লয়মায়-তৈ চকমোম থাউমৈ-থান মিয়েংশেন মাঙদা-থা কাঙজে হুমদং য়াউনা ঙাইথমলিঙৈদা চীংঙ্ সনামহি য়োইরেনবা চাহুই লেংখাং কোব্রহেনবদি অঙাং নাবা মহৌশাগী ফিগে হানা লমশং মানববু থাংশেননা পুনুং মফুরিংনা হকশাং মডাম্নাই খুৎশি পানেনকোনবু শমু খুত্ত-শি তনৌ খুৎতোপ নংঙনবনা তমপা খুৎফাং লোয় শয়া তাঙ্গাউ-শি সনা মনাশি নায়িন কুন্দর

১। মিয়েংশেন পিবুকন্নুংদা=মিংশেনগী মন্নুংদা।

চিংলাই শাবনা চুপলেন নাবু-ভান শরীক মথোংশীনা শরীক থিংথিং থোজেনথোক কাওজে ছমদং খুত্তা ওনা নিঙথি মতো লাকৃওমদনা মিংয়েংশেন পিবুকচুংদা চওলক্লবগা লাইরেন মপা মৈতেংওগী কৈরা মতানপক্তা ফম্না ছয়রাং চানা ভাউজিং তংববু শংশং উহল্লরবগী লাইরেন মৈতেংওগা পলেম-মমা মৈতে লৈমগী অনিমানচিংনা য়োইবু লেংনা তিনবি পূন্নমাদি মিংয়েংশেন পিবুক-চুংগী মপারী নারা নিঙথিবা তনৌ মোমোন পৃকচুবু শকথোং মিংকোই চিংনা য়েংনা তমকা লাইজা মরাঙ-হৌ পিরেম ঈচেন্ননা :-

"হে ইবুংঙ্ নাবা! লোইদাম থানিংথৌগুম্বা? তনৌ লৈক্রেং পুফচুবা, অঙাং অপিশা পারী নঙবু মিংয়েংশেন মথন; মাদা শমূ নহকশাংবু ফংহন্দনা লৈরিবা অসিবু মরম করিগীনো? লিক্লাই ইপারী নঙবু শাবন লাম্থোং শীন্না কংলা লাইবা পরীং তম্ববু ওইনংনে হায়না ঙাইখমজবা, কোরৌ নোংজা খুদিংবু ফৈরা তান্দা-পম থোম্নাং তাজিন ইনৌহম, খজাই লেংলোইচুপ; শন্নাং তোনগা-নান, শিনৌ কুরাং নম্না তোয়নবা নত্তবরা?"

হে পারী নঙবু মিংয়েংশেন মল্লোলমদা মন্নেরিবা অসিবু থোম্নাংচানবে হায়রম্লুং শমূ থংৎনা পায়গে পায়ওমদা থংৎনা শোক্কে শোকফংদা ফৈরা তানজিনথক্তদি অঙউজিং চাবা ছয়রাং তংবা উহনবা অসিবু চীংঙ্ নোংদমথোন কয়বনো কল্লকয়ে হায়না লাইজা ইরাউথোনগুম কোলোই নিন্না মীকপয়বদা লিক্লাই মপারী সনা রাপিহুল অরাং ফাংলৌ লৈমাথোম্বদি চীংঙ্ শকপাম্থোংবু কোরৌ নংমিংচুপ নংংশি পুক্লিং পেম্না উহল্লমবগা

খোইয়ম শকওং খঙহন্দনা [1]কোরৌ শিকা ওইখিরে।

য়োইবু য়োইহে পূম্নমাদি মুংশি খোয়বুংওং হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপ্পরৌয়ে হায়দ্রবরা? হোয়েল ইন্‌ং শোই-য়াইমদা লাইরেন মৈতেংঙ্‌না [2]মোংবা য়িমজাউ কারেনয়ায়দা, লাইসনা খাইরককোন অখ্‌বা নোংদা লাইরেল পাখংবা ফমদোংথোং অপিশা য়োইবু খুনেৎ তেমখাঙকা রাকচিং লোকোনহনবী কারেনয়াইদা য়াতারিঙৈ খোইয়ম লাইনিংথৌ চীংঙ্‌ তাইবং খায়বনা লাইরেল মপা মৈতেংঙ্‌গা মপল নোংবাললোন মৈতৈ লৈমগা অনিমাগী মেননোং মখ্‌ৎশি পানেন-হেন তমপা খ্‌ৎ-ফাংলোই নায়ান মিৎপুলং, খোংশী শরীক খিংখিং থোম্না মোংবা য়িমজাউ কারেন মশাংইন অচেন খংলৈ-য়াঙ কাঙজে হুমদং পাশাননা চেনশিল্লক্লবগা লাইরেল মপা মৈতেংঙ্‌গী মাঙদা শংশং লেপ্পা চীংঙ্‌ মখোঞ্জেল নিঙথিবা চীংহারি নিংনাং খোন্দান্নবা পাউমেল্লহীকয়ে।

"হে লাইরেল ইপা মৈতেংঙ্‌ নঙগা পলেম ইমা মৈতৈ লৈমগা নবিংঙানা ন্‌ংশি পোৎথোক লৈবিদনা মরৈরিবা অসিবু হেঃ করিগীনো? নপারী ঐদি অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বা চীংঙ্‌ সনামহি য়োইরেনবা কৌবদিনে ঐনে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙ্‌ নঙবু পূকনিং ন্‌ংশি অবা পূম্না লৈরগুনো! নপারী ঐবু তাইবং মীবু ওইফদে। খোইয়ম লাইয়িংথৌ কৌবদি ঐনে। নপারী ঐদি পোইরৈ সনা ইরৈবাক অসিগী রায়রা শাথোং

---

১। কোরৌ শিকা ওইখিরে=লৈচিনগুম্না মমি শামখিহ্না মাঙ-থোকখরে। ২। লৈমরেনগী কাদা।

অকনবা হুয়েল লাম্থোং অচৌবা খৈবিকপু লাইরেল মাঙদা থানা হুয়েল লানশোন্নগে। পোইরৈ পুন্নমাবু নপারী ঐগী হুয়েল লানচৎ-ন্না পূং পেরে না-কানা শিঙ্গা বেন্নু, মোইবুং থিনকামখোন তৌদ্রি পেনা পুন্নমাবু শংশং মাঙথাননা তাহনগে" অস্থুম পাউ-তাক্লস্বগা খোইয়ম মতৌ শাইওনবা চীংঙ্ মতিক ওন্থোকপবু উৎনা মমোম শাস্থ্পখিরে।

লাইরেল মৈতেংঙ্ শেনবি খাগী লাম্থাবদি য়োইবু মশানৌগা ঙাইরোইননা য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা থবি শেনকোইরেং অপানবনা মুমিৎ ময়িম চঙখিববু থোঙলেন্না পৌরোম্না থৌখাম ঙমদবত্থুগুম উমবি পুকনিং ঙক্লবু লৈরোরে।

খোইয়ম লাইয়িংথৌ থবাই তিল্লিরেন শিদবা, তিল্লি ইতাউ-রাই নামুংবা চাদা লাইহুই হৌনা লোইদাম থাজা পাখংবদা য়াহিপ্পা লাংবল তৌহী তৌশংঈবু ঈমু মচেং খোম্না থবি শেন-কোইরেং অপানবদা সনা তোম্নৌ হুনবা কোরৌ থকশি শীনবা ন্নাংবল খাশি তেম্বা চীংঙ্ লাইনামুং নামুংবা অবাং ফাংলৌ লৈমাখোম্বনা লাইরেন মপা মৈতেংঙ্গী তুবি সনা মহাকথক্লা ন্নায়রা শাথোং অচেৎপা হুয়েল লাম্থোং অচৌবা খৈবিক্লা নিংথৌ মাঙদা চৎনা চীংঙ্ শউমখোন [১]পূং পেরে না কানা শিঙ্গা বেন্নু পুন্নমাবু নাতাহল্লবগী, লাইরেল মপা মৈতেংঙ্নচিংনা পোইরৈ পুন্না মাদি হুয়েল লাল্লাউখোন অচৌবগী অকি পুকনিং ন্নাবু লৈরুদরে। হিয়াং কুম্মৈ থৌগুন্না মথোকলে! চীংঙ্ মাঙদা

---

১। পূং পেরে না কানা=পূংগী পেরেগী খোঞ্জেলনা না য়ৈশিন্না।

চংনা হুয়েল লাম্লোইনরবগী মরোয় লোইচা-কনবা খুয়া থৌরাই শৌগুম্বা লৈবাক মমান্নবা খৈবিকপু পোইরৈ খুৎলাইমাওদা চঙ-হল্লবগী বায়রা লৌরীতৎ তেন্দোং নমক্লায়ননা লাঙ্গোই শগোল শামু পুম্নমাবু শ্যাফু লাংহৈথুন চৌংলাই তম্নাই খুন্দা মদোম-মদোম পুখ্বহল্লবগী মল্লোয় চৌংশাংথনবা লৈবাক মমান্নবা খৈবিক্লা য়াবা তুগুপ চুংনা শোঙকীনরে। নিংথৌ মমান্নবা কন্নানসুং লৈবাক ওম্নখৈ তানশিন ওম্লক্লনা চৌংঙ মরল্লকু অংথোইবনা বাংঙম তেৎনৌ চিদাইনাইদা পোইরৈ পাংশোই নীক্তনা মুংঙাই খুয়া থুংনা পাল্লমবগা লাইরেল মৈতেংঙ শেনবি থাগেম্বদি লৈবাক ময়ুংকুই বাংঙম মফৈ পাক্লা পাল্লম্বু চৌংঙ নোংদম বায়েন-খোল্লবু চেনফদবগী কোরৌ নোংথাংকোন নূংনাং কাউখংকোন্দা খোইয়ম লাইরুপ তিম্না অরাং কোরৌ নোঙ্গাখিরে হায়দবরা ?



# মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা

নিংথৌ মথংগী পোইরৈ খুঙ্গাউবা, শেনবি পাইখোম্বা অনিমাগী মতুংদা লাইরেল মৈতেংঙু তুবি চরাইরোংবা খোইয়ম লাইমিং থোংবু শাইওনবা শেনবি তেখাউ লাম্বাবা হুয়েল লোন-লোই থাফবগী নিংথৌ সনা মহাকথক্তা হিন্দু আচার লমচৎ হাপ্না ক্ষেত্রিবংশ শাখৈ লেপকে হায়বগী নিঙথল্লক্রবদা হাউরৈ নোংচুপ্লা পাংবরমগী লাক্লবা বামোন লৈংনা তিনবালক্তগী ব্রহ্মচার্য্য লমচৎনবা ব্রাহ্মণ বনমালি অথোইবদা শাক্ত ধর্ম্ম অক্লববু লৌগে হায়বগী চকমোম রাগৈ চাক্লুম কন্না নিঙথল্লম্ববু খোইয়ম নোংদম মথৌথা চীংঙু মরায়েন্না থোইনা কনবনিগীনা নোংদম মতুং ইন্না তুবি চরাইরোংবদি কোরৌ নোংলৈবাক্তা কাখিরে। বিষ্ণু থয়াং মতাম্বোমদা চোয়নৌ সনা পূমদাকোনগুম তাশিন্নখিরে হায়দবরা ?

লিক্লাই মপারী পোইরৈ নিংথৌহনবা বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা তোন্দোং নম্বোচাগুম্নুংগী চকমোম মৈরা হৌবা তেনগুম্বনা পোইরৈ ময়াম কোয়রেন তোংনা সনা লৈবাক ঙাক্লবদা ব্রাহ্মণ বনমালি মপারী উনবি পুকনিং খোইনা তপ্লবা সন্ধ্যা তর্পন তৌবদা পুকনিং চৈরেপ লৈতবা লক্ষন মতৌ চঙখোনবা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা শাখ্য ধর্ম্ম অচেৎপবু লৌনা পোইরৈ লৈবাক ঙাকলে।

সাখ্য আচার লমচৎ হাপ্পা অস্থম লৈরিঙৈদা, হাউরৈ নোংচুপ্পা পাংবরমদা লাক্লবা শ্রীগোপালদাস বৈরাগ্য অথোইবদা লাইরেল মৈত্তেংঙ্না শ্রীগৌরাঙ্গ অহেনবা চৈতন্য মহাপ্রভু অথোই-বগী গৌড়িয়া মরমচৎ অচিকপবু পুক্লিং লাংপাম থোইনা সোরবগা ধর্ম্ম আচার মরমচৎনা রাংঙম লৈবাক ঙাক্লবদা ময়ু থোইয়ম লায়য়িংথৌ অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বনা লাইরেল ইনোংয়াই মৈত্তেংঙ্ থোংনাং ময়াম্বা অসিদি পোইরৈ লমচৎ অমা লেমদরে। লাইনিং মহয় পাল্লরোইয়ে হায়বগী পোইরৈ মীয়াম খঙহন্দনা হাউরৈ নোংচুপলা পাংবরমদা শিলোৎ মপুংয়াইবু ইন্দানখিরে। শ্রীহট্টিনা মপুংয়াইদা লৈরম্বা স্বামিজি শান্তদাস মহন্ত বৈরাগ্য অথোইববু কোরৌ মখলমা রাংবল মরোলমা অত্যা নোংলোনথক্তা খোইয়ম মার্গ নিঙথিবা চীংঙ্ মৱাকমা নুংঙনবনা চেংলৌ মশক উহন্দনা পাউমেল্লুইয়ে।

হে বৈষ্ণব অথোইবা! শান্তদাস কৌবও! হাউরৈ নোং-পোকলা পাংবরমগী পোইরৈ সনা ইপুংয়াইবু ইন্দানসে। রাংঙম লৈবাক ঙাক্লনবা হিন্দু আচার লমচৎ হাপ্পা ক্ষেত্রিবংশ শাথৈ লেপ্পবা শংলৌ থৌরাংলুসে হায়ন। অস্থম পাউকৌরবা-রাগী শান্তদাস মহন্ত অথোইবস্থং খোইয়ম ময়াথংগী শিলোৎ মপুংয়াইগী নমদা হুম্না সেবক মপারী ভগবানদাস নারানদাস অনিমাবু ঙাই-রোইননা চীংলেন ফৈদোম্শম্ লোইবি চীংখাং লাম্না লাক্লে।

১। শিলোৎ (শ্রীহট্ট) লৈবাকপু হুন্দোক্লমত্থনা

# মৈতৈ লৈবাক

[ মণিপুর হায়না মিংথোনবা ]

পোইরৈ সনা পুংদা রাইখুংলরবগা লাইরেন মৈতেংঙনা গুরু মতিক খঙনা বৈষ্ণব মখোঙ খাদা ভক্তি কাউবি চিগ-লুক্না ইড়াং পুরুমজরবদা শান্তদাস লাইবু নিঙবনা পোইরৈ সনা-পুং অসিগী লৈবাক মতিক হংনা লমচৎ মতৌ করম্বনো? পাউহং বাগী লাইবেল মৈতেংঙ লৌশিং ইরেনপুংগুম্বনা কোরৌ নোংমদোন তাউদনবা মহুমনুংগী নোংলুম য়াইরংচানবু ওইনা খুনগুম্নকপা [১]উম্থম কাম্বি মরমচৎ, [২]চীংলেন নাপোম ময়েক-থা উমং লাইফম মতিক হায়না তুরেল তুখুন মশীং লাক্লা পাউতাক্লবদা বৈরাগ্য লাইবু নিঙবনা লৈবাক মতিক-য়েং পোইরৈ মতৌ খন্না পাউ-মেল্লকয়ে।

লাইরেল মৈতেংঙ পোইরৈ লয়কোয়ফম্ব-ও। রাংঙম নঙগী নরৈবাক অসিদি লৈবাক অরায়বা পোইরৈ অচম্বা নত্তরে ঋতু ৬ মাবু মশীং শুইয়ে। বংশ নঙগী শাগৈরেনস্থং মুমিং মহুমনুংগী মনি নোংলুম য়াইরংচানবু ওইনা খুনগুম্বনে হায়য়ে। অতুস্থং মদোমদে ॥

---

১। অয়িং অশা ঋতুগী রারম ২। অচৌবা চীংশিংগী নাপোম খুদিংদা লৈবা মতিক্কা লোয়ননা মশীং থারহুনা।

সুরুং ময়ায় কোয়রেন অহোবনসুং মালেম লয়রোন ফাওয়ে। অসুম হায়না পাউখুম্বা অসিবু কৌনুং অরায়বা রাংঙম অচম্ববু নত্তে। লৈবাক মমিংথোংদি মণিপুর লৈময়োন হায়না মিংথোনসে। মরম করম কৌশিক্লবনো পাউহংলবদি লহান্নোং অর্জ্জুন মপারা বভ্রুবাহন লাংচেং মথোক্লকপনা পম্ভৌ লাইকনবাগী মারাই অমনা তৌওমদবা পোং - লাই অমনা চৎঙমদববু পাতাল লয়রোল চঙনা অনন্ত তোকলেন লিশিং পানবদগী মনি য়াইরংচানবু পূথোক্লবা অহুনে পাউখুমসে।

ব্রারম অমদি বভ্রুবহান নিংথৌরেনসুং নুমিৎ শাগৈরেন মহাকনে! লাইরেন নঙগী নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ, তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবা, নোংখিল পোবোপ্তা চকথাং য়াউরোংফান্ মৈবুল হাইজাউ-থান চোঙলেন ইনচম খান্না খুনগুম্বা মনোংয়াই নত্তবরা? লিক্লাই নঙগী কোলোয় নমিংথোংহুম মণিপুরেশ্বর লৈমাবা গরিবনুবাজ নোংথৌরেন-ও মিংওংসে। য়োইবু নশানৌগীসুং শ্রীগোমতি মহারানী কৌরসে। তৌইগুম লাইরেন নঙগী হাউরৈ খানা পাংবরমদা লৈরিবা মোংবা তোরৈ নামশংকোন নিঙথিবা উমংলেন নুংঙাইবা অহুসুং খ্বা লেংশিন্নবা য়োংমু লাললুপ কানৈয়ে। হায়রিবদো উমং অচম্বা নত্তে। খোইয়ম লাইফম অমসুং [১]য়োইবু মহা মায়ারেন, কামাখ্যা থৌহু নুংখেল লৈমা, চেংজা নুংলাইখোম শাফবী থৌহু নুংমোন লাইরুরেন্দা শাইওনবী, অহুসুং লোইদাম থাবুম খূদিংবু ঋতু পান্দা ফাওনা

১। হিয়াংথাং লাইরৈমা।

শানাফাংয়ে হায়না পাউতাকপা খোঙমোম লাইফমলেন অনিমা অসিবু মালেম তাইবং পানবদা লৈবাক নমান্নবা খৈবিক্তবু পঙনা লৈখোক্তে।

লমচং মতৌ অরেপ্পবু নত্তনদি অফ মহৈ খুঙজররোইয়ে। পোইরৈ নখোয়গী তরা নচাকপা চৈরৈ নফিশেং লাইনিং নরমচং অসিনদি ক্ষেত্রি শাগেরেনগী হৌন মরমচং নত্তে হায়না পাউমেল্লবগা লইরেল মৈতেংঙনা বৈষ্ণব মখোঙ-খাদা ভক্তি লমচং অনোনবনা পাউহংজখিএ।

হে বৈষ্ণব বৈরাগ্য অথোইব-ও! ক্ষেত্রি লমচং হৌনশা লাইনিং মরমচং, পোইরৈ লৈবাক ভাক্ত-রা করম্ববু লৈবনো! ৱারম মখৈ ফংনা পাউতাকপি-ও! হায়না পুরুমজববু শান্তদাস মহন্ত অথোইবনা অনৌবা পাউমেল্লকয়ে।

তুবি নঙনা চংঙম্বা গৌড়িয়া লাইরমলেন অথোইবগী ভক্তি মরমচং অসিদি ব্রজবাস চম্নরা ষ্ট্রী স্থপী শকহেনবীশিংগী মরমচং মহাকনে। ৱারম অমদি বৈরাগ্য লম্বোইবা নমূ মীগী লনবু খোঁতু নুংবু ওইনা মনিঙলবা, মোমন্থ চেংলৌ শক্কোইহেনবীশিংবু পলেম মমা ওইনা মউরবা পামেল উগী মতমগুম মখাঙলবা মালেম লৈময়োনগুম ময়াজরবা নমু মীওইবা খৈবিকপু থরাই অমত্তনি হায়না চেঙলৌ শকপানথোংবু য়েংদ্রবা লম্বোই অহুশিংগী মরমচং মহৌশানে। গৌড়হরি মপুরেনগী ধর্ম্ম লাইরমলেন অচিকপা অসিদি পোইরৈ মীয়ামপানগী নত্তে। ৱাংঙম মীয়াম থুংনা তৌঙমদে। চীংঙ লাইবক ফবা, ইন্দ্রি পুক্লিং কক্বা মিৎয়েং খুঁভম হোংদরবা

[1]কাম,ক্রোধ,লোভ,মোহ, মরম ৪ মাবু শমু মহকশাংদা পক্তরবশিংনা লমচৎ মতিক ওক্না তৌঙমঙৈনে। ক্ষেত্রি মরমচৎ হৌনশাদি পোইরৈ লৈবাক ঙাক্ল-রাদি সনা অযোধ্যা মপূরেন শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগী রামাণ্ডি অচেৎপপু তৌরবতুম ঙমঙৈনে হায়না পাও-মেল্লবদা লাইরেন মৈতৈংঙ৲ মণিপুরেশ্বর লৈমাবদি বৈষ্ণব ময়াথংবু নাতারবগা গৌড়িয়া লাইরমলেনবু ওইনরিবা শ্রীগুরু গোপালদাস বৈরাগ্য অথোইববু তাঙজা লুদা থোংনা পুরুম্লবগা শান্তদাস বৈরাগ্য অথোইবগী সনা মথোঙ-খাদা রামাণ্ডি অথোইবগী [2]তারক মন্ত্র অরুববু লৌবনা হিন্দু আচার মরমলেন ক্ষেত্রি মরমচৎপু উনবি পুকনিং থুংনা তানফংজরে। সেবক লাইরেন মপারী গরিবনিৱাজ নোংথৌরেন্দা অমরক অনৌবা পাঙমেনখিয়ে।

খমলাং নখোয়গী নপালাই, ইরেং নপুলাই খৈবিক্তা কোরৌ নোংজা খুদিংগী ভজন কোরৌ লনশাথৌদা কাউফররোইয়ে। থোইয়ম লাইতিনফমদা তিনশিনলো। থৌরম অস্তুম তৌনা পাওমেল্লম্লবগা পাউতাক মতোল লোম্লবদা লমচৎ মখৈ ফংঙমদবনা লাইজা ইরেনপুংদা লোইদাম থামি উবতুংগুম [3]লান্ফেৎ হায়রম্লবগা হাউরৈ নোংচুপ্লা পাংনা, মরম লম্না তাম্বা শিলোৎ মপুংয়াইদা হুলরাইখিরে হায়দবরা ?

লাইরেল মৈতেংঙ৲ লয়কোয়-ফম্বনা গুরু সনা ময়াথংগী তুবি খম্লাং পাপললোন লাইরেন ইরেং পুপাল্লোনগী খোইয়ম উমং

১। অপাম্বা, অশাউবা, লৌনিংবা, গুদ্ধৎপা। ২। ক্ষেত্রি ওইবা নখোয়গী হৌনবা ধর্ম্ম ফংগে হায়রবদি রামাণ্ডিগী তারক মন্ত্র অসি লৌরগদবনি ৩। লানফেৎ হায়রম্লবগা = হাইফেৎ শোল্লম্লগা।

লাই ৯ মানচিংনা চীংঙ্ লাইরুপ পুন্নমাবু সীতাপতি লাইয়িংথৌ রঘুরাম শিদবগী খোইয়ম মহকশাংদা তিনশিল্লবগা পোইরে য়ুম্বুম খুদিংগী কাবা মনোংথৌ শনথোং পুংমায় লেম্পা খৈবিকচুং চীংঙ্ লাইফম লৈহন্দনা মাঙহল্লবদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ অৱাং ফাংলৌ লৈমখোংদা মালেম চুম্পাক অনেম্বু খোঞ্জেল-লেন্না তাইখৎপা, কোরৌ নোংমদোন মরাবু য়ারারেম্না তাইথবা খোইয়ম কংলৈ অশীবা থৱা তিল্লিরেন শিদবা তিল্লি ইতাউরাই শখোং মোরিবরমগী লমহৌরকপা খমনুং য়াইথোং শিংশূবা শৱা তেংনা নান্বন্খনবা মচেত কায়রৈ তোল্লাংখানগী চুনবা কায়বে য়েনমৈ শিৎপবু মচেত য়েলহৌদবা কোনফু নিংখম নানৌবা চাহুই লেংথাঙ কোকহেনবা হুই নাহা থাংনৌবা তেকপি ওকথোং খন্না কাউরেন ষনথোং ঙাক্লিবা হকশাং কাবুমতুংগী শিংলেন লৈয়োনকম্বা থাল্লাই, ভপকমাবু লাংবন কাউরেন মনশেনসুম নোংদম্লিন', খোইয়ম ওংলৌরক্কী, লমহৌরক্কী লেমহৌবা চীংঙ্ লাইরেল্লক্কী খাইরৌবা অতিংঙা য়াইবিরক্কী শৎলৌবা কোরৌ ফান্দা ফমদোংবা মৈবী হানদোংবা মৈরা তোমশাৎপা লাইয়িংথৌনা হাউরৈ নোংচুপ্পা পাংবরম লোইবি চিংখাং-লান্না শিলোট মপুংয়াইবু ইন্দাল্লকহৌক্লবগা কোরৌ নোংলোম্বক নোংখল মরোলমদা খোইয়ম মার্গ নিঙথিববু তৈনা হোম্না চিনকোই পাউমেল্লহৌকয়ে।

হে শান্তদাস মহন্ত! খোইয়ম লাইবু নিঙবন্ও! হাউরৈ নোংপোকলা শাংবরমগী পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ মণিপুর লৈমাববু ইন্দানসে, পাঙিলাক মঙোল লোম্নবীদবগী রারম মতৌ থোক্তবা

লাইনিং মথোঙ শুদবা অসিবু লমচৎ থাংখৈ-শেং জাৎ শাখৈ শিন্না শেমবিরম্না-ও। গোত্র মথং শিন্না ক্ষেত্রি হৌনা লমদাং-শাংবু বিচার মশক থোক্লা শানশেন্নসে হায়না পাউমেল্লববু গুরু স্বামিজি অথোইবনা পাউখুমঙময়ে।

হে খোইয়ম উদবা! কোরৌ নোংখল মরোলমাদা চেংলৌ নশক উহন্দা, [১]পূন্নং নরেপ লেপখঙহন্দনা পাউকৌরবা নঙবু খোইয়ম লাই করম্বনো? শান্তদাস কৌবা ঐদি হন্নু ইয়াই কারবা হনবা ইরেং চল্লবগীনা চীংঙ রামপ্রভু ইবুংঙ রঘু উত্তম মপুরেনবু [২]শামন্ লীকীননা লৈজরে। ময়িম ব্রাংঙম লয়কোয় পুংদি চীংখন মরোল য়ামএ, পোইরৈ লম্না তাময়ে। হন্নু ঐবু ইন্দান ঙম্নরোইএ হায়না ব্রাকল্লবগী খোইয়ম য়াইবি হুমজাউবানা কঞ্জাউ মৈরা-হৌ তিলাং মখোয় শাঙনা চীংঙ ঐবু তাংশক্কে। খোইয়ম মীথাদে হায়না চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা কোরৌ চীংহৈ-কাপ [৩]ব্রাংবল লেনহৈথনা মালং মথিনাইনা পামেল উচাউ-তেক মরান খাম্বী মৈগ-থা৹ থৌদ্ নংতুম-হুন কাঙদেন ফৈন-লং, লম্বোই মরান থুমনা পন্থেংলবা মহাক্তসুং চীংঙ পুকনিং অপেন থুংদরবম্বী চেংলৌ মশক উহন্দনা চীংঙ শমু মখুৎতুম অকনবনা লম্বোই মহুকশাংদা কোরৌ নোংশিংজংগুম কন্না য়ৈরুরবগী বৈষ্ণব লাইবু নিঙবদি চীংঙ পনথেকখোনবু খাংঙমদরবনা শিল্লোৎ মপুংয়ায়দগী

---

১। পূন্নং নরেপ লেপখঙহন্দনা=নওং নতৌ করিস্থ খঙহন উহন্দনা। ২। শমন্ লীকীননা=ইশাদা মাগী মমিংনা লুপশিন্দুনা থাদোকপা লৈতবা কিশি কিশিনবগুম্না। ৩। অব্রাংবা অতিয়াদগী লেন মতুম মতুম হৈথদুনা অতুগা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ শিংহল্লকপনা।

য়াংলৈ মাগী মুংচানবা তাউবা লৌশিংববু ঙাইরোইননা পোইরে সনাপূংবু হলহাইরক্লবদা য়াংলৌ লমখাং অমদা মংগল নবাব ফম্বশিংনা লম্বোই লাইবু নিঙবা অসিবু সনা পূক্তা য়েপ্পা পূরিঙৈনে হায়বগী লম্বোই মতিক খঙদবগী তরা চামন চোইনবা হিদাক ময়ান-শেম তরা চারোয়ননা থংহনয়ে! গুন মতিক অথোইবনা তরা চামন চৎপিদে, ময়াং মরৈবাকপু য়োৗরকহীক্লবদা থোংনাং ময়াং মনিংথৌনস্লুং তরা চাপিজঙদে। ডুলাই লেংবু থিনবিদে। [1]থোংনাং মরৈবাকপু নমদা হুন্না খোয়মা নারোন্নংবু ইন্দাল্লকপদা খোয়মা নারোনস্লুং নাপি থোইনা শোঙথোইবা লোইবি চীংমাঙন্ ইরোক লাইচম অচৌবা খৈবিক্কী [2]ফায়েং নোংফাইফম [3]য়াংলৌ লমদনফম অয়াম্বগী পামেল উখোংখা খুদিংদা মতৌ শাইওন্বা খোয়কুং লয়না-শা লমশং লৈনা খন্না তরা চেং মচংগা নোইম্নু থুমময়োন্নচিংনা তাউজিং পূংবু-লেম খা খেনমাই লাংনা ঙাইখমঙম্ববু মিয়েং শানখৈরবগী লমবোই লাইবু নিঙবনা খোইয়ম উদবা! মতিক খঙদবগী হে নমু পোংওইবা! পামেল উরু তুপ্পা তলা হোয়ানরা কনাপ্পীনো হায়না পূককিং চিংনথৌবু ওইনা পাউহংলিঙৈদা চীংঙু অবাং ফাংলৌ লাইমা খোম্বনা বাংবল লৈচিল মরোলমদা খোইয়ক য়ারা মখোঞ্জেল[4] তেনোই উরেং খোন্দাননা পাউমেনথরকয়ে।

---

১। ময়াং লৈবাকপু থনমজুনা নাপি শীঙবীরক্তা লাকপদা। ২। অহিং য়াইরেকফম ৩। লম্বীদা ঙাইহাক পোত্থাফম। ৪। তেনোই উরেং খোন্দাননা=উরেং মচু মানবা তেনরা কৌবী উচেক নত্রগা উরেং কৌবী উচেক্কী খোস্থাং মান্না।

হে তপস্যা লাইবু নিঙব-ও ! লম্বোই নঙ্গাদমক চীংঙু শংলৌ ইথৌরাংনে ৱাহমথোনবু নাতারবগী উদবা মতিক খঙনা বৈরাগ্য লাইবু নিঙবনা হাউথোই থুমথোইবা খৈবিকপু ত্রা খুৎপুন পী তাউজিং অহাউ-তং পানা থা তপ্তাই শারনা পুকনিং অৱা লৈরুনা চীংলেন য়ৌঙম-কা ইরোক লাইচম হেন্না থোংনাং হিপূ-চীংবু কান্নচোং চীংৱাং ফৈদোই শন্না মৈতেংঙুচা নুংথোনবা লাল্লুমপন অঙৌবা লোইচাঙম্বা নুরুকথেন থোংনাং লালুপৈবু হেন্না পোইরৈ তমদা তারকলে হায়ববু নাতারবগী লাইরেল মৈতেংঙুগী পাইরৌরেম নোংবাল শনয়াম্বা অপাং কায়বি ৱাশৌবনা লমগক্রেয়ে । পাংশোই কোনলেন অচনবগী শিংলেন থম্বাল লৈচেল্লম্বু য়াংলৌ লমদাংইন, খ্বাই শেন্দোল-পান, লমলেন লৈঙাঙপোক, থোংনাং কপারাইবা হুইত্রাউবী লময়াই-খায়, ৱাংথোনবী শাকৎলমবু কান্না-চোং লাঙ্গোই শাচেল্লম, নোংচুপ ৱাঙ্গোনমানবু থোইনা-হেন্ মৈতেংঙু পাইখোম্বা সনা মখোঙজিন অচিন্-অমং, মিৎলং নারং-থোঙ, থোংনাং মীহিমোম, শেনবি মীয়াইমোম্ব ঙাক্লা থোঙবু চঙনা কংলৈ য়োইকোন্নংদা ৱাক্ইথুংলরে হায়ববু, লাইরেল মৈতেংঙুনা নাতারবগী, তুবি সনা মখোঙ-হো, ভক্তি লয়দা পক্লা লমওক্লরবগা, কোনলোয় শঙ্গায় তয়না-শা, আখারা মফম-শেন্না ; য়োইনা থৌখল্লবদা, শান্তদাস মহন্ত অথোইবনা ৱাহম্লকয়ে ।

সেবোক লাইরেল ইপারী মণিপুরেশ্বর লয়কোয়-ফম্বা-ও ! লম্বোই ঐনা লাকপদা মংগল নবাব ফম্বশিংনা লম্বোই ঐবু সনা পুক্তা য়েপলিঙৈনে হায়বগী তরা চামন চোইহনগে হায়না

হিদাক ময়ানশেম তরা চারোয়ননা পিজগুময়ে, অমুস্তুং মদোমদে।
[১]থোংনাং লৈমাবা ময়াং মনিংথৌনস্নুং তরা চাপিজরক্তে।
অস্নুম হায়না নিংথৌ মশক চিংনা য়েংনা পাউতাক্লবদা লাইরেল
মৈতেংগু খরং হাইনু চেক্লুস্নদি তুবি কলহৌ-নীক লাইরেল থাংচা
মতমপানগুম শকথোং ঈভাঙ কানা পাওমেন্থরকয়ে।

[২]মংগল নবাব ফম্বা মাখোয়গুম্বনা বৈষ্ণব মতিক খণ্ডনা
হিদাক তরা চারোয়ননা পিজগুময়ে, ময়িম থোংনাং লৈমাবনস্নুং
তরা চাপিজগুমদা তুলাই লেংতম তোংহন্দনা লাকপা অসিবু
তুংবী য়াশৌ নেৎলকপনা খূয়া থৌবি মৰাক চাম্লক্রিগনে।
থোংনাং লৈমাবা, মঙ্গল নবাব ফম্বা মাখোয়গুম্বদি থাঙলেন
খূৎনা ফংনা য়ান্নগে। টিমেন টাজিল লয়না থিন্থক্লগে হায়না
পাউমেল্লবদা মদাইরেম কৈবিরাম সিংহ অকোং হাউবমচা মন্ত্রি,
মকোই পাউনিংশিংবনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা ভক্তি কাউবি
চিংগা-লুক্রা ৰাকৎচৈয়ে।

লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ ! তাউ-ও ! হীরা চিংবা
থাংগুম্বা নঙনা করিগী মংগল মতিক নত্তবা মাখোয়গুম্ববু লিক্লাই
খোঙনা ফংগে হায়রিবনো ? পাঙল মরমচৎ থরুক মহৌশাত্নুনে।
থোংনাং নঙাইরেন [৩]মাইবং চিংমাবনস্নুং বৈষ্ণব মতিক খণ্ডবগী
মচৎ মতৌ লৈঙমদবা অত্তদি নদাইরেম ঐনা লাইরেল সনা নুয়াথংবু

১। থোংনাং লৈমাবা = ময়াং লৈবাক্কী নিংথৌ। ২।মংগল নবাব ফম্বা
= পাঙলশিংগী নিংথৌ নবাব ওইরিবা। ৩। মাইবং চীংমাবনস্নুং
= মাইবঙ্গ জিলাগী চীংগী মপূ ওইরনস্নু।

তাংজা লুদা থোংনা মচৎ লুণ্ডনে। [১]লোইবি চীংঙম কাববু মালেম তমদা চৎকুম মনিঙয়ে। থোংনাং শোঙকী-ৱাবু লৈরুদে হায়না থৌখামখোনগী লাইরেন উন্‌বি পূকনিং তেমনা চৈরৎলবদা তুবি পূক্লিং হরাউ থোইনা গুরু সনা খুয়ারেন্দা কাউবি চিগ-লুক্লা য়াথং লৈথোঞ্জেয়ে।

হে গুরু স্বামিজি অথোইব-ও। চীংঙ্ লাইবু নিঙবা! চিনকোয় নয়াথংগী খম্নাং পাপনলাই ইরেং পুপাললাই খৈবিকপু শ্রীরাম প্রভু মহকশাংদা খোইয়ম লেংনা তিনবা পুন্নমাবু তিন-শিনঙমলে। চীংঙ্ লাইফম খৈবিক মুৎনা চাইথাইঙমলে। থাংঙা য়িমবুম খুদিংগী কাশা মনিংথৌ পুন্নমাবু মাঙহলংমলে হায়না ৱাকৎ-চরবদা স্বামিজি লাইওইবনা পাউমেল্লকয়ে।

খম্নাং পাপললোনগী অমনবা ইরেং পুপাললোনগী অকেম্বা থাংয়ি লয়রোল-চল য়ামচেং লৈকূপ শীনা লয়মৃ খা-থানা লয়হৌ থক্না থোম্না ৱারীরবা মকেঙ হাথানা খোয়য়া লোংজুম্নরবশিংবু [২]তোকমৃ লৈতম-ফেন মালেম লয়রোল হাংনা চকমোম খাম্বী মৈদা ঈক্‌ও হায়না পাউমেনৱাগী লাইরেন মৈতেংঙ্নচিংনা পোইরৈ অপক্‌মাগী শাকৈ শলাই ৭ মাস্থং খমলাং মপা অমন্‌বা ইরেং মপু অকেম্বশিংবু মালেম লয়রোন্নংগী লৌথোক্লবগা চকমোম খাম্বী মৈদা ঈকলে।

শৱা লুমথাংথৌ খৈবিক্তি শাগৈ পিবা খন্না মদোম অস্থি ঙককোই শিনা পুজহললে।

---

১। লোইবি চীংঙম কাববু=অঙম্বা লোইবিচীংবু কারবস্থ।
২। তোকমু লৈতম ফেন=য়োৎপাক্লা লৈবাক য়োৎলৈ কাঙহুনা।

লাইরেন মৈতেংঙ্দি গুরু স্বামিজি অথোইববু ঙাইরোইননা লৈবাক পুম্না-হুপ নোংপোক ব্লাইরং লমশাং-ইন্, চীংলেন ফৈদোই শম্বা চৎখিরে। ইংথি য়িয়াশেংগা ঐরাবতি লাইজা য়িরিক্লাইগা অনিমাগী [১]লাইজা য়িচিনলোঙ মহাতীর্থ ঈরেনপুং লাইফম মিৎপু লংবদা হিরা মুক্তা মনি মানিকা য়াওনা মালেম লৈসনা অঙাংবা কোরৌ নোংলুপান অপানবসুং য়াউনা ইরাৎ পোৎলোই মশীঙ শুনা শানশেম্নবগা লাইরেল মৈতেংঙ্সুং নাভি খোয়থৈ য়ৌনা লাইজা য়িদ কুমলে। ব্রাহ্মন চক্র কণ্ডলি য়াওনা অস্থি শব্লা লুমথাংথোবু তীর্থ য়িদ তিন্না কোরৌ নোংলৈবাক্তা থাঙ্গৎলে।

মদাইরেম অস্থি ঙক্তা শিনা পুজরকপা খৈবিকসুং লাইফম য়িদা-তিন্না ইড়াৎ থৌদোজহেললে। যজ্ঞ পোৎলোই মশীং শুনা শংলৌ থৌরাংলবগা পূরোহিত মনাউয়োক্লা হুমলেন যজ্ঞ মণ্ডম-হৌ বেদমন্ত্র শোন্না রামাণ্ডি লাইনিঙ অচেৎপগী সংকলপ ব্লাশক্লরে।

ময়্ তুবি য়োইনোংদা, নোংদা লাইরেন পাখংবা মরৈখঙ, তাংজা শমখোম-লয় শমপ্রেৎ ম্লুংচানবদি মাঙফরোইএ হায়না তুবি থবাক লিকশিরমদা চিনশিনলে।

শান্তদাস মহন্ত বৈরাগ্য অথোইবনা শাগৈ [২]শলাই ৭ মাগী য়েক-হৌ মরা হংনা পাউমেল্লকয়ে!

(ক)১। লাইরেল মৈতেংঙ্! ব্লাংঙম লয়কোয় ফম্বদা শাণ্ডিলৎ গোত্র অথোইববু থৌজাল খুংশিন্নরে।

---

১। তুরেল অনি তিন্নফমগী অচৌবা ঈপাক ওইবা মহাতীর্থগী মশক ওইরবা। ২। য়েক ৭ কী শলাইগী হৌরকফম।

২। নোংবাল অঙৌবা কোরৌ নোংনিংথৌ-শূদা কৌশিক মুনিরেনবু হুইবিরে।

৩। ময়িম থাংয়ি চেংলৈবমদা ভরদ্বাজ মুনিরেনবু পিনরে।

৪। লুৰাং মনিন্নাইবদা কাশ্যপ মুনিরেনবু ওইহল্লে।

৫। ময়িম নোংয়াই খুমন্দা। মধুকল্য মুনিরেনবু লন্‌খাইরে।

৬। মোইরাং তানা তাবদা অত্রেয় মুনিরেনবু পিনৈয়ে।

[২]৭। ময়িম ফান্তেক মনিন্নাইবদা গৌতম মহামুনিরেনবু গোত্র খুংশিন্নরে।

ৰারম অসুম তৌনা শাখৈ শলাই ৭ মাদা গোত্র মথং শিন্না থোজাল য়োইথোন্নরবগা থৰায় অপকমাদি ৰামাঙ্গি অচেৎপবু তানফংলবগা লেমলে ঙাৰু হেন্না সংকলপ ৰাশক্রবগা নোংপোক ৰাইৰং খুনজিল-হন্না পোইরৈ সনা পুংদা ওন্দেরকলে।

(খ) ৰাংঙম লম্নকোয়রেন্দা ৰাইথুংলবগা লাইরেল মৈতেংঙদি কোরৌ নোংজা-হাঙদা, নোংথিল পুংজা অমদা, ইন্নং শোয়বা নাইদা, রামনাম শোনববু চৈরেপ্ত অয়ুক য়াকি-হৌ চামাইরাংনা গীতা ফাগবত অরুববু নোংজা শিঙবুম হাঙদন্না নাতাইয়ে। কয়রোই উমং খুদিংদা মুকমু হাইমৈচোনবু পানবা নাফম্বনা কৈরেন য়াদা ফংববু নাতারবদা [৩]মংশক খুৎকুম তান্না কৈরেন খাঙয়েন চন্দরিবা মথৈদি তরা লুক্তং হাবিদ, মথেল লুক্কোই তংদনা

১। চেংলৈবম=খাব ঙানবা ২। ফান্তেক মনিন্নাইবা =শরাং লৈশাংথেম। ৩। মংশক খুৎকুম তান্না কৈরেন খাঙয়েন চন্দরিবমথৈদি =লম্মন শিংনবা অচৌবা, কৈ অহু হাংত্রিরমথৈ।

নোংহাময়ে মরম অতুগী.দমবপু গোপাল সিংহ নিংথৌরেল-ও তৌনা কৌয়ে।

গোপালসিংহ ময়াম্বনা অহিং খোমলেন তুমকন্দা নোংথিল পুংজা হাঙদনা চীংঙ্. রঘু শিদববু শামন লৌবীননা সনা লৈবাক ঙাক্লিবদা লম্বোই লাইবু নিঙবনা তপস্যা মফমলেন লেমথোং লৈশাংথৌ মহিথেন্দা বৈষ্ণব মতিক অক্লববু প্লোইরে মীয়াম খঙ-হনগে হায়বগী লোইদাম ক্লাকচিং থা, উন্থম থোইনা চিকথোইবা থাবুম চুপ্লা লম্বোই মাগী লবাই কোইরেনতোন্দা লাইজা থোইনা চীকপবু পুলাং নিঙ্গোর হুৎনা ধারা য়িহৈথববু চৈরেপ্ত হকচাং চাইচোৎ কংহন্দনা লাইজা য়িনোৎ হাপহল্লে।

লোইদাম কালেন্থা অশাউবা মহাক্কুদি আসন মফমলেনগী ফানখোং চিথেক ৪ মাদা শিঙবি ঙামজাউ য়াম্না-পৈ, মৈরুপ চাউনা-হৌ, মৈরী মকা-লাম্ববু কালেন থাবুম চুপ্লা চকমোম মৈমুৎ-হন্দববু হুমাং লৈরাক অমবু কাবিদে। [১]লোকলৌ লমখুম য়িবু হৌবিদে।

থৌরম অমস্তুং শিলোৎ মপুংয়াইদগী ঙাইরোইনরকপা তাউবা মহুইচা লৌশিংবা, য়াংলৈ লময়িন হুই অতুবুস্তুং চাতি মখোঙ-শুই তাউবা মাগী লুবাই কোইরেন-থক্তা চকমোম থাউমৈ থান্না য়োইনা থৌখন্নৈয়ে।

(১) লোইদাম ইঙা থাগী য়িশিং তমলেন চাউথোইবা অতুদস্তুং লাইজা য়িদা কুম্না য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লাইজা

১। চুবা নাক্লুম্নচিংবদা চেন্থবা হৌনবা হুম্মাংগী ঈচেল চেনবিদে।

য়িরেম্বগা ম্বিরোইননা য়িশিং তমলেম্নংদা শাম্নববু তাইবং নোংশা পানগুময়ে। লাইরেন ঙাংঙোই-য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈ-তোনতাউথিং মাংগা অনিমানা লাইজা য়িপান ফাওদনা শাম্নবদু-গুময়ে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মগী শমু খুংথুম চনখিদে। খুংঙাই মহৌশাবু ওইনা কোরৌ নোংজা খুদিং পায়মা নিংশা পান্দবগুম লাইজা ইরোম্নংদা য়োইনৈয়ে হায়দবরা ?

গুরু থোইথোইবা খোইমোম লাইওইবা অতুদি অসুম লৈজহখিনগে॥



# মৈতৈগী কুম্মৈদা হিন্দুগী কুম্মৈ

তুবি পায়মা লিন্দাংশাংবনা ঊনবি পূকনিং চেৎনা নিঙলুবদি পোইরে এগী থম্নাংবা-ম্নারী, ইরেং পূরমচৎ অরিবা লোইদাম থাবুম খুদিংগী কুম্মৈ ইরমচৎ হৌন-ঙম্বা অসিবু হিন্দু কুম্মৈ-থৌনা শিন্নগে ছায়না নিঙখল্লুরবগী গুরু স্বামীজি লাই ওইনবগী সনা ময়াথংবু লোইদাম। ২। হিয়াঙ্গৈ থাগী কুম্মৈ মহুৎ শিনবদি জলযাত্রা ব্রাকয়ৈ হিতোংবা তাউজিং হৈক্রু পরেং লিকপু শিনা তোংচেং হিওন্ চৎপদা কুম্মৈ মহুৎশিন্না ম্নুংঙাইনৈয়ে।

৩। লোইদাম ব্রাকচিং থাগী অয়াঙ য়োইরেন য়িরুপদি লমলেন লিলোং শাহৈাপাত্তা ইরাৎ পোৎলোই য়াউনা স্নান ইরু শান্দেংয়ে।

৪। লোইদাম ফাইরেন থাগী ব য়বা তেনকাপ মহুৎ শিনবদি চীংঙ্ রামজী মপুরেন্নচিংনা খোইয়ম লাই পুন্নমাবু সনা কৈথেল্লেন্দা কীর্তন মনিম্নাইনা য়াকা পাউদোইনৈয়ে।

৫। লোইদাম লমতা থাগীদি পোইরৈ অপকমানা লোইপান কুম্মৈ শান্নৈয়ে।

৬। লোইদাম শজিফু থাগী কোংবা লয়থোং ফাৎপদি বিষুব সংক্রান্তিনা লেংশিননৈয়ে।

৭। লোইদাম ইভেল থাগী অহোং খোংচিং মতুং শিনবদি রথযাত্রা কাংচিংয়ে।

৮। লোইদাম লাংবন থাদা খমাং পাপন্‌লোন অকেম্বা ইরেং পূপান্‌লোন অমনবশিংগী, লূকলেন পূম্না শেম্না, [১]তরা চারক্‌ক কংপগী, মতুং লয়না শিনবদি পিতৃলুক ইরাংথৌনা শিন্নেয়ে।

৯। লোইদাম মেরা থাদা পোনবি রাকমবোং চীংমুং নোঙ্গৌবীনা লোইদাম কুমশা থৌদি দশানন্ ক্বাক্‌তানয়ে।

চনৌ হুইচিনিতুগীদি গোবর্দ্ধন পুজা ইরাংথৌনা শিন্নেয়ে হায়দবরা?

---

১। তরা চারক্‌ক কংপা = তর্পন কংপা (পিতৃলোক ইরাংথৌ)।

# কোল্লু য়ৈখায়বা

থোৗরম অসূম তৌনা ইরাৎ কুম্মৈ পূন্নমাবু শানওল্লবদা ন্নারম অমসুং লাইরেন মৈতেংঙু বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বনা লিল্লাই মদোম নিঙখল্লুবা অমদি ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ মৈতেংঙুচা পামহৈবা চীংঙু তাইবং খায়বগী খোইয়ম মুক্তি মহকশাং অসিবু লৈরিবদি পূকনিং থাংখৈ শেংখিদে। লাইনিং পন্নথোৗবু ওইনা উনবি চিংন-ন্নাবু পোল্লিয়ে হায়না নিঙখল্লুরবগী মদাইরেম মচেঙ-হাক্‌মা ওইবা [১]কোরৌ নোংনিংথোৗশূ চন্দ্রমনি খোংজোম্বগা [২]লোইয়ম নোংয়াই নাহা শংদাম শৌগাইজাম্বগা, গৌড়াং মাইবা থিরামচাস্থ কোবির চোংথামচাগা লোইয়ম ফোৗরুংহনবা, লাংমৈ থাংশবগা মাখোয় ২৫ মাবু পাউকোৗরবগা শেনবি [৩]পোংনিংথৌ ময়িমকম অপোং ইংখোন লেন্দা মান্দোপ ইনলুম চীক্লা খন্না ন্নাতানরবগা পোইরৈ মীয়াম খঙহন্দা নাপ্পা চাক্‌থেম্মনা তান্তে কোনশাবা তরেৎ কোনহৈবা কাতেং থাংশাবা অয়ে শেনশাবা মাখোয় ২৮ মক্‌কা অহিং ইনুং শোইয়াই-মাগী নোংয়াই থান্নম অচিকপদা তুরেল খাম্বা-লান চীংঙু লাইকোন-লেনগী থোঙলেন

১। অঙোম শংগৈদা পোল্লবা পুরৈরোম্বগী মশূ। ২। খুমন য়েক্কী সৌগাইজম শাগৈদা পোল্লবা শংদাম কৌবা নাহাগা। ৩। ইন্দালতুরেনগী নোংপোক থংবদা লৈবা অপোং ইংখোলদা মাগুব খন্দুনা মী খঙহন্দনা ন্না তান্নরগা।

নাতৈ কাঙনা চঙখিরবগা খোইয়ম সনা মখোঙখাদা চকমোম মঙাম্নাইনা থানঙস্না থাউমৈ ৫ ফাংববু শমু খুৎনা ফংনা হাইমুৎ-লবগা খোইয়ম সনা মহুকশাং মুত্তি শংশং লৈঙম্ববু আশন মফমলেনগী থাংথরবগা নুংথং থক্কা-থোন পাঙ্গল খুৎঙম থিনা য়েথেক্ক্রে। খোইয়ম য়েখাই চৈথাখোন নুংথং চৈয়েখোনবু নাতারবদা খোইয়ম তালোয় থৌগনবী য়োইবু [১]চিনফুরোল তলেম্বীনা চুপলেন নাবু য়ুং মিপাই থাগ-যু-তাংজা লাইখংননা চেনথোকচরকপদা খোইয়ম শয়েং মতানবোম, পান্থোম শারেল য়েৎলমগী চোংথোব্লকপনা য়োইহৈ খুবোম তোংয়াইরমদা পাল্লরবগী থব্লাই নোংদা-কা পানবোম থাদা কোন্না য়োইহৈ চৈরৈ ফি-কোম্মংদা লোন্না শান্থপচরৌয়ে।

ংথং খুত্তা শূনা খোইয়ম চৈথা হাল্লুবা মহাকস্থং মথল্লা মখুৎশূমক্কা চৈথা খুৎথিল চেল্লবগী খুকলু কাঙ্গোই-থোংবু ঈমু ফিরাক শানা য়েফৎলে হায়দবরা ?

থৌরম অসুম ওইরবদা খোইয়ম উদবা চীংঙ তাইবং খায়বনা য়াইবী কলহৌ-নীক তিলাং মখোয় শাউরবগী কোরৌ নোংখল মরোল-মদা মার্গ নিঙখিববু তৈনা-হোল মুংশ হেশোল নীক্লা ব্লাওইরকলে।

'চীংঙ এবু মীথাদা খোইয়ম তাংশক্কনা মুতি ইহকশাংবু [২]কোনচম্ য়োম্ল-পোৎকুম মুংথং ইথব্থোন পাঙ্গল খুৎঙম থিনা

---

১। চিনফুরোন তখেম্বীনা=অরাম্বম চনু তখেম্বীনা। ২। অচম্বা য়োম্লবা কোলগুম।

য়েখায়বা অসিবু ওস্থোকয়ে। চীংঙ্ যাইবি হুমজাউবা ঐদি তোইবি মশূ কুরাউপান লম্মরক্কী চেংলৈশংবু মওইরে। খোইয়ম ঐবু তোইবি মশূ কুরাউপান্দুদি নত্তে লম্মরক্কী চেংলৈশংগুম্ব ঐদি লেম্না তোক্লরোইয়ে। লম্বোই লাইবু নিঙবা শান্তদাস কৌবা অসিবু শিলোৎ মপুংয়াইগী হিন্দু আচার লমচৎ হাপ্না ক্ষেত্রি বংশ শাথে লেপহনগে হায়না লোইবি চীংখাং লাম্না পাউকৌরুবদি খোইয়ম মুক্তি ইহকশাংবু নুংথং চৈথাখোন অরূম্ববু লান্নংজগে হায়বগী পাউকৌরুবা মওইরে।

"খোইয়ম ইতৌ শাইওনবা চীংঙ্ ইতিক অরূববু উৎনা মতৌরগে। চীংঙ্ ঐবু পোষ্টরে য়িম্নক-চঙ [১]থাংঙা লৈকাই পামশং কেন্না লৈরক শারং য়ানগে। [২]নমু মীপুম খুদিংবু খোয়বা লীরোগে য়াংফং কোনলোনগে" হায়না ব্রাহ্মবগী য়োইবু মশানৌ শেলোই সনা হৈয়াই-চীং লংমাই মপামচীংদা ব্রাঙন্বীবু ইন্দান্থিরে।

কোরৌ মুমিং ৫নি শুরবগা চীংঙ্ মখুৎথিন ওস্থোকপা খোইয়ম শাইওনববু তৌরকলে। লিক্লাই মপারী চীংখোং য়াইমবা শিবশাই লাইঙম্বদা ফাউরুরবগী শিবশাই লাইঙম্বদি হৈরৌননা নাফংলে। হয়ু পলেম পিশোললে। পান্থৌ পাশোললে। শমু মহকশাংবু [৩]য়াংলেন লাইকারমদা ফকলোং চরাই কোনগুম শমু খোঙনা হান্না কোনখৎলকলে। খোইয়ম লাই খুৎতমবু খঙদরবগী লাইরেল মৈতেংঙ্না মদাইরেম মোইরাং ললহাম্ববু মপারাগী

১। লৈকাই খুদিং চিথদনা লৈরক খুদিং অশি-অনা থোকহনগে। ২। মী পুন্নমক ঐগী লাংলিনা পুন্দুনা অন্নাবা তাহনগে। ৩। ফক কোন্বগুম্না ময়াংলেন থেক্লুনা।

অনা লাই খুৎতমবু য়েংহনববু লোইয়ম মোইরাং ললহাম্বনা লাইরেন মাঙদা থানা ৱাকৎলরে।

লিক্লাই কোরৌ ইনোংথৌ ও! লাইরেন নপারীগী অনা লাইওং মতৌ য়েংলুবদি নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ মৈতেংঙু মচা য়োইরেনবগী চীংঙু লাই খুৎতম্বু ওইরমলে হায়ববু নাতারবগী লাইরেল মৈতেংঙুদি [1]থাংশা মতম পানগুমলে।

হে মোইরাং ললহাম্বা! তরা চাকমাং চাবা নঙনা লাইওং মতৌ খঙদনা লমলোং চবান চাবা খোইয়ম অওনবা করম্ববু নহৈ নতিক শানা নিংথৌ ইমাঙ থানা ৱাকৎলবা অসিবু হেঃ করিগীনো? লাইরেল ঐদি সিতাপতি লাইয়িংথৌ রঘু উত্তম থোইখোইববু থোইনা চীংঙু কনা লৈতরবা অদুনে। নিংথৌ ঐবু উনবি পরয় লৈহললৈয়ে। তয়ম নঙদি য়াথং চুমদে লাইরেন ঐগী সনা য়োইকোন্নংদবু চঙফররোইয়ে হায়না ৱারৎনখিরে হায়দবরা?

খোইয়ম লাই খুৎতম্বু লাইওং মতৌ খঙদররগী পলেম নমা [2]শেনবি পাইখু লাম্থবিদি লিক্লাই মপারীগী লায়না মতৌ য়েংনা নুংশি মতৌ কম্বু-লৈত থিকলেন থাগ ফু মালেম লয়দা ওন্না মীকপ্পম্বদগী য়োইবু মাহুং হেরৌননা নাফংলে। অনা লাইপোৎ লুপ্না লাইজা য়িনোৎ-কাগুম মতৌশিল্লক্লবগী লাইরেন মশাবীদা য়াথং নাহে চন্না ৱাকৎচখিয়ে।

---

১। অথৌবা থাঙগী মথৌগুম মথৌ হেঙ্গৎলকলে। ২। শেনবি পাইখু লাম্থবি=ৱায়েনবম চন্দ্র গোমতি মহারানীগী মিংথোল অমা।

হে লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ! ঐবু লোইবা ইবুংঙ! ৱাংবল ইকাশা তাউ-ও! লিক্লাই নপারীস্পুং লায়না মতৌ করম্বনো ওস্থোকয়ে।

য়োইবু নশানৌ ঐস্তুং অনা লাইওং খণ্ডনা চকমোম ৱামৈ চাককুম মথোইজিল্লকয়ে হায়বগীদমক লাইরেল মৈতেংঙন্নো মদাইয়েম লৈবাক মাইবা নিংথৌ মনাউয়োক পুন্নমাবু অনা লাইয়েংহনববু লাইওং মতৌ খণ্ডরবগী য়োইবু মশানৌনা অনৌবা অমরক ৱাকৎচহৌয়ে।

লাইরেল কোরৌ মীনোংথৌ! তাইবং সরারেন তাউ-ও! য়োইবু নশানৌ ঐবু চীংঙ খোংহৌখোন খোইয়ম ঙম্বনখোন্ অরুম্ববু লান্নংলে। হন্দক মতম অসিদা অমন শিথিন-ৱা, খমলৈ মীন্নুংকোনবু তাখিরৈংনে। লাইরেন নপারী সনা কোনখাং মরোলয়াম্ব[১], নমোম ৱাংঙমলোন খোকথৈনম্বু মরোলয়াম্বী পূন্নমাবু পুনশি মতোল লোম্না লাঙ্গোঞ্জগে নিংজববু [২]নাউয়োকফদনা মদোম মদোম করম হুল্লাল্লমসিবনো? তৌইগুম লাইরেল ইশাবা নগা পোইরৈ চৎয়া-হায়, ৱাংঙম ন্থুরা তেম্মন্নজবনিকো। কোরৌ নোংজা খদিংবু, সনা কাকোম্নুংগী পাম্না তপ্তাই-লান, যা শুংদাই লৌনা কৎচবদা, খোংগল ইহৌশাবু ওইজবনিকো! লাইরেন সনা নখোঙ-খা, শিংলেন থম্বাল মানবা অসিবু হুল্লাল্লম্বগা, [২]ইদোম করম শৱা মীখরোনবু ইনখিসিবনো? অমন খমলৈ করম কমথিয়ো হায়বনো? লাইরেল মাইবা ননউয়োক, অমাই

---

১। য়োকচবা ঙম্মদনা। ২। মী তাদবা লমদুদবু ইতোমতা করম্না চৎসিবনো?

লায়য়েং-হৈবা, হিদাক লাইশোন খঙবা করম্ববু, নোংদম্গি
হায়রিবনো ? অস্নুম ৱাকৎচবা-ৱাগী লাইরেন মশাবীদি, য়োইবু
কোলোয় ময়াথংগী, নুংশি মতৌ কবু লৈত, মায়খোং ঈঙাং
কানা নিঙখল্লুরবগী নিংথৌ মাইবা মনাউয়োক, লোইয়ম মোইরাং
লনহাম্ববু য়াঙনা পাউকৌহল্লুরবগা পাউহমখিয়ে।

হে লোইয়ম মাইবা ইনাউয়োক-ও! য়োইবু ইশানৌ,
কংলৈ মৈতৈ লৈমগী, লায়না মতৌ অসিবু, লাইওং করম্বনো ?
খুৎতম তাঙনা য়েংলু-ও।

অস্নুম পাউমেনববু নাতারবগী মোইরাং ললহাম্বনা কাউবী
চিগ লুক্না ৱাকংচৈয়ে।

নদাইরেম ঐবু তরা চামাং চারবনে, অনা লাঈ খুত্তম
অরেপ্পবু হায়ঙম্লরোইএ। নদাইরেম ঐবু লঙজ অয়োন ঙাকাপ-
ইংনে হায়না ৱাকৎলবদা, লাইরেল মৈতেংঙনা, য়াথং অমৃত
থুম থোইবনা পাউমেল্লকয়ে।

নিংথৌ পুক্লিং শোংকিরাবু পুন্না লৈরগনো! তুবি মাঙদা
খোইয়ম লাই খুত্তম অরেপ্পবু, থাংথৈ শেংনা খঙহললো হায়না,
য়াঙনা থৌশীজিনখিরবদা, মোইরাং ললহাম্বনা, য়োইবু মৈতৈ লৈমবু,
চৈরৈ ফিরোলথক্তা; নাতোল মালং নোংশিৎ-থোঙগী হৌনা,
পায়মা নিংশা হুন্ন-য়েং, শমু খুৎনমচিংনা, খোয়জি মিহুল য়েংবদা
অরুম অখম-লাই, [১]লোকলাং ভিল্লাং লাই অয়াংবনে হায়না,

১। করিস্নু লৈতবা লোক্লাই তিননাই থুংবগী হৌনবা অনাবনি
হায়তুনা।

থৃৎতম ময়েক ফংঙমদনা, অসুম পাউমেনরাবু নাতারবদা, য়োইবু মৈতৈলেমনা :—

"তয়ম মাইবা ইনায়োক-ও ! য়োইবু ইহকশাংদগী ; শরা তুংখাঙ লোয়না, হুম্মাং ঈচীক হুন্, পোৎলুম পাবোৎ ননগুম থম্লিবা অসিবু, লোয়াং ত্রিল্লাংলাই অয়াংববু ওইররোইয়ে। খোইয়ম লৈরক শাথোবা, খোংবাল শারং য়ানবা, শরা লাইফম অপোইবা করম্বনা, খোয়বা লীরোরনো ? লৌশিং পয়য় ওইনা নমগুনো ! খোইয়ম লাই-খুত্তম্ব ফাওনা হায়বিয়ো।"

অসুম পাউহংজববু, লৈমা নুংশি মতৌ য়েংনা, মোইরাং ললহাম্বনা, নদাইরেম ঐবু লেমলৈ ঙারা ঙাথৌ য়াঙনা, নমু মীরোল হায়গদববু, লাইজা য়িনা পনবচুগুম, রারম মথৈ ফংঙমদে। লাইরেল নশাবীগী থাঙলেন মখুম হাংববু শোংকিয়ে।

তৌইগুম তয়ম মাইবা ইনাউয়োক্-ও ! লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ লিক্লাই ইশাবীগী থাঙলেন কোমশৎ-রাবু শোংকিবি-রগুনো ইপল নঙগী নহুৎশিন্না, থাঙলেন কোমশৎনোংদা, নমোম ঐবু নিংথৌ মাঙদা, লেপঙৈনে হায়না পাউমেন-রাগী; লোইয়ম মোইরাং ললহাম্বনা হায়য়ে।

লাইরেল নশাবীদা চিনগোই পাউদম্বগুনো ! য়োইবু নথন্না খঙহৈগনে। লৈমা নহকশাংস্থং, লাইরেন নপারীগা অনিমাগী; পাবোৎ পোৎলুম ননগুম থাম্লবা অসিবু, খোইয়ম কনাগী লাই খুত্তম্ব নত্তে। নয়ু ফাৎলৌ লৈমখোম্বা, চীংঙ তাইবং খায়বগী, খোইয়ম লাই খুত্তম অতাঙবনে। য়োইবু নঙগী নাকোং থোং-জাউরেন, শারেন য়েৎলন থংবদা, লাইজা ঈরাউথোন, রাংলেন

তোমান্ পুংয়েখোনবু নাতারিগঁনে। নাকোং শমু ওইরমগীদা মোইবুং থিন.কামখোন, পেরে শিঙ্গাখোনবু নাতারিগঁনে। অস্থম চীংঙ্ মতিক হায়না, শংশং খঙহল্লবদা নিংথৌ মাইবা ইনাউয়োক-ও! য়াথং নপাউমেন অসিবু, তৌদঙা তৌবা মশেন্নে। [১]অমন ঐবু শিওই-নংনা, কাউবি শুমলোইনখিগে হায়রবরা? অস্থম পাউ হংজববু মাইবা মনাউয়োক্লা পাউথ্মখিয়ে।

অমন শিওইথৌদি পূন্না লৈতে। নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী মথৌজান্না ঙাকপিগঁনে হায়রম্নবগা কোনলোয় শঙ্গায়নুংগী, য়াংনা লাইরেল মখোঙথাদা, চাংজৌ চেপ্পা লোন্না ৱাকংচরুইয়ে।

নদাইরেম ঐনা, অনা খ্ত্তম য়েংলুবদি, অরুম অখমলাই, লোকলাং তিল্লাংলাই, অয়াংবনে কদৌরোই হায়না, থাঙলেন কোমশংৱাগীবু শোংকীবগী, [২]য়াথং কোইথা-ননা অস্থম ৱাকং-লম্নবগা মরান ওন্দেখিরে।

লাইরেল মৈতেংঙ্দি, পূকনিং হরাউ থোইনা, কোলোয় মাগী শঙ্গাইন্নুংদা চঙলক্লবগা, হে য়োইবু ইশানৌ! কংলৈ মৈতৈ লৈম-ও! মাইবা ইনাউয়োক্কী য়াথং মপাউমেন্দি, অরুম অখম লাই অয়াংবনে হায়রময়ে। পূকনিং করি শোঙকিরগুনো হায়না হরাউ পূক্লিং চঙনা য়াথং পাউমেনববু নাত্তারবদা, য়োইবু মখ্ৎ লোন্না [৩]য়াথং হেশোন নীক্লা হায়জখিয়ে।

হে লাইরেল কোরৌপু ইনোংথৌও! তাউ-ও! নিংথৌ নঙ্গী থাঙলেন কোমশং-ৱাবু শোঙকিবননরিগঁনে। য়োইবু নশানৌ

---

১। ঐবু শিগদবা তাংকম অহু ফংলহুনা। ২। ৱাহৈ কোইনা ঙাংলহুনা। ৩। তনিকচবা খোন্থাংনা নিক্লা নিক্লা।

শ্রীভোন্দা হায়রবদি অচুম্বা নত্তেয়ে। অনা লাইশোং কোরিবা অসিবু ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী খোইয়ম লাই থম্লমমে হায়রময়ে। নাকোং শারেন য়েংলমগীদা লাইজা য়িরাউখোল রাংলেন পুংয়েখোনবু নাতারিউনে। নাকোং শুইরমগীদদি মোইবুং থিনকামথোন, পেরে শিঙাখোমবু মাতারিউনে হায়বা পুম্নমাক অমত্তবু [১]শেপথোকপা লৈতে। অসুম পাউদম্নবদা, লাইরেল মৈতেংগী য়াইবি মঙ্গুং-হৌ, কঙাউ মৈরা থোক্লা, কুচু থোনলাং-মৈদা ফমফম্লবগা, ফমথৌ মঙাইরোই, নিংথৌ মহিশাং থুম্লমাবু লেংনা তম্না য়াকাররবদা, লাইরেল মৈতেংগুম্না [২]থাংশা মকম্ন-শানগুম পাউমেথরকলে। অমম মোইরাং লকহায়বদা য়োম্নবু ইশানৌদা চীংগুম অওনবা, খোইয়ম অতৈবা, লাই কনাবু মহে মতিক শানা হায়রময়ে। লাইরেল শ্রীভোন্দদি লোক্লাং তিলাং লাইনে, কদৌরোই হায়না পাউমা অমহময়ে। নিংথৌ শ্রীবু তাংশক্তে। লাইরেল ঐদি গুরু স্বামিজি লাইওইনবা মপাউতাভুগী চীংগুম রামজী মাম্নবা শীতাপতি লাইয়িংথৌবু হেন্না লাই কনা লৈতরে। নিংথৌ শ্রী পুক্নিং ঈরে চলহনলে, তাংজা লৈনী লোংবা মাবু শম্নু খুৎওম-থি ভকথি খুদলাংঈমা য়াঙনা পুথং লুও হাৎমা খোঙলোয় থৌমীশিরে।

লাইরেল সনা মৈয়াথংগী খোঙলোই মপাউমেন অকাবু নাতারবদা মোইরাং লকহাবদি মোমম্নু তালোয় মকন্নাশিংদা পাউমেমথিয়ে।

---

১। শোয়নবা লৈতে। ২। অথৌবা থাউমী থাঙহায়না কনবদা তুবং তুবং তুম্নগুম (মথৌ লৈনা) মাহে কনা হায়রকথি।

হে মোমন্থ ইরুশ্বী ! পলেম লোকলৌ-শিন্‌গুম্বীশিং-ও ! নথংলেন ঐদি হন্দক লাইরেল সনা ময়াথং অসিবু নাত্তাবদি মোইরাং ললহাম্বা ঐদি থাঙলেন ময়া শাবদা য়াইবি থৱায় মাঙগবরা খঙদরে [১]অমন কোরৌ নোঙ্গা-ফি, খোইমোম নোংলৈমা মখুৎ-শা, কুরাক হুমদং মানবা অহুবু চৈরৈ লনহোংখিগে, তরা চাময়োনবু চামন্ননা, য়েন্‌লম মথেল তৈববু তংমন্নখিসে। ৱারম অস্থম হায়না চৈরৈ ফিঙৌ-হোং, তরা খুৎপুন হুক্রা তংমন্নরবদা মরান লোনয়িময়ায়গী য়াঙনা চেন্‌কারকলে। খোঙলোই ময়াথংগী, তুবি সনা মথোঙজিনবু য়ৌরক্লবদা, ঙকথি লুময়িন্ননা লাইরেন সনা মখোঙখাদা ৱাইথুংলরবগী তুবি থিংলৌ মথিনাই লাইরেল কাচক হৌনা ৱাহম্লকয়ে।

তয়ম ললহাম্ব-ও ! কোলোয় য়াথং চুমদে। তাংজগুম লৈনী লোঙয়ে হায়না ৱাতাথিরিঙৈদা কোরৌ নোংখল মরোলমদা, চীংঙ তাইবং খায়বনা, মোইরাং ললহাম্ববু, মুংশি মতৌ য়েংনা, খোইয়ম মার্গ নিঙথিববু, তৈনা হোল্লকহৌকপগী, চীংঙ য়াৱা মখোঙ্গেনবু, গুরু স্বামিজি অথোইবনা নাবু য়ুংনা নাতারবগা, উনবি পৃকনিং-শিংনা পাউহংলকয়ে।

লাইরেল মৈতেংঙ গরিবনিৱাজ নিংথৌরেল-ও ! কোরৌ নোংলাংপান, [২]নোংখল মরোলমদা চেংলৌ শকউহন্দনা পাউ-মেল্লিবা অসিবু, তুবি নঙগী খমলাং পাপললাই, লাইরেল ইরেং পুপাললাই, করম্বনো হায়না পাউহংববু নাতারবগী লাইরেল

১। শিবদা চেন্নগদবা ফি ( অঙৌবা )।

২। নোংনা খন্দুনা লৈরিবা অৱাংবা অতিংঙা অসিদা।

মৈতেংঙ্না ৱাহয়কয়ে। ইদাইরেম মোইৱাং ললহাম্ব-ও! গুরু স্বামিজি অথোইবগী, নাকোং থোংজাউরেন্দা, চীংঙ্ শরাই-দনা, খোইয়ম মতিক উৎনা পাউমেল্লিবা অসিবু, ইয়ু খোইয়ম করম্বনো?

অস্নুম পাউহংববু নাতারবগী, লোইয়ম মোইৱাং ললহাম্বনা, মৈতেংঙ্ ইবুংঙ্ তাউও! [১]খোইয়ম অওনববু নত্তে। নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ অৱাং নোংনিংথৌ য়োইরেনবনে, হায়ববু নাতারবগী শান্তদাস দেবমুর্ত্তি শংশংবনা ৱাহয়কয়ে।

হে গরিবনিৱাজ! সেবক লাইরেল ইপারী ও! খোইয়ম লাইমাচম্ অমাংবা, লমলোঙ চবান্ চাবা লাইবু নত্তে। চীংঙ্ মহাবিষ্ণু খোইখোইবা নিত্য নিরঞ্জন ফাফদবা মহাকনে। লহান্নোং শিলোৎ ইপুংয়ায়দা, বৈরাগ্য লম্বোইবা ঐবু, অহিং খোমলেন তুমগন্‌ফদা, নোংথিল মিৎয়েং নাউশুমফদনা, কোরৌ নোংলোম্বক্তা, চেংলৌ মশক উহন্দনা, হন্না হন্না পাউকৌরম্বা অত্তুবু, চীংঙ্ কনা নত্তে। খোইয়ম লাই অসিনে।

লম্বোই ইয়াথংগী, খোইমোম লাই অয়াম্ববু মাঙহনবদা য়াউ-ররিবনরিঙৈনে। য়োইবু নশানৌ, লিক্লাই নপারী অনিমাগী অনা লাইপোৎ ফারিবা অত্তুবু চীংঙ্ মাগী লাই ৱারকপুনরিঙৈনে হায়না অস্নুম পাউমেল্লবদা লাইরেল মৈতেংঙ্না ৱাহমথিয়ে।

ইদাইরেম মাইবা ইনাউয়োক-ও! গুরু কোলোয় ময়াথংগা তয়ম চিনক্কোই ময়াথংগা শোয়নদরে। ৱারম মৎত-ৱাবু য়াথং থাংখৈশেংনা মহায়রো! নিংথৌ পুক্লিং শোংকিরাবু লৈরগুনো!

---

১। লাই মশক হোংলবা, অতোপ্পা লাই অমা নত্তে।

চীংঙ কনানো হায়না পাউহংলবদা।

হোয়দা লাইরেন কোরো ইনোংথো-ও! তুবি সনা ননিন-থোনিবু শোংকিরাগী তৌশিকপনে। খেরম ঐবু শোংকিফদবা, [1]লিক্লাই ননিনখোন অক্লম্বা, থাম্বী মৈরীতোনগুম্বা অসিবু, উন্নবি পূকনিং তপ্পা নাতাবিয়ো—

লিক্লাই নপারী, যোইবু নশানৌ অনিমাদো নয়ু খোইযম লাইয়িংথৌগী, খেয়বা লীয়ো-বা, খোইয়ম লাইরা-রক, অরেম্বা মহাকনে হায়না, তুবি সনা মথোঙথাদা, অফি নমদা হুম্না, অসূম রাকংলবদা, লাইরেল মৈতেংঙনা, অনৌবা অমরক পাউ-মৈল্লকয়ে।

ইয়ু খোইরম লাইয়িংথৌগী, চীংঙ লাই বৃংতম অতাঙবনে হায়রবদি য়োইবু ইশানৌ লাইরেন ইপারী অনিমাগী অনা লাই-পোৎ লম্নিবা অসিবু, য়াঙনা ইস্থোকহল-ও! খোইরম মতিক অরুববু তাঙনা মখঙজরগে। অসূম পাউমেল্লবদা মদাইরেম মাইবা মনাউয়োক্লা অনৌবা রাকংচহৌখিয়ে।

অসাইডে নদাইরেম ঐনা, মৌংবা ইরানরাইগী তুবি ননিমখোন অকনবা, লাইরেন নথৌথাগী, কংলা য়াঙনা চেনগাঙকপদা, য়াংলৌ লম্মখাংদা, নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌনা, মালিং মৌংহম পাউগুম, [2]লাংফেং হায়রম্বা অমদি, নদাইরেম ঐনা মাতীরকপদি, খোইয়ম মুক্তি ইহকশাংবু, নূংথং ইথক থোল্লা, -রৈথেকপা অঙ্গবু ওইরিগীদি, কদৌফংদ্পু নত্তে। চীংঙ ঐনা ইথুনেং,

---

১। লাইনিংথৌ মৈদিংঙ নহাক্কী সনা য়াথং অক্লম্বা।

২। হায়ফেং হায়রকখিবা।

[১]থৌদ্র চিন্নাইদবা ; পুকনিং লাংপাম থোইবগী, লাংকা চীংমাঙন্ অঙন্‌বা, সনায়ান লোক্‌-চাউরেনগী ; হীরী খোংফাং থেংনা; নমু মীয়ান্না চিংনা লৌহনবা, চেংজা থাপানবা অদুবুস্নুং, নোংয়াই লৈশাংখোং, হাউদু খজিল নুংগুনবা মরমথৈদা থৌদু লোইকা খানা ঝারৎনববু, থৌরম করিগীদমকনো ? তৌমল্লে হায়না ঝাওইঙময়ে ।

অদুম ঝাকৎরাবু নাতারবগী লাইরেন মৈতেংঙ লৌশিং নোংলৈ য়াঙগুম্বনা ঝাকয়ে মখনেৎ তোংচেং শামুরোকপবু কুরাক শিদং মহুম লৈনা-শিং, শেন্দাং য়েন্থি লৈনা-তেং, হিরোয় মীয়াম খোম্না, মোংবা খনলম-ইন, তৌরৈ নামশাং শিংনা, লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংগী, খোইয়ম থৌদু মখনেৎ, চেংজা নুংজানববু, ঝাকয়ে হিদা-হাপ, য়াংদৌ লৈহেন্নবা, ইন্নুং শোইয়াইমদা ঝাইথুংলুরবগা, লেমথোং লৈশাংথৌ মহিথেন্দা, তৌরাং ফকচা খন্না য়োইনরবদা, অয়ুক কৌবা চাৎলেন শোয়রবগা, লাইরেন মপারী চিংখোং য়াইমবা শিবশাই, অনা লাইপোৎ ফারবা, য়াঙলেন লাইকারম্বু, ঝায়রা লীরুং তিংগুম চিংশিল্লবা, তৌরাং ফকচা কোনগুম, কোনচিল্লবা অদুবু, মখদোন মালেম লয়দা তানা, অনা পোৎলুম হন্থোকঙমলে । য়োইবু মশানৌস্নুং, নাকোং থোংজাউরেন অনিমাদা, লাইজা য়িরাউখোন, ঝাংলেন পুয়ৈ-খোন, মোইবুং থিনকাম-খোন, পেরে শিঙ্গা খোন, নাতারিবা মৈবিক্তো, লাইজা য়িথোঙ থিংগুম চৈরৎঙম্নবগী, য়োইবু মশানৌ,

১। ঐগী ইপুক্রিং তাজরবা পুন্নমক্তগী অযোইবা মচিন নাইদবা নুং।

কংলৈ মৈতৈ লৈমানা, [১]য়োইহৈ মঙাইরোই, পায়মা লৌশিং থোইবি অমতংবু লাইরেন মশাবীদা ৱাকংচহল্লে।

তুবি কোরৌ ইনোংথো-ও! নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী, থৌহু মথুনেং, চেংজা থাপানবনা ৱাইথুংলরবা অসিদা, য়োইবু নশানৌগী নাকোং থোংজাউরেন অনিমাদা, নাতারম্বা খৈবিক্তো, থিংলেন য়িথোঙ থিংগুম চৈরংলে।

লাইরেন নপারী, চিংখোং য়াইমবম্পুং, শমু মখুদোন ২মাবু, মালেম লয়দা তানা, অনা লাইকোক্লে। তরা লুক্তং য়াম্না হারে। লংমাই শেংবা লাগুম শেংলে।

অস্পুম ৱাকৎলরবদা, লাইরেন মৈতেংঙদি হুরাউ মখৈ লৈত, নুংঙাই মরাং কায়না ৱাহল্লকয়ে। ইদাইরেম মোইরাং ললহাম্না অসিবু; ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌনা, করম লনকুফবনো হায়না, পোৎশংবা নমপোক চৈথংগী, লক্ষীনারয়ন মোইরাং ললহাম্বু থৌজাল মখৈ লৈতনা, লাংবন চীংশাং খোইরেন হীগুম্বাম্না, চিনগোই পাউমেল্লকয়ে।

হে তয়ম্ নুংচানব-ও! চিনকোই নয়াথংদগী, পারী নুংচানবা, য়োইবু ইনানৌ অনিমাবু, ইরু শান্দেংথৌগুম, লাইকোক্লে হায়না, অনা তাংওন পোৎপু, লোইমোম ফৌমাই চোম্না হাম্না লিকোল য়াইশং-য়াউ; [২]তরেৎ শেন্দি মরাই-ই, নোইনু থুমদি কাগুপ-হাপ, ঙাইরোং শিংপাক লেম্না, লিহীং খুনেংনরবগা, নোংপোক চকলাইথাঙ

---

১। নিংথৌগী লোয়নবীশিংগী মরক্তগী অহেনবী।

২। তরেৎ শেন্দি মরাই-ই—মথক্তা ময়েক ইবা শেল।

তোনকোনববু থাঙ্গোল খুক্তা শূনা, [১]খোইয়ম লাইরী থৎলে।
চৈরৈ ফিরোই য়াউনা, য়াকু হীপকফিগা, তয়ম ফুংগা ৫নে, থানলৈ লৌকোকয়াউ, লোইন্নু থুম-পোৎস্থং ১০ গা, কাউরেন শনপুম ৫ গা, পূংবুলেম থেনমাই লাংনা, মোইরাং ললহাম্বগী মরান লোন্‌য়িময়াইদা, নম্ম মীয়াম চৎনা অনা লাইওং থিন্থরে হায়দবরা ?
রারম অসি মতুংদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইবি হুমজাউবা মৈতেংঙু মচা য়োইরেননবনা মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বদা পাউমেল্লহীকলে।

লাইরেল ইনোংয়াই থোংনাং ময়াম্বা অসিনা খোইয়ম ঐবু নিংশিং পূকনিং লৈতরে। অঙাং শান্নথৌগুম মনিঙলে। চীংঙু ঐদি লাংহৈ কুম্মুম ওশুনা [২]শেনবি মতমপাক্তা লৈরুখিগে। তয়ম নঙদি তয়ম মোইরাং ললহাম্বা নঙবু খোইয়ম ঐগা কোরৌ ন্নুমিৎ শিঙবুম খুদিংবু তোয়নবনিকো। চীংঙু ঐবু লৈতরবদা নদোম চেংলৌ হেকঙাই ন্নুংয়েং চেংনা করম নোংথোইঙমগবনো ? চীংঙু ঐদি তৌইয়িগুম হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবগা [৩]পোইরৈ খুনথোং ৪মাবু হাঙদনা লৈরক খুনপুম থিরমগে। হয়েং কোরৌ ন্নুমিৎ অমদি অহানবদা [৪]খুরাই খুনফমলেন্দা কোংলৌ লময়েং-লমগে। তয়ম নংদি তরা চাপুরিপূংদা ঙাইখম্ লম-ও! হায়না পাউতাব্রম্নবগা কৌবা মনোং শোয়রবগা তুরেল খাম্বা লান্না লমলেন খুরাই খুনফমলেন্দা কোংলৌ লমগা য়েংনা লৈরক খুনপুম

১। খোইয়ম লাইরী থৎলে=তিল্লি লাইরী থৎলে (লাই-তিনগী মরী থদৎলে)। ২। কবো লৈবাক্তা লৈরুখিগে। ৩। পানা ৪ মক্তা। ৪। খুরাই পানাগী লমদা।

থিরুরবগা লমলেন [১]চাপুরিপূংদা মদাইরেম ললহাম্বগা লমত্তক্লরে।

খোইয়ম [২]নোংলৈমা মখুৎথোন পান্না পুক্তা য়েপ্লকপবু থৌজাল ঙকথি লুমলাং-কোন শম্লাং তোনগা-নান্না পান্না লারে অমবু য়াদা ইনবিনা পিজরেয়ে। হয়েং কোরৌ মুমিৎ অমদি থোংলেন রাংখৈ খুনফমলেন খাবা শনশেনথোং ঙানবা নাহা শনঙাক্লম খামশঙ মদাইমা রাংখৈ হাউবা শনলিংরাই অঙৌবা পুরৈরোম্বা মকাইফম কোরৌ নোংলম্বু শাংদিং লোনঙৌ চিনবা, মানবি পিদাইখোম্বনা য়াকাশঙ মদাইরেম নৃংবাল অশাংপাম্বনা ভুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংববু কোরৌ মমিয়োক রাংবল মশান্ কন্না কাশা লাইওইফম, [৩]রাংখৈ খুনফমলেন্দা লৈকাই পনশাং লোয়া, লৈরক খুনপুম থিরম্লবগা খোইয়ম মরান ওন্দেরকপদা, [৪]তাউদনবা খোকখৈ নেমখিরবগী কৈথেল চাকরাইরাইদমদা মৈতেংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্বা কায়রৈ য়েনকাউপৃংদা মদাইরেম মোইরামবাচাগা লমওক্লরুহীকলে। মশানৌ অরাং কোরৌ নোংলৈমাগী মেননোং মখুৎথোন কৌবা চীংলৈশং লৈশং, তোনলোংববু মদাইরেমগী তাংজা লুরেনতোন্দা থেৎপিরময়ে।

হয়েং কোরৌ মুমিৎ অমসুং পোইরৈ থোঙলেন মীকৌরম নোয়না খুনবি অচংবরম ময়ায় হৈপূরম মৈতেংঙু শেনবি খাংগেম্বনা লানলোই লমদনফম তোলোং লম্মহন চীংঙু নোংথো সরারেনগী

১। চাপুরিপূংদা=চৌব্রিপূংদা=হৌজিক লৈরিবা ৪শুবা আসাম রাইফলসগী কম্পাউণ্ড মনুং চনবদা লৈবা লাইফম অমা। ২। অঙোম নিংথৌগী মুপী। ৩। রাংখৈ পানা। ৪। মুমিৎ তাশিল্লকপা মতম ওইরকপা।

থাওলেন মথুৎশূনা কোরৌ নোংথিল পোপোপপু মালেম লয়তা-ৱাই [১]হৈথে লম্হনবু য়ৌনা কোংলৌ লময়েংল্লুরবগা খোইয়ম মরান ওন্দরকপদা মৈতেংঙ্ খোংনাং ময়াম্বা কৈথেললেন কাঙজৈ হুমদং পাৎশা পূংদা মদাইরে মোইরাং ললহাম্বগা য়ামচেং থাফংননা লমওক্লুরে ।

কৌবা অঙাংঙানা য়োইময়াই লাইরেন তাউদনববু য়ুকৌহৈ, তাউজিং হয়রী লোঙজম্ববু শমু মথুৎ শিন্না পিজরময়ে। হয়েং শিংবুম নুমিৎ অমদি [২]খ্বাই খুনফমলেন মাখি লৌথোঙপাক্ থোংপাক নুরাবী লাংলেন কোংয়াং ৱাপুরম পাখং হুইয়াই চাঙ্গারম তুবি ঙাংয়েক চনু ৱাংঙমলোন পাম্থোইবীনা খোয়নৌ মতা ৬ মাগা [৩]লাইজা শান্দেংফম য়াংদৌ নুরাপাৎপু ঙমলোন্না য়াইবি তুচোংৱাই মিরেন ললহামপূংগী লৈরক খুনবুম থিরক্লবগা মরান ওন্দেরকপদা মৈতেংঙ্ শেনবি খাগেম্বা কৈথেল্লেন মচল লৈমা ওন্দমপূং মনিঙলৈমা তিক্তমপুংদা মদাইরেম কেগে মোইরাম্বচাগা লমওক্লরহীকয়ে। খোইমোম কৌরৌ অৱাংবা মখুৎথোন অঙৌবা পুরৈরোম্বা পেংওন্-হয় হৈনৌ থুমখোইবা ৩ দংবু চাংঙ্ খুত্তা পায়না তাউজিং হয়পূম অমাদ চীংঙ্ ঐ তংগে, হয়রাং হয়পূম অমদি য়োইবু ইশানৌ [৪]লংমাই চিংজরোইবীদা ওক্লরুগে, তাউ-জিং হয়পূম অমদি তয়ম নঙ তংও হায়মা হয় পীজরময়ে।

হয়েং কোরৌ নুমিৎ অমদি তয়ম লোইয়ম ললহাম্ব-ও! ইরাই নুমিৎ অরুবনে, নোংঙাল পুংজা ৫ তাবদা ওক্লসে। অসূম

১। য়াইস্কুল পানা ২। খ্বাই পানা ৩। ঈরুজফম
৪। নোংপোক পাম্থোইবীদা।

হায়না পাউমল্লেম্বগা কৌবা মনোং শোয়রবদা রাংঙমলোন থিংবাফাবী থৌশীতেন্ [1]শুমদেংবা য়াংহৌতেন্, অরাই শংখুচন্নু লন-উন, কাঙবু কাঙবী য়োমলোই হৌনা হাকোকফমদা লোইয়ম মোইরাং ললহাম্বগা লমওক্লররে। মদাইরেম্বু ঙকাখি লুমলাংকোন খজাই লেংলোই চূপ্পা পাউমেনখিয়ে।

হে তয়ম নুংচানবঙ! খোইয়ম ঐদি কোরৌ অসি নুমিৎ-মাদি শেনবি তমদা কূন্না কবো মপূংয়াইদা ইন্দানখিরগে, চেংলৌ ইবিংঙা শকউনররোইএ। পুনুং লেপ-খঙনদনা নদোম করম নোংথোইঙমগবনোকো। তৌইয়িংম তয়ম নঙবু লাংহে কুমবুম ওমাগী লোইদম থাবুমলাক্ [2]নুমিৎ শিংবুম থেক্লা ঙাহখম্ঙমও! হায়না পাউমেন্নরম্বগা খোইয়ম লাইয়িংথৌ চাংঙু উফংদবাদ থোঙ-লেন মীকৌবরম্বু লালোই লম্লাই ঙান্না চথখিরে হায়দবরা?

মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বনুং হেকঙাই নুংয়েং চেংনা পিরেম খকমাদা কোরৌ থোইনা-য়েং খুনিং মোইদোন-কাঙনা মিৎয়েং শানথৈজববু খোইমোম খাবী লেংনাউমাম্বী, লানলোই মশুম্মাং মৈতেংগু তবুংবনা ইন্নুং শোইয়াইমদা খোংদৌরাই লানলোই হয়িংখোংগী-মখৈ চাংঙু মঙাল অরাববু শঙাইশেন মৈবী পাইশুম লানলোই লমলাই ঙান্না উরৌয়ে।

খোইয়ম লাইয়িংথৌদি মালং চৈরোয়ননা শেনবি তমদা তাখিরে হায়দবরা?

থৌরম অসি মতুংদা লাইরেল কোরৌ নোংলিক্লাই খাবা

১। শুমহুনা তুমলম্বসু হৌগৎহনবা তেনগুন্না মচিল থৌবা কাঙ।
২। নুমিৎ মশাং থাতুনা থা ৩ হেক শুনা ঙাইরমও

উনলেনহীগুম্বদি যজ্ঞ নগুন থাঙ্গে হায়বগী চীংঙ্ তাইবং খায়বা মকাইকম ফুরা লাইয়িন্নাক্কী মাঙোপ চাউকোইযুংদা যজ্ঞ পোৎ লোইখাঙ, লোইমোম ফৌ ময়োন, তিল থোইদিং অমুব, তিংথৌ তোনলোং-লৈ, ঘৃত থুমখোইবা, কাউরেন শঙ্গোম অহিংবা, য়ুবি শুংদাই-হয়, পুংং লাহৈচিন্, থা হয়রাংচান, পান্নাখাং-তেলা, ঘট থাউমৈ য়াউনা পোৎলোই মশীং শুনা পুরোহিত মনাউয়োক চক্রকগুলি কৌবনা [১]হুমলেন মণ্ডম-হৌ স্বরুপ খুত্তা পায়, আহুতি ঘিহৈ থোইনা বেদমন্ত্র শোন্না হুমলেন মরাঙ হৌরবদা লাইরেল মৈদিংঙুদি মদাইরেম যজ্ঞ নগুন থাঙ্গে শুইখমলিবা পুন্নমাগা [২]তরা ভাহেন্না লৈরিবা খৈবিকপু লাইরেল মৈতেংঙুনচিংনা ব্রাহ্মন মনাউয়োক্কা নগুন খুত্তা পায়না গায়ত্রি মন্ত্র চৈরোইননা নগুন ভককোই থাংবিরে। পোইরৈ মীয়াম থুংনা হুকপিরবগী লাইরেল মৈতেংঙুনা, ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুন্নমাবু, দান দক্ষিনা মশিঙ-শু, সনা লনগা-য়েন, লুপা লনবু পীনা, উনবি পূকনিং পেন্না য়োইথোন্নরে।

ৱারম আস মতুংদা লাইরেল মৈতেংঙুনা বামোন লেংনা তিনবদা ৱাহমখিয়ে।

হে ব্রাহ্মন লেংনা তিনবলক্তগী ঠাকুর তন্দ্রধার কৌবদি অসিনা ব্রাহ্মন শূপ্পা ভমচিংববু ওইশুনো হায়না য়াথং খুৎশিন-নখিরে। হায়য়ে!

লাইরেল মৈতেংঙু লৌশিং ঈরেনপুংগুম্বদি সীতাপতি লাইয়িংথৌ চীংঙু রঘুরাম শিদবগী সনা খুয়ারেনবু লাংবন খোইমু

১। মুংশিৎ য়াম্না হুনহনহুনা। ২। ব্রত তৌহুনা (চরা হেন্দুনা)

লৈপাম্ববু ওইনা কোরৌ নোংজা খুদিং তাউজিং হয়প্রম্মা, শিংলেন, লৈরোংমাবু কৎলোদনা, তুবি মদোম চিন্দরে। তাউজিং মনিং তম্না হাদরে।

রামাণ্ডী ধর্ম্ম অচেৎপগী ভাগবত ধর্ম্ম অথোইববু লৌনা রাংঙম য়ুম্বুম খুদিংবু শাগৈ শলাই খাক্তনা য়োইবু বৃন্দাদেবা মশানওন শিংলেন তুলশি লৈনুংশিবু লৈঙোই চীপূ-থোন, লৈরাং মপান-থা, মালেম লয়মায় তৈনা, য়োইনা থৌগল ফংজহল্লে। থাংঙা য়ুম্বুম হাঙদনা চক্ষু ৱালোং-হোং, মরান লোনয়িম-তৈ, তেকপি ওকয়াম-চাই, কায়রৈ য়েনয়াম-মাঙ, খরুং য়ুঙৈ কায়না, হিন্দু মীয়াম-থুং, রাম মিংলেন শোন্না পানফরে।

অস্মুম লৈরিবৈদা, খোইয়ম লাইয়িংথৌ, চীংঙ্গ শানওন-য়াম্বদি, লাংহৈ কুম্বুম ও শুরবগী, খোইয়ম থিংলৌ নিঙনা তেনা, পোইরৈ সনা পুংদা ৱায়থুংলরবগা, মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বনা লমওক্ঙমদরবগী, খোইয়ম লাইয়িংথৌদি, মুমিদাং, থাবল চৈ-রোইননা মোইরাং ললহাম্বগী, মরান লোনয়িময়াইবু ইন্দানখিববু, মোইরাং ললহাম্বদি, চীংঙ্গ সনা ময়াথংবু, পূক্লিং ৱাকাউঙয়রবগী, উনবি নিংশিং লৈরুদনা, মরান লোনয়িমনুংদা, খোমলেন তুমকন-ঙম্নবগী, চীংঙ্গ হুমজাউবদি, [1]য়াইবি মনুং-হৌ, তিলাং মখোয় শাউরবগীদমক, মদাইরেম ললহাম্বগী, মপান শঙ্গোয়নুংদা [2]য়াতাঙম্বা, [3]তয়ম মাগী নাইনূংচং, অমত্তংবু, ফক্লাং লোঞ্জা ফাক্লা শহু থুৎচেং লাক্লরববু, মপাং য়াতাঙম্বা অয়াম্বদি, পানবা কৈবু খাচিক্লবগী,

---

১। থম্মোই কন্থি-কঞ্জাউ হৌতুনা ২। তুম্নম্বা ৩। মাগী মনূং হজিন্না লূন-তৌবা মনাই।

থরাই লাইথংননা শমু মখোঙ লাক্লা থৌখানজববু, খোইয়ম য়াইবি মনূং-হৌরকপগী, পান্নোম শাংল লাক্লা, ফিবুল ঙাইরন হুনঙুম লংথোক্লবগা, মপল শঙ্গোয়-ন্নুংবু চংলক্লবগা, খোইয়ম লাইয়িংথোদি, থাংশা মতম পানগুম্নবগী, মোইরাং ললহাম্বগী মদাইরম নূংচানবা, শয়েং ভানচোবা শমু লেংকনবা অমন্নুং লুরাই মাগী কেইবন্দোন্দা চীংঙু মখূংতুম অকনবনা চৈথারবগী, মযা ঈঙোংবানা [১]মালেম লয়কাই তুইল্লে। চীংঙু মথিনাইনা, কোগ মরানয়িমগী, খোঙলেন্না পৌলাল্লম্ববু, খোইয়ম মখোং-দোন্না কাউথোক্লবগা, মরান লোনয়িমন্নুংদা, চীংঙু ঙান্দুম ঙান্না চঙখিরবদা, উদবা মিরাং মখুংশূ, অরাং কোরৌ নোংনা থাবা-খোউ, খোইরা মপাল নাইদবা [২]মিরাং মরা লৈতবনা মোইরাং ললহাংগী হকচাং পুন্না-য়েৎ, উরিৎ লোনয়িম লোনগুম মিরাং মচিন থিখংদনা হকচাং ফিবুল ভাংগুম মালেম লয়মাইথক্তা ওন্না থমলে।

খোইয়ম লাইয়িংথৌনা, হে মোইরাং ললহাম্বা, তরা চামাং চাবা শংলৌ যেননাং তংবা, থাম্মোই লাইনিং লাদবা [৩]শরী ব্বারেপ কাউনা [৪]খোইয়ম মীরাই চনবা নঙবু থৌকাউ নতিক ওকপা মতাকপু ব্বারক মথৈ ফংনা হৌরবনে। অস্তুম উদবা মশক খঙহন্দনা পাউমেনববু হোমলেন মথৈনদনা তারব্রবগী তালোয় ভুংচা হৌ তয়ম নাইজা পুন্নতুপ মীপাই নোংদ-কা মৈবী থিনকাম্লনা

১। লয়মারদা ব্বান্নহাল্ল। ২ মপাল মরা খংদনা মিরাংনা কোয়েৎ য়েৎশিল্লফুনা ৩। ব্রশকখিবা ঙাকপা লৈতনা (তরেপ্পা ব্রাফম ঙাক্লনা)। ৪। লাইবু থৌওই উৎশিত্তবা নঙবু।

উচাল মৈরাথান মিৎয়েং শানথৈববু মথংলেনগী মিরাং পুন্না য়েৎপা হকচাং পূমনা তাবা মালেম লয়দা ওন্না লৈঙম্ববু মোমন্নু থরাই লাইথংনা মিপাই নোংদ-কা পিরেম থকমাদনা। থংলেন ঐবু লোইবা! মোমন্নু ঐখোয়গী খোয়মা ঈংহৌগী ইপল ফৈরা ভানচিন্নক ইচ্ছু লোকলো তুচিন্দক্কী লমওক্লব-ও! মতৌ করিনো ওন্থোকয়ে। -খোইয়ম কনানা খোয়বা লীরেৌবগী তৌশিকনো হায়না মৈরা হকথেং ফংনা য়েংলুববু চীংঙ্‌ মিরাং মথুৎশূনা উরিং লোনয়ান্দীচাগী পোনবি হাকোকয়িমগুম হকচাং পূন্না-য়েৎ মপা থিথংদনা লৈঙম্বু উরবদা উনবি পূকনিংচক ইনূং কৌবা চুপ্পা লাক্লরবদা মদাইরেম নুংচানবা ওইবনিগীনা য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবগী [১]নুমিৎ মঙাল মৈনা কেগে ময়িম চঙলক্লবদা নুংওন অক্না মথৈ লৈতনা লান্নংববু উরবগী নুংশি মতৌ য়েংনা চীংঙ্‌ মিরাং মথুৎশূ উরিং লোনয়ান্দীনা লোনগুম থন্নিদবু লিলা মতাং শিংকুম চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা লৌথোকপিরে।

অসূম লাইফোক মতৌ ওন্থোকপবু মরান লোনয়িন থন্না লৈরিবা পূন্নমা লাইজা ইরাউখোনগুম মীকপ্পরিবা থৈবিক্লো কনা খঙলোদে। চীংঙ্‌ মতৌ শাইওনবা খোইয়ম লাই ব্বারক অরাম্বু থাদোকপীরবদা মোইরাং ললহান্বনা উনবি লৈনিংশিংলুরবগী [২]লাইরেন সনা মখোংথাদা মরান চেনগারকলে।

---

১। নুমিৎনা নোংচুপ মাইকৈরোমদা তাথিহনা মমশিনথিবদগী
২। মৈদিংঙ্গী সনা নাক য়োনবা কোম্মুং তানা চেল্লক্লে।

তুবি হেকঙাই মীনুংগুন্দি ধর্ম্ম বিচার ৱাথিশঙ্দা মহাভাগবত অকুববু নাত্তাঙম্বদগী ৱারম মতোম্লে'ম্না কম্ফমঙম্বদা লোইয়ম ললহাম্বনা ৱাহমজরকয়ে ।

লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ ! মুমিৎ য়াইৱং চানগুম্ব-ও ! নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌবু অসি ইনুং শোইয়াইমদা শেনবি মঙম্বাক্তগী নদাইরেম ঐগী ইরান লোইয়িময়ায়দা ৱাইথুংলরে । নদাইরেম ঐনা নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী সনা ময়াথংবু থৌকাউঙম্ববগী মোইরাং ঐগী তয়ম নাইয়াম-চাই, ইরান লোনয়িম চঙনা, শমু ইহকচাংবু, থরাই পোনশুমনুংদা থম্বা চেক্লুম, চীংঙু মিরাং মথুংশূনা হকশাং পূন্না য়েৎনা উরিৎ লোনয়িম লোনগুম লেঙজফদে । খোইরা মরী থিখঙদনা ৱারকনরিয়ে ।

অস্থূম ৱাকৎলরবদা লিক্লাই নোংথৌরেন্না তয়ম শঙখূবা নমপোক চৈথংগী লোইয়ম মোইরাং ললহাম্বা-ও ! ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী লাইনিং নহৌশাবু থাদোক্লবনা তৌশিক্লবনরিঙেনে । পূকনিং লাইরেকচনঙনো । চীংঙু অরায়বা খোইয়ম [১]লাইমচম নত্তে । শমু মহকশাংবু য়াইবি শিথি নংগনে হায়না থৌজাল য়োইথোম্নঙময়ে ।

মোইরাং ললহাম্বনা অনৌবা অমরক মালেম লয়দা তুনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সরারেন তাউ-ও ! লিক্লাই সনা নয়াথংনা থৌজাল ৱারকপীঙম্ব অসিবু উনবি খোয়থৈ তানা খন্নজখিগে হায়না [২]মরান লোনয়িম-য়াইদা কুমখিয়ে । খোইয়ম

১ । অচম্বা লাই । মাগী লৈফমদা ।

লাইয়িংথৌদি লহান কোরৌ নোংলোন্তক্রা মরা ততোম্বু ফমফম্না ব্রাশক্রুরিগী থৌরম মতৌ ওন্থোকপবু তৌরকখীকলে। পোইরৈ য়িম্লক খুদিংবু লৈকাই পনশাং হাঙদনা থোঙলেন পৌরোল-হাং শরা লাইকম মশক ওইনা নমু মীয়াম-চাই নহা নুবি হন্নু হনবা খাক্তনা মিপাই কোকয়ি কানা থরাই মিরেন পাইনা লান্নংলে। রাংঙম য়াহিপ ভুমকুনফদরবগী অকি পূকনিং-চঙ পোইরৈ অনি অনি চিন্দিন্না অহুম-অহুম নাপ্প-লোনহায়নন শোনমোইখিয়ে।

অরাংফাৎলো লৈমখোম্বগী খোইয়ম য়েনপোৎ মথৌরাঙ য়েল্লাং মঙমদম ওন্থোকপা অসিবু নরম করিগী ওইররোইযে। চীংঙু মতিক খঙবিমন্দবনা তৌশিকনরিঙনে। [১]পোইরৈ ঐখোয়বু তুম্বা ঙৈফা নীকলে। থরাই লাইখংনরে।

অসুম শোনমোইনরিঙৈদা মতৌ শাইওনবা অমসুং অরাং কোরৌ নোংনসুং উদবা মালেম লয়নসুং খঙদবা চেকপু ওইনা পোনবি মমৈতোন্দা চকমোন মৈগ-পূ কোরৌ নোংলোন পাই শাফু খেক্তেল রাংনা পোইরৈ থূনথোং ৪মাবু [২]লৈকাই য়িমবুম শেন্দনা খাম্বী মৈগা থারে। থাংঙা লৈকাই পনশাং কেন্না ফাইরেল লমমৈ চাক্কুমলে। অদুসুং মদোমদে।

লৈরায় ঐখোয়গী য়িতা-রম, হিদেন চংলৈ খুদিংদসুং লাইকম ওন্থোকপবু শানওল্লবগী মিরেন থাগা খংনা নমু মীয়াম লান্নংহনবা অসিসুং খোইয়ম কনা ওইররোইয়ে। চীংঙু লাইমরু অরাং

১। ঙক পায়চুনা নীক্রবা মরন্না তুম্বা ইয়া য়াদরে। ২। লৈকাই য়ুম অমত্তা চিথদনা ২। লৈকাই পনশাং থুংনা।

ফাংলো নৈমাখোম্বা কংশৈ অশীবা শংলো মথৌরাং অরেপ্পনরিঙেনে। অসুম পাউমেনরাবু নাতারবগী লাইরেল মৈতেংঙ্না মদাইরেম কুংদানবা অকোং হাউবমচা পায়মা লৌশিং থোইববু শমু খংচেং লাক্না বাইচীকশি অচিকপা ব্রাইরংকোন অকোনবদা নাপ্পা চীক-থেন্নুনা হে পাইরৌরেম মুংচান্‌ব-ও! পোইবৈ অপকমানা মিপাই কৌকয়ি-কানা শোঙকিনরিবা অসিবু ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ মৈতেংঙ্ মচা য়োইরেনবনা তৌশিক্‌রা অরেপ্পবু মওইরে। খোইয়ম উফদবা মাবু পেংগী পেংশোই হাউকানা পুরুমথৌবা চোয়হোন্নরে। খোইয়ম ফম্বি লেপথন্দনা বায়দোং মকাইফম পূনহন্দরে। লাইরেন ঐবু লঙজা মপৈ য়াম্নে, ইয়ু খোইয়ম লাই-য়িংথৌগা চীংঙ্ মুক্তি মহকশাংদো লয়মি মফম-তৌ খোইরু মিতম্ য়েং তরেং কৌনমুন্দুংদা খোইযুম মুক্তি শেন্না তয়ম নঙনা পোইবৈ মীয়াম খংহন্দনা শংলো থৌরাংলে। তৌইগুম চীংঙ্ সনা মহকশাংবু শানশেন্নবদা রামাগি অচৈংপদি থাদোকফরোইয়ে। খোইয়ম মুক্তি মহকশাংবু উরবগা লাইনিং খুভম হোংখিববু ওইরঙেনে। পোইবৈ মীয়াম খোন্না সংকলপ ব্রাশরুখিসে। পোইবৈ খুনযংথৌ, পালম ইমাতান্না পোকপা লাইরেন ইপা-লোন্না যেনবা, খাইচেং লেংনা-তিন্ উমং কয়ারায় লাকপা পূন্ন-খোমনা; যজ্ঞ মহম-হৌ; চকমাম ঘিহৈ-থোইনা ব্রাশরুখিসে। পোইবৈ মচা অয়াম্বা, লাইরেল ইপারী, লিক্লাই ইশানৌ অসি খৈবিবপু, রামাগি ধর্ম্ম ইরমচং অসিদা খোয়মা নাম্মুক্রবা, উনবি পূক্নিং পরয় চেন্তবশিং অতুদি তাঙজা মশম-কক্, পরয় লানকা শানা, লাঙ্গোই খোংদা য়েংনা খুঙ্গোয়নগে।

অসম্ম হায়না লৈকাই খুনথোঙ ৪ মাদা খুনলক পাউগা চেন্না নমু মীয়াম তিলহল্লবগা [১]লোইদাম থব্রান-থাগী নিম্মাং ৭নি পানবা কোরৌ নিংথৌকাবদা চীংঙু লাই কংলা ফুরা লাই-য়িন্নাক্কী ধর্ম্ম বিচার ব্রাথিশংদা যজ্ঞ মণ্ডম পোৎলোই মশাং শুনা শংলৌ থৌরাং, লোইরবগা নিংথৌ পুরোহিত মনাউয়োক চক্র কগুলি কৌবনা হুমলেন মণ্ডম হৌরবদা গুরু শ্বামিজি অথোইবনা শারেল য়েৎলম-ফম, সেবক লাইরেল মপারীনা যজ্ঞ ওইরম-ফম পোইরৈ লৈবাক কোয়বা পূন্নমানা থবাক লিকলেং শীনগুম ব্রাংঙম মীয়াম ফম্নবদা স্বামিজি লাইওইনবনা পাউমেল্লকয়ে। লাইরেল মৈতেংঙু গরিবনিব্রাজ নোংথৌরেল-ও! সংকলপ নঙনা ব্রাশকপদো কোলোয় য়াথং লানফরোইয়ে। লাইরেন মৈতেংঙুনচিংনা পোইরৈ লৈবাক পূন্নামাদি খোইয়ম লাই অয়াম্ববু নিঙফরোই। চীংঙু শ্রীরাম লাইনিংথৌ রঘু উত্তম লাই পাখংগা লহাননোং লম্নোই ঐবু [২]হিন্দু আচার লমচৎ শেম্না ক্ষেত্রিবংশ শাগৈ লেপসে হায়না শিলোৎ ইপুংয়াইগী হন্না হন্না পাউকৌরবা তাইবং নমু লোন্দিন্নবা অতুম্লং বিষ্ণু অবতার শংশংবা মহাকনে। খোইয়ম লাই অনিমা অসিবু শামন লীকি চেৎনা লাইনিং খুবম হোংফ-রোইয়ে হায়না ব্রাশক্লইংনে।

অস্নম পাউমেল্লবদা তুবি সনা মথোঙ-হৌ শমু মখুৎ লোংনায়া ব্রাহ্মন মনাউ য়োক্লা বেদ মন্ত্র শোন্না আহুতি ঘিগা হৈরিঙৈদা লাইরেল মৈতেংঙুদি য়াব্রা খোঞ্জেল ব্রাংনা ঐনে, ঐনে নোংথিলচায়বী

---

১। থব্রান থাগী পানখৎলকপা ৭নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা।
২। হিন্দুগী চৎনবী (চৎনরোল) শেমহুনা।

মপারী শ্রীপিতাম্বর সিংহ তুবি চরাইরোংবা মপারী হিরাচিংবা থাঙগুম্বা নোংথৌরেল ঐদি খোইমোম অয়াম্বা খৈবিকপুদি উনবি লৈনিংশিংবু লৈরুদরে। সনা অযোধ্যা মপুরেন চীংঙ শ্রীরাম রঘুশিদববু উনবি পূকনিং-চেৎ মিৎয়েং খূবম হোংদনা মনিঙজরবা অতুনে। অস্মূম হায়না ময়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ ফাৎলৌ লৈমা-খোম্বদি য়াউখিদনা বাশক মতোল লোমখিরবগী তুবি মখূৎ শেংনা ফমফম্মবদা লাইরেল বাশক শোয়না কোলোয় য়াথং বাৎখিরবগী ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইবি হুমজাউবদি গরি-বনেরাজ খোংনাং ময়াম্বা অসিদি চীংঙ ঐবু বাশক কায়রে হায়ꣷগীদমক য়াইবি মনুং-হৌ কোরৌ মনোং ফাউনা তেলহৈবা চীংঙ সনা চিত্তোংলেন খোইয়ম তোংশং মনিকলেনদি চেংলৌ মিৎকূপ মরমদা [১]লোইচীং নোংহৌদা চীংয়া নোংমংদনা বায়রা লীরী-খিঙ, সন্ধান পানগা তম্না অরাং কোরৌ নোংশিংজং চীংঙ মখৎশ্ বাংবল নোংউ-মৈ হনফদববু কোরৌ নোংমদোনগী নোংখাক চৈরোয়ননা বায়বা তেম্থারক্রুবগী লাইরেল মৈতেংঙ মহকশাংদা খাম্নরিবা [২]কোরৌ নোংলুমচোঙ, সনা সেকপিন লমঙানববু চোঙ-খোক নাপুশম লাংলেন খাংতপ বায়না কাপথেকলে। তুবি নাক্তা হৌরিবা থৈবোং উপাল অমস্থং পামেল উয়াই খায়না শমথৎলে। কোরৌ নোংউ মৈগী বাংবল নোংখাক শউম খোম্না পোইরৈ মীয়াম ফম্বশিংদি মালেম লয়ফাই তুনা হাইথুরে।

---

১। চীংয়া তময়াদা নোংমংবা হৌনবা অতু ইরৈ লৈতনা ১ দি নোংচুপ মায়কৈরোমদা নোংমংবা হৌনরকপতুবু মংবা লৈতনা
২। নোং অমস্থং মুংশা খাম্নরিম্বা চোঙ।

তেম্বা মৈরা থোক্লা লাইরেল চৈরৈ থোন্নাফি-নচিংনা য়াউনা পোইরৈ লয়ক্কাই তুন্নিবা পূন্নমা খৈবিককী চরৈ ফিয়াম চাকহৎলে।

গুরু স্বামিজি অথোইবদি কোলোয় য়াথং হোংদবগী ব্রাংবল নোংখাকথোন্না য়ৈথূবিদে। গুরু মাগী হিদাকফ্ৰ মানা থক্লিবা য়ুবি পিষুরুংগী লাইজ, খিকফেন চাইনা চৈরৈ ফিয়াম চাকপবু মুৎহৎলে।

লাইরেল মৈতেংঙ্ৰদি উনবি পূকনিং অঙক-চঙনা কোন্নুং মাগী শঙ্গায়ল্লুংদা মদোম চঙখিরে। পোইরৈ পূন্নমাস্তুং মিপাই কোকঁয়ি কানা মদোম মদোম মখোয়গী লোনয়িময়ায়দা চৎনখিরে।

গুরু শান্তিদাস অথোইবদি হে লাইরেল সেবক ইপারী [1]করি খোয়নো ওন্থোকয়ে হায়না আখারা মাগী ফম্বিরেন্দা মচেং হলব্রাইখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা পোইরৈ অনি অনি চিন্দিন্না অল্লুম অল্লুম লোনহায়ননা পাউমৈন্নেয়ে। খোইয়ম করম্বনো ওন্থোকয়ে। শমু খূৎনা থিল্লবস্তুং খূৎ নামুংবু ওইয়ে। তাংজা লৈনা পল্লবস্তুং পনঙম্দ। রাংঙম ঐখোয় পূন্নমাগী চরৈ ফি-ময়োন পূন্নমাবু ব্রাংবল নোংখাক শঙমখোন্না চাকহৎপা অসিবু খোইয়ম অরাইববু ওইররোইয়ে। অব্রাং নোংনিংথৌ য়োরেন্নবা চাংঙ্ৰ মখূৎখিন অতাঙবা মহাক্নে। অস্পূম শোনমোইনববু লাইরেল মৈতেংঙ্ৰনা নাতারবগী ব্রাংঙম পূন্নমানা ভাংনরিবা অসিম্বু ইবু খোইয়ম লাই-নিংথৌবু ওইদণ্ডানা ওইরবদি লিক্লাই ঐবু শংশং উ নরিডৈনে

১। করি খোয়নো ওন্থোকয়ে= ওন্থোকপনি করি পূক চেলমো।

অস৲ম হায়না কোরৌ হুমিৎ শিংবুম ৭ নিবু পোইরৈ চৎবা হায়দা হ্নাংঙম নুবা তেমদনা তরা চাহেন-তম শংলৌ য়েনমাংদনা নোং-হামজববু খোইয়ম নোংখি মায়রৈ চন্না তানফংহন্দরবগী লাইরেল মৈতেংঙ৲না হ্নাহমখিয়ে। চীংঙ৲ অতয়৲বা খোইয়ম অওন্‌বা লমলোং চবাম লাই অসিবু পোইরৈ অপকমানা খোইয়ম লাই মরু অথোই-বনে হায়না শোন৲মোইনৈয়ে। শিংলেন অরেম্বদা লাইরেল ঐবু [1]পায়মা উনবি পরয়হললে তুম্বি খমলাং ইপারোল লাইরেল ইপুরোলদা তানফং ওমদবা রাম কোলোয় মমিংখোং শিদববু তাঙজা ইরৈতোন্দা শোজ্জ ফংলে। কোরৌ মোংময়োনগী দেবহরি মপুরেন মহাত্মা সূর্যবংশ শাখৈরেন্দা নাউনৌবা দশরথ নিংথৌ মপাবী কৌশল্যা সনা লিনকোইবী রাম কমল লুচন মিৎলোং খঙ্গাল মানবা হ্নাঅদয়া মথৌজাম্মা চীংঙ৲ অযোধ্যা মরৈবাকপু ভজন লাইমিং মিৎখোং-থম্না তানফংজরে। খমোই চেংলৌ হিংকম হোংনা ভজন লঙজ-থৌবু কায়রোইয়ে হায়না পাউমেনবা তত্তুবু কোরৌ মরোল-মাপা মাতারবগী খোইয়ম লাইয়িংথৌনা লাইরেল ইনোংরাই অসিদি চীংঙ৲ ইভিক শাইওনববু হন্না হন্না শানখঙলধা মহাকমক্তবু [2]খোইয়ম তাংশক্তা চীংঙ৲ ঐবু মীথাদনা মনিঙশিয়ে। খোইয়ম ইহৃকখাং অসিবু শংখং মফংজহল্লগে হায়না খোইয়ম লাইয়িংথৌদি কোরৌ মোংলোম পাইবা-শা খোইবাম তাংবরোই ওমাং হ্নাইপুন-থঙ্গা মকৌম লোংনা ওনব-শা [3]মশোং থাংপক ইনলুম মানবা

---

১। পায়মা উনবি পরয়হললে = পুকিং কোৎশিং খোকহন্দরে। হ্নাখল মাম্বা মহংহন্দরে। ২। ঐ অসি লাইনি হায়বা থাজদবুমা

৩। মশোংনা থাংপোকুমা খহবা শাগোলশা

শাবু শাপোৎ মঙান্নাই সনা শমায় কোঙ্গোল খিনবনা খাঙ্গী মৈরীতোনগুম য়েংফদে। শরীক চোমজাউ থাংনা কোরৌ নোংশংগোল লিলা য়াঙয়ি-শা লাঙ্গোই চুদা হেনববু শংগোল শারৈতেং, লাঙ্গোই খোংওইননা চীংঙ্ ফুমিৎ য়াইরং চানগুম্বদি সনা লিকশং ৱানা মানবনা চৈরৈ ফিশেৎনা শম্লাং তুনিংথৌ তরৈনা তমির কলি থোক্তবা শিখিচন্দ্রিকা রাহোং তুনিংথৌনা চুরা লৈথেৎ-হেন কুণ্ডর চিংলাই শাবনা চূপলেন নাপ্পা ঙান সনা ক্যাংলিকফাং ঙঙ্গোইনা। খৎশি পানেন-হেন তমপা খুৎফাং-লোই, তথক কোনবিরৈ লৈঙংননা কোরৌ চুমিথাং খানগুম ইনুং শোইয়াইমদা মৈবী শঙাইশেন শউমখোনগুম তুবি শঙ্গায় মকোনলোয় অতেং শঙখৎ-শা নিঙথিবগী থোঙলেম্না পোৎহাংনা খুৎনেৎ শউম-চাউ নাকথং খোমওন ফনা লাঙ্গোই শাথৌজিনখিরে। কোনলোয় শঙ্গায় ঙান্না চঙখিরবগী, মদাইরেম নিংথৌশেনবা [১]অহিং মিৎশেন খাঙবনা খাম্বী মৈরীংঙম্বা খৈবিক্তু নাকথং খোমওন শউম খোনগা মঙাল মৈজাউ থানগুম্বা অতুনা তগুপ চেংলৌ মিৎপু লংবগী, [২]থৱাই মিরেন-পাই, মিরেল নোংদা-কা, [৩]মিৎশেল মথৌখলবু নিঙঙমদনা, মদোম মদোম চেন্নখিরে। লাইরেল মৈতেংঙসু খোমলেন মঙলানচান্দা চীংঙ্ শউমখোনবু নাতারবগী, তুবি মপাচা; লাইরেল ময়েললু কনানা; নিংথৌ মজুৎ শিনববু লাকপা খাজি-ক্লবগীদমক সনা মাগী কাথোম্ককী, তুবি থাঙলেন মখৎশু, থাঙলেন খিংখিং মিংথাংবা কাচেং নোংথাং য়েক্লববু, শমু খুত্রা

১। অহিং তুমদনা শম্রি তৌবনা ২। থৱাই ৱাজনা ৩। শম্রি ওইবগী হৌনবা তুমদনা থৌগল তৌবৱু।

লাকনা, থাম্বী মৈনোংখোংগুম, য়াবা খোজেল য়ানো চোংথোক্লক-পবু, চীংঙ্ মঙাল অরাবা, খোইয়ম লাইশক নিঙথিবা, বিষ্ণু মূর্তি শংশংবা অত্থবু উরগী উনবি পুকনিং চঙনা চৈন্নংলে। নিংথৌ মতৌ য়েংনা, নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌনা পাউমেল্লকয়ে।

লাইরেল ইনোংয়াই নঙনা, কোরৌ মুমিৎ ৭ নিবু খোমলেন ভূমকন্দনা চীংঙ্ ঐবু নিঙজমনগী, ইনুং শোইয়াইমা অসিদা, চেংলৌ শকউনসে, চঙলকলে হায়না পাউমেল্লবদা, লাইরেল মৈতেংঙ্দি মালেম লয়দা-তু, ভক্তি মখৈ ফংনা, য়াথং শিংলেন লৈথোন-জখিয়ে।

ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ! চীংঙ্ উফংদবা নঙবু, শংশং অসুম উজনিংববু, খোইয়ম তানফংঙমদবা থঙজনিঙববু, চীংঙ্ নত্তিক অরূবা, নঙল থানথবা, নচু চেংলৌ মিৎপু লংবা অসিবু, অসুম তানফংজহল্লে। ইয়ু সনা নখোঙথাদা, খৌরম মশীং থিঙমদনা লঙজ মখৈ য়ামখিরে। চীংঙ্ থৌজাল হৈবা নঙনা, লংজ বারৌবিগুনো হায়না, অসুম য়াকৎচরবদা, খোইয়ম লাইয়িংথৌনা পাউতাকপিরকয়ে।

লাইরেল ইনোংয়ায়-ও! তুবি নঙগী নতৌ অকনববু, শেনবি লীরু য়োৎকুমএ লাকফদে। পায়মা উনকোইমুংদা খোইয়ম হুম-জাউবা চীংঙ্ হৈনা চাউবা! ঐবু খৌরম করম ওইহনগে নিঙ-লিবনো? পূক্লিং নংগী লাংপাম-য়া অরেপ্পবু, য়ারম থাংখৈ শেংনা মহায়রো। চীংঙ্ ঐবু শোঙকিথৌবু লৈরগুনো। অসুম তৌনা পাউহমলবদা লাইরেল পুকনিং হরাউ খোইনা লুংঙাই তানফংননা পাউথুমজৈয়ে।

হে খোইয়ম ভৈদবা! মৈবী শগুইশেম খুমেংৈমব-ও। ইবু নঙগী নত্তিক থৱাবা অসিবু শংশং মাঙদা থাম্না মখঙ-জরে। অময়স্তা হন্না খোইয়ম [1]মূর্ত্তি মহক্কশাংবু কোমচাক লয়ফম গম্ পাপোৎ চাংগ-তন্না লনশিংজহৌগে। জিবনাস মঙম তৌনা যজ্ঞ নঙন লংবু মালেম লৈসা অঙাংবগী লংথুং হুম্নাল লোংবনা চীংঙ্ লনা নহক্কশাংদা ছাপচগে। রামাত্তি ইরমচৎ অসিবু চীংঙ্ খোজাল হৈবা মঙনা হোয়াবি-ও। কোরৌ নোংজ্বা পুদিং ব্রাহ্মন বাঘোনম্বাউ শঙখ মোইবুং শরিক খিং-খিং অর্ঘ-তাম্নি রাম তুলশি পানা থা পূংবুলেন হযবাং মথেন-তৈ থাউমৈ মঙাল নাইনা পুরুমজগে চীংঙ্ নখোজান্না লনকুবি-ও! তরা চাময়োল চিন্দম্বগা [2]শংনৌ মেরাম্মেস শেংথোইববু লূকলেন পম্না হানা কৎচগে। খোইয়ম নম্মুক্কদনা হাবি-ও! হায়বা নিংথৌ পূকনিং অরেপ-বাবু নাতান্নবদা মম্নু খোইয়ম লাইঙ্গিংথোনা প্যাইমেনবিরকয়ে।

লাইরেল ইনোংযাই! থোংনাং ময়াম্ব-ও। নংনা খম্নাং নপারোন, ইরেং নপ্পুরোনগী চিঞ্জাক হৌনশাবু নমদা হুন্না বৈরাগ্য লমবোইবা, পানবা কৈউন ইনবগী চিঞ্জাক মহৌশা রামাত্তি মরমচৎপু পুকনিং হন্দোক লৈতনা মনিঙজরগে হায়রিবা অসিবু খোইয়ম ঐরুং হুরাউএ। লহান শান্তদাস খোইযম লাইবু নিঙবা অসিবু শ্রিলোৎ মপুংয়াইদগী তিন্দ্ব লাইকমলেন অচেৎপা

১। লাইনিংথৌ নহাক্কী নশক নওংপা মানুনা চাংতমদুদা লয়কমদা অরেৎ শেল্লনা হয়নবুনা মাওং শেমজরগা তমুক শিংজগে। ২। অন্নৌ অপেৎ=অনাংবা শা তা যাউদবা খুনইদগী থোক্নবা শে অবা মেরশাং মনামশীং।

অসিগীদমকপু চৌংঙ, ঐনা লোইবি চৌংথাং লান্না হন্না হন্না পাউ-কৌরুবদি নয়ু ঐনে। তৌইগুম নবেল খোইমোম লাইরেম্মা লংমাই চীংজরোইবীদা [১]মচেং হাকমা ওইনা য়াতানরুখিগে। রাংলেন পুংজা অমরমদবু ভাইখমঙমঙ হায়রম্বগা মালং কেনচি-ওইনা য়োইবু মশানৌদা পাউমেল্লুইয়ে।

ইশানৌ লংমাই চীংজরোইবী-ও! লাইরেল ইনোংয়াই থোংনাং ময়াম্বনা রাকৎচরকপা রাবু লৈয়ে ব্রাহ্মন বামোন-য়াউ, ইরাং পেৎলোই মশীংগুনা শংলো মেরামেস শেংথোইববু লুকলেন পন্না হানা যোইনজগে হায়জরকয়ে। অস্সুম পাউমেল্লুববু য়োইবু মশানৌনা য়াইবি কলহৌ নীরা পাউয়াঙমদে। তমফা ঐদি মাই কদৌবা য়াউরৌ শাগী মচিঙ্গাকপু করম তংসি হায়বনো? অস্সুম রাকনঙয়বগী খোইয়ম মশাবীনা অনৌবা পাউমেল্লকয়ে। য়োইবু ইশানৌ তাউও! তমফা নহকশাংদি খোইয়ম ঐগা মচেং হক্মা ওইয়ে। তমফা নচিঙ্গাক্তি অমা চাগে হায়রিবা অসিবু তাইবং মীওই পান্নচিংনা য়াউরৌ শা, পোনবি উচেক পুম্না হৌনদে। খোইয়ম ইদোমমা করম হৌনসিবনো? চাংঙ, মালেম লয়শেম্বা ঐদি চিঙ্গাক অমা অমা ওইরবসুং উনবি পুকনিং কৎনা য়োইনা পুরুমজরবদি পুকনিং চিংলন লৈতনা মতংবিবা অদুনে হান্নরা পাউমেল্লবদা য়োইবু মশানৌনা প্যাউখুম্লকয়ে।

খোইয়ম ইশাবী নঙনা লাইরেল ননোংয়াইদা রারম থাংখৈ শেংনা হোইয়ারকশবু লেপ্পা ওইরবদি চেন্‌কররোইয়ে। চীংঙ, লৈশিরক্কী তোননিংথৌ অরাং নোংনিংথৌ য়োইরেনবা নংগী লমচৎ

১। ঐগী মীগী নাইদনা মত অমত্তা ওইনা তিন্নতুনা।

মতুংইন্না মচৎচৌনে হায়না হোইয়ারবদা খোইয়ম লাইয়িংথৌদি হরাউ মরাং-কায় মায়থোং মকা লান্না অসাইচৌগী চৈরৈ মফিশেৎ চেংলৌ মিৎপূ লংবা কোরৌ নোংশাগোল লিলা ঙৌনা হেনববু শমু খোঙওইননা রাংলেন পুংজা মরমদা থোংলেম্না পৌহাংনা চঙলকলে !

লাইরেল ইনাংয়াইও ! নবেল খোইমোম লাইরেম্মনসুং তুবি নঙগী পূকনিং মতুংইন্না হোইয়াবিরকলে হায়না পাউদম্নবদা লাইরেল মৈতেংঙদি তুবি পূকনিং হরাউ থোক্না পূরুমজখিয়ে।

চীংঙ নতিক অরূবা, খোইয়ম নতৌ অরূম্ববু য়াইফ মাঙদা থানা তানফংজরে ! তৌইগুম চীংঙ নমান্নবা [1]খোইয়ম নরী লিতীন্নবদি কনানো হায়না পাউহংজববু হোইদা চীংঙ ইহিশাং খোইয়ম ইমান্নবদি চীংঙ নোংপোক মহাদেব, ভুতনাথ লাইয়িংথৌ, কাউরেন শন্দনবা তোংবা, টিমেন হুম্বাল লোঙববু খৃৎশূনবা শম্নাং জটান্নংদা গঙ্গা লাইজা য়িপুবা, মালেম বিভূৎ তয়বা, আফিং চাকচা-নবা [2]কবা চাকওইনবা, লিক্লা উনকোই-য়িদা শান্দেংবা, লাইয়িংথৌবু চীংঙ ঐগা ঈরী লিতীন্নেয়ে।

অস্মুম পাউতাক্লবদা লাইরেল মৈতেংঙনা চীংঙ মতিক অরূববু শংশং তাঙনা খঙলবগী তমপা মিৎকোয় পিরেম ঈচেন্নবা হে ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ ! তাইবং মীনোংথৌ-ও ! চীংঙ নতিক য়িমওইনবা সমদ্রু লাইজা ঈরেন-পুংগুম্ববু খঙজহল্লে। নির্গুন

১। চীংঙ লাই নহক্কা মরী ওইহন্না লৈবদি। ২। কবা মরুনা চাক্লুম চাহন্না লৈরবা।

*মক্তবা নিত্য নিরঞ্জন নিরাকার ফাফদবা হায়বদো খোইযম নঙবু* লেপ্পা মওইরে। চীংঙ্ নথোজান্না শংশং মায়য়োক্লনা তানফংজহললে [১]তাঙজা ঐগী নুরেনতোন্দা নখোঙ, থম্বাল লৈওংনবা অতুনা নেৎপিরম-ও! হায়না খৌনিজবা ব্বাগী, চীংঙ্ থৌজাল হৈবনিগীনা, লাইরেল চিনগোই ময়াথংগী, খোইয়ম সনা খুয়ারেন, থম্বাললৈকা মানবনা, তুবি তাংজা লুরন্তোন্দা নেৎপিরবদা, লাইরেল মৈতেংঙ্না খুৎক্ষাং চাংজৌ তরামানা চেপ্পা লোন্না কাউবি চিগ লুকনা পাউহংজৈয়ে।

ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ-ও! চীংঙ্ নহকশাং চেংলৌ শকপাম্মোংবু লনশিংজগে। করম শানশেম্জসিবনো? অস্থম ব্বাকৎচববু খোইয়ম লাই মক্ল শিদবনা পাউমেল্লকয়ে।

হে লাইরেল ইনোংয়াই নঙনা খোইয়ম মুক্তি ইহকশাংবু শানশেমহৌগে হায়রবদি লাইরেন নঙগী, [২]খুবোম থাঙদোন-লম, খ্বাং পমশি-থোং, য়াঙলেন লাইকারম, ঙকশম তোংদম-তা, চিন সনা মোইকাইরেম, পিশুম পাগোই-থোং, পূম্না শোয়হন্দনা শানশেম-ও! নবেল খোইমোম লাইরেম্মগীদি লাইরেল নশানৌ শ্রীগোমতি মহারানী চেংলৌ শকোয় হেনবীগী [৩]কোরী নাপোমথোং খজাই নাকলৌশিনবু শোয়হনগুনো হায়না পাউমেল্লম্বগা মালং ফেনচি-ওইখিরে।

---

১। ঐগী ইকোক লব্বাই লেনফুদা। ২। খুবোম থাদোন-লম, =থাঙ য়ানবদা মতোন্না তাবা খুবোম। ৩। কোরী নাপোমথোং =চুবা ১স্থং নাকোংগী লমদস্থ কোরী মচু কাহন্দুনা।

# অমুক হন্না কোল্লু হয়বা

লাইরেল হেকঙাই মীমুংওলদি নোংথৌ থোইনা লাইবক ফৈয়ে। ময়ু নোংথৌমাঙগী বনানা তানফংঙমদববু শংশং মাঙদা থানা তাইবং মীওইপানগা ঙাঙ.নবগুম তাইবং লোন্দিন্ননা ঙাঙ.ন ফংজৈয়ে। গরিবনিৱাজ নিংথৌরেন্দি খোংইয়ম সনা মখোংখাবু পুক্লিং ৱাকাউ লৈতনা চীংঙ৲ মহকশাংবু লনশিংজগে হায়বগী শংলৌ থৌরাংহৌরে। সনা পুংবুলেম লুপা থেনমাই লাংনা তরেৎ কোন.য়াম পৈরে। মদাইরেম পোইরৈ সনাপুংগী থৌগল মীপুম হাঙদ তরেৎ শেনবু-খায় থৌদাং মীপুম শেন্দনা য়েলাং ঙমদম্নবদা মদাইরেম তরেৎ কোলহৈশঙগী ময়ু থংবি লাম্থাবা সনা ঈদগী শিন্থরকপা [1]নোংয়াইচারাকপম-চা ঙাথি, অহয়বা কেক্রে৲ শিলহৈবা অনিমাবু তয়ম নবিঙানা [2]মচেং হাকমা-ওই লৌশিং পূকমান্ননা শানশেম্মন্নৌ-ও! তুবি ঐগী ৱাশক ইয়াথংবু কায়হনফরোইয়ে। ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী মুত্তি মহকশাংদি তুবি ঐগী চেংলৌ শকপাম্থোংবু শানচুহল-ও!

ইবেল খোইমোম লাইরেম্মাগী পুনুং লেপ্পাম্থোংদি য়োইবু ইলানৌ গোমতি রানী অহেনবীগী কোরি নাপোমখোং চিনবাল

---

১। খুমন শলাইদা পোকপা চারাকপম ঙাথি কৌবগা অহৈবমচা কেক্রে৲ কৌবা মথুং মশা হৈশিংবগা। ২। মশা অমত্তা ওইনদুনা।

শাইখোম লূৱাংবগী কুম ১৬৫৫ শজিবু নোংমা নিংথৌকাবদা হয়রে। চৈঃ কুঃ লাঃ ৮১ পরেং ১২দা।

মোইরাঙ্খোংগী শোয়হনশেনো। [1]কোনচা লয়ফম ৫ মা অসিনা চৌংথু মতৈ মনাওবু উনবি পূকনিং চেৎনা তৌখংও! হায়না শংলৌ খোইরাংসিডেদা লহানোং মহকশাংবু নুংথং নুরোই থানা মৈথেকনোংদা। খোইরম সনা মতানবোম পানবোম শারেল য়েৎনমগী লাংজন পুরিতুনা রাম্রীজরোবা কতুবু য়োইহৈ তালোই কোক্কংবী চিনখুরোল তখেঙ্গীনা চৈরৈ ফিন-য়োম থিকলেন থাদা-কোন প্রেম থকমাদনা থূদাং পিগন্তয়না লাইরেল মাঙদা-থানা কাকৎচরে।

হে তুবি হেকঙাই মীনুংওন! ভাইবং সোররেল-ও! নমু খোইরম লাইয়িংথৌগী শক্নেং মতানবোম পানবোম শারেল য়েৎনমগী অসিবু লিক্লাই পায়মা ননিংখোল অবনবনা নুংথং নুরোই থানা মৈথেকতৈদা য়োইহৈ ঐগী থুবোম তোংয়াইরমদা ঈমু কিরাক শানা পালকগী নমু কনাগুম্ববু থংহন্দনা চৈরৈ ফিগোন্-নুংদা মুংশি থাদা কোমা লোৎচরোয়ে হায়না রাকংলবদা লাইরেল মৈহৌংডুদি খোইরম সনা মতানবোমবু তুবি শমু থূৎনা-ওক কৈরা তান্দা-থোং পিরেম থকমাদনা পাউমেল্লকরে।

ইবেন্ন চিনফুরোল তখেঙ্গী নওদি করম পায়মা লৌশিং থোক্তবনো? ইয়ু খোইরম লাইয়িংথৌগী পাম্বোম গুৎচানবা অসিবু সন্না কোকলূ ওইনা হকচাং পূমদা কোনগুম ইন্দ্রি মাথাঙ, শোয়হনগনো হায়না পাউমেল্লবদা মদাইরেম অনিমানা চৌংথু তাইবং খায়রগা, সীতাপতি লাইয়িংথৌগা, খোইরম অনিমাবু তাওজা; লুদা কংনা মালেম লয়রা, মফম-তৌ হকচাং মূর্তি মওং লাকা খোইরম মিতম য়েংলে।

---

১। কোল হয়ফমগী মৈফু লয়ফম মওামক অসিনা।

তরেৎ কোনফু শুংনা লোইদাম [১]থরাম্থাগী নিনমাং ৭ নি পানবা থাংজা মুমিৎ অকনবদা খোইয়ম সনা মহকশাংবু লেনলেন মতম-য়েং কোনলু মিতম হুয়্না তৌখংলে। মালেম লয়রু মফমলেনগী খোইয়ম মতৈ মনাউ ২ মাবু তাইবং মীয়াম উৎনা শানফোংলবদা চীংগু সনা মহকশাংবু চোয়নৌ সনা পুমদা কোনগুম ইন্দ্রি মপুম শোয়গমদে হায়না পুক্নিং হরাউ খোইনা মদাইরেম তরেৎ কোল্হুয় শোয়দবা; মিৎয়েং নানি লোঙ্দবা অনিমানা খোইয়ম হকশাং শেং ইন্দ্রি মথোঙ শেম্না লাইরেল মৈতৈ মনাউগী হকশাং মঙং লাক্না শানশেমলে। চীংগু লুরাই কোইরেল্লম চেংলৌ শকপান্থোং, লাইবক খেনলাই-তা; পিশুম পাকোইরম, নাপ্পা কোনয়াল লিক্থোল্লম, খজাই নাকলৌ-শীন কোরি নাপোম-থোং, চিন্বাল মোইকাই য়াৎ, মিংমৈ তোরাল্লম, য়ারেল খোংজি-তা, খোরী ঙককোই-চেং, পানবোম লেংলোই-তা, খূৎফাং চাংজো-শেম, খুৎপাক লৈয়িশোনবু তৈনা শেম্না; য়াঙ-লেন লাইকারম পূকশিন হুইথাপ্লম্বু খোয়জি মোইবুং মরৈ-তম, শিনকোই নিঙ্গোইরম, খাং পমশিথোং, শানোম ফানদোং-লম, খূকলু তাঙ্গোই থোং, খুবোম তোংয়াইলম্, খুমিৎ খুজেং-তা, খুমিং মোইদোন তা, খুয়া লৈথাঙ-লম, পুন্নমাবু বাৎচ ঙমখৈ লৈত [১]শিনথোং ৯ মাবু মশীংশুনা লাইরেল মতৈ মনাউগী

১। থরাম্থাগী পানখৎলকপা ৭ নি পানবা মুমিৎ অকনবা থাংজ মুমিৎকী পূংফম খেনফম য়েংজুনা মিতম লাক্নুনা কোলু হয়রে।
২। মৈদিংগু পামহৈবগা গোমতি মহারানীগা অনিগী মশক মতৌ মাম্না থোঙ ১/৯ হাপ্পুনা শকফম করিম্নু থেন্নবা লৈতনা শেমহল্লে।

চেংলৌ শকপাম্ভোং পুম্মমাবু শানচুহললে। খোইয়ম লুৱাই কোইরেন্লমদা, নিংথৌ ৱাংবা শঙশানা, মাকম্রে উনকোই থোং, শমজি নৌরৈ হেন্না, সনা ক্বাকলৈ মরী-নম, ৱাকলেন হাইজাউ মঙান্নাইনা, নাশি পুংমায়লেম, চোয়নৌ সনরীকপু থবাক ঙংকোই-থোন, পুহাল মঙান্নাই, শয়াং তাপ্লাউ-শি, খুৎশি পানেনহেল, কোনফু নিঙথম, মঙান্নাই, অলঙ্কার মরম শুনা য়োইথোন্নরবদা, য়োইবু মশানৌগীসুং খোইমোম তাংজ লুরেন-তোন্দা, শমজু লৈফম, তাউ, লুৱাই শমখাই রেনবু, তাংজা লুমাই-খায়, খুৎনিংথৌ তোনপোকপা মরমখৈ, হেনবা শারুং লমদাং লেনগুম, লৈরিক মচি মনাউনা চেংজা ফৌহোল্লম, চীংশোং মতৈ মনাউ, খানলৈ লৌকুম্নমগুম, শমতুক মায়তেং হেন্না শানশেম্নে। খিং খিং কায়নৌ, পুনলৈ মশমশিবু লোইবি ক্বাক তোংগুম য়োইনরে। সনা লৈত্রেং কোকনম্না, নাশি নাপ্ল কোনমায়-হেন, সনা লিকথোন মঙান্নাই, খুংশি তাঙ্গাই-হেন্, তমফা খুংফাং-লোই, ফনেক ফেনত্রা মঙান্নাই, সনা খ্বাংনপ নৌরৈ-হেন, য়োইবু লৈমরেন নাউয়োকলৈ, হেপি খুলোংপাক চাচুরৈ, অরাই নিংশা থিন-কামলৈ, পামেল উরংচাক্লা হুন্ন-লৈ, শংখুরৈ কবোক হেন্নৌবা, কাত্রং লৈচু য়াম্বগী, চৈরৈ হয়িংফি লমঙানবনু, য়োইবু থবাক লিক-থোল্লমগী, চাইজি হয়রাং চানবু শানশেম্বা [২]তাউজিং হয়কোই-থোং নিঙথিববু, কানক্ ফিনৌ হেম্নৌথোই, ফিগে ৱানা মানববু ষখিৎননা, কুৱাক হুমদং মানবগী, নমথাং কোকথোন লৈতেং-হেন, শারোং লমঙান মঙান্নাইনা, খোইয়ম মশাবীগা নুমিৎ ২ থোকুম

২। হয়কোই ময়েক থোকপা।

হুম্মরদা, রাক্সরেন মৈক্কেংঙ্ মনিপুরেশ্বর লৈমাক্নগা য়োইবু মশানো শ্রীগোমতি রানীনহিংনা য়োইবু মঙাইরোই প্রমযাগা হাইরোইননা, খোইয়ম মতৌ মনাউরু চেংলো মিংথু কুপ্পনা য়েংলরে হায়দবরা।

রারম অমসুং য়োইহৈ লেংনা তিনবী থৈবিক্রা চীংঙ্ মতৈ মনাওগী চেংলো শকোই থোংবু চিংনা য়েংনা খোনমোইনখিয়ে।

লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ! তাইবং ষরারেনগা য়োইবু মশ্রানো শ্রীগোমতি রানী অহেনবীগা লাইরেল মতৈ মনাও অনিমানা সনা মফমলেন্দা থৌজাল পুকমাম্না ফম্মহুগুম্বু করম মানবু মান্নবনো? চেংলো শকপাম্থোং পুনুং লেপ্পাম্থোং [1]লাইরক খেনলাইতা [2]থজাই নাকলৌশিন কোরি নাপোম-থোংবু করম শানচুরব্লো? অসুম হায়না মিংকোয় য়িফমঅাউ হাইক্কা ইপান চেন্না নুংওম্না লাইরেল মৈতেংঙ্সুং হরাড়ু পুক্লিংপেন্না, ফুরা লাইয়িম্নাক, চীংঙ্ লাই কংলা খোইয়ম বিষ্ণু শিদরা মুয়িম্নাক্কা, চীংঙ্ নোংথৌ সরারেনগী চোঙ্কেন মখৎ-ফম, মোইতারি শিংক্নি পাফমশঙ্, মতোল থম্রাক শাবা নোমক্লম-শঙ্, মোল্লাং লৈনা য়াননা কেনমোইশঙবু, শঙলেন মঙাম্নাইনা ঘুঙ্গু মণ্ডলথোবু য়েল্লাং হমদমল্লে।

অঙৌবা নোংমিথোশু [3]চন্দ্রমনি খোংজোম্বনা মিংথো উনবি পুকনিং-ইন,; পোৎয়াক্ত মশীং রাংহন্দনা, রুবি শুংদাই-হয় য়া; হুয়রাংচান; লোইবি হাউ খোইদিং, শুমাই হাতিংথো জাউজিং

---

১। লাইবক তাথরকপা মওং ২। থজাই চুবা তাবগী মওং ৩। অঙোম নিংথৌগী মশু।

হয়থাগোক শিংজেন তুলশি লৈনুংশি, আগর চন্দন লৈওন, থোক, ঘৃত পুংবু লেন,, শঙ্গোম ফুরেম তৈ, পাম্না তৈনা-শেম, পাত্র-মিত্র লেংনাতিন, বামোন পুরোহিত-য়াউ, বামোন তন্ত্রধার কৌবনা বামোন হাউশি ভমগ-চিং শ্রীগুরু শ্বামিজি অথোইবা, রাম কবচ ফুরিৎনবগা লাইরেল মৈতেংঙ নোংপোক চীংলুখুমগী শেম্রেং লমহৌ মৈগুম্বগা নুমিৎ মঙাল-চাউগুম কম্ফম্মরবদা লিক্লাই নিংথৌরেম্না গুরু সনা মথোঙথাদা রাকৎখিয়ে।

হে শ্বামিজি অথোইব-ও! ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী [1]জিবন্যাস নংদা-চন, তেজ মঙাল হাপ্না, রামাণ্ডি অথোইবগী তারক মন্ত্র অরুববু, চীংঙ কর্ণ মনাকোংদা নাম, খুৎশিন্ননা হুইবিরো। চন্দম লৈয়েক হাপ্না, চোয়নৌ সনা কোনলাং-চানগী, নগুন হুম্বাল লোঙববু, গায়ত্রিমন্ত্র চৈরোয়ননা হাপপিরো হায়না পূরুমজরবগী গুরু শান্তদাস লাইওইনবনা, বামোন চক্রকুণ্ডলি কৌবগী যজ্ঞ মন্ত্র চৈরোয়ননা, খোইয়ম জিবন্যাস হুকশাং-শেং, রামাণ্ডি চন্দন লৈয়েক হাপ্না, চীংঙ মতৈ মনাউগী নাকোং থোঙজাউরেন্দা নাম, খংৎশিন্নরে।

চোয়নৌ লনমরুগী, নগুন হুম্বালথোং, বসুং গায়ত্রিমন্ত্র চৈরোয়ননা হুকপিরে। থৌরম অসম তৌন, রামাণ্ডি মফি-শেৎপু শুরবগী, লাইরেল মৈতেংঙ রামকবচ ফুরিৎনবা নোংথৌ-রেন্দি, ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী, চেংলৌ শকপাস্থোংবু চিংন-য়েং, [2]মুংনৌ পূক্রিং ঈথক-হৌ মুংশি পিরেম ঈচেন্ননা গুরু সনা

১। মূর্ত্তি মন্নুংদা থরাই হাপ্পগী মন্ত্র শোন্দুনা ২। পুকনিং নৌথোক্লক্রুনা কপ্লিংবগী পিগী ঈরা চেল্লহুনা।

মখোঙখাদা. দণ্ডবৎ [১]মালেম লয়ফাই-তু, প্রনাম মশীঙ শুনা য়াকংচৈয়ে ।

গুরু নপাউতাক্তগী, ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌবু, খোইয়ম লাইগী-লাই, বিষ্ণু অবতার শংশংবা মহাকনে হায়ববু, লেপ্পা মখঙজরে। নবদণ্ড মথোল ৯ শুবা সেকপিন্নচিংনা নিংথৌ ঐগী পোৎলোই মশীঙ য়াংহন্দনা কচ্চরগে হায়না খামিজি সনা ময়াথংবু লৌনা দেব সনা চোঙলেন-খান্ নিংথৌ মাগী পোৎলোই অয়াম্ববু কচ্চৎবগা ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ নঙদি চৌংঙ্ নঙগী লাইশং য়োইকোন্নংদা চঙবিহীগুনো ! মাগোপ শংদেংমুং অসিদা, ফয়েং নোংগা ফাইনা, মুংঙাই মরাং াকয়না লৈবিখিয়ো ! চৌংঙ্ নঙ্গী-দমকপু, খোইয়ম নতে ননাউগী মুহোঙ খোংদোংপোৎপু, য়েল্লাং ঙমদমজখিগে হায়নাঃ লৈকাই খুনথোং ৪ মাদা খুল্লক পাউগাচৈন্না, পোইরৈ খুনচা-হৌ, ঙয়ম নাইচা তিন্না, য়াংঙম খাংঙা নিংঙোন-বীসুং পূন্না-হূপ, মুরা য়োমদম-পৈ পূকনিং হরাউথোই, মুংঙাই পুকমান্নমা শংলৌ থৌরাংহোরে ! পোইরৈ পূন্নমাদো, পল্লৌ মখোয়গী মপা অমনবশিংনা, খম্নলৈ মীমুংকোনগী হলম্নাইরকপা মরম্নু য়ান্না লম্বাংবদা তরেৎ শেনপি হনয়েংদা য়েনলাং ঙমদম্নখিয়ে ।

মুহোঙ লনউম পোম্ভি, তয়ম মরেন থীঙমদা, কাউরেন মপূম পাঙমদা, লাঙ্গোষ্ট মেইশা-য়া, কোরো নোংশাগোল, [২]লৌইমু চীপাকপা, চীংখোং পোইরৈতোন খুনথোক্-শন, হাযেং, য়াঁউ, ভান্নু খুমু, শিংচুম, শিংগাই, তরোৎ, তমং, য়েৎপু; উতোং শিঙমিৎ, নাৎ,

---

১। পৃথিবীগী মথক্তা দণ্ডবৎ শাংনা তৌরভুনা ২। লৌইমু চীপাকপা=ইরোই লৈমু মচী অপাকপা।

তেম, [১]লংচন উতোং য়াঙনা চৈরৈ লয়রুম ফিপাকপনচিংনা পোৎলম মশীং শুনা থৌরাংলে।

খোইয়ম মতৌ মনাওগী লুহোঙ পোৎলোই মশীং শুরবগা [২]লোইদাম ইঙা থাগী নিনমাং ৫নি পানলবা কোরৌ য়ুমশকৈশা লুমিংকী খেনলেন মতম কবদা খোইয়ম খোইমোম ২ মাবু তাইবং হৌন মতম-লৌনা লুহোঙ খোংদোংবিখিরে হায়দবরা? খোইয়ম মতৌ লুৎওনবা অসিবু চেংলৌ মিৎপু লংনা শানখৈজরবগা, পোইরৈ পূন্নমাদি, হরাউ মখোই-তোং, চৈরৈ মকা-ফোং, মলংলৌ মীমাং-তাক, মোইবুং খিনকাম্না, রাংলেন পুংখৎ-তৈ, তরেং শেনফাংরৈ, বাঁশি খুখৎ-তোয়, পেনা লময়িন-খোং, জগোই খুৎথেক-নৌ, ঈশৈ তেরান-শক, খুবাক তাবুন-ফু, নোইনা ওমদব-হৌনা, খোইয়ম মতৈ মনাওবু তুলাইথক্তা থাঙৎলে, তুলাই লেংজাউথক্তা, চীংঙু মতৈ মনাওনা, খোইয়ম মঙান-নাইন', পোইরৈ মরাং-হৌ, রাংঙম মথিনাই, চৈরৈ মকা-ফোং হরাউ পূকমান্নবা য়াংলৌ লমদাং শিৎ-লকলে। চীংঙুদনা য়োইকোননুং, ফুরা লাইরিমনুংদা, চীংঙু মঙান্না-ইনা রাইপুংহল্লে। খোইয়ম মতৈ মনাওবু আসম মাগী কন্থীরেন্দা ফমফমহল্লবগা লাইরেন মৈতেংঙু খোংনাং ময়াম্বদি য়োইবু মশানৌগা অনিমানা [৩]থাগী ফরাংচি মথক্তা জগোই লেপ্লৌ-শা পোইরৈ পূন্না-মান্নুং খোংলৈ নোংথাং কূপ-কুম [৪]তুবিনা ঙাংলিঙৈ ঙাংমিন্না,

---

১। পাঙমদেম ২। ইঙা থাগী পানখৎলকপা ৫নি পানবা য়ুমশকৈশ লুমিংকী পুংফম অফবদা। ৩। থাগীরোমদগী পুরকপা ফরাংচি ফিদা মথক্তা জগোই শাহন্দুনা। ৪। উপা অমদি লোংনা শাবা জগোই শামিন্নহুনা।

লাইরেম্না ভৌরিডৈ ভৌমিম্না, ফমথৌ মঙাইরোই পুম্বগা, হন্নাউ পূকমান্নবা, ব্রাংলেন পুংখৎ-তৈ তরেৎ শেনফাং-য়ৈ; পেনা যন্ত্র খোংনা, জগোই লেপলৌ কৎলবদা, ১অঙান খোঙলেন মমবদা, পোইরৈ পূম্নমাদ্দি মোংবা মরান তম্না হলরাইনখিরে ?

অহিং ইনুং শোইয়াইমগী লাইরেল মৈতেংঙগী খোমলেন মঙলান্চান্দা খোইয়ম মৈবী হান্দোংবনা লাইরেল ইনোংম্নাই ও ! শংলৌ নঙগী নথৌরাংনা নয়ু ঐগী উনবি পূক্লিং হন্নাউ খোইয়ে। গুরু শ্বামিজি অসিবু শিলোৎ মপুংয়াইগী খোইয়ম ঐবা, হিন্দু লমচৎ হাপকে, ক্ষেত্রি শাগে লেংগে, খোইয়ম শাইগুন হোংগে হায়বগী, গোত্র মথং শিলহনগে হায়না পাউকৌথোকলুইয়ে। উনবি ননিং থুংনা থৌখনজৌও ! পাউতাক্লমলগা মদোম মঙলান্ শামথুপখিরে । অহিং খোমলেন মঙলান-ব্রাবু ইনৎং তৈনা শোয়রবগা, গুরু সনা মখোঙখাদা, খোইয়ম মপাউতাকপু ব্রাহমজখিয়ে।

লাইয়েল মপাউ তারবগা গুরু শ্বামিজী অখোইবনা লাইরেন সেবক ইপাগী নঙগী মঙলানচান অসিদি ধর্ম্ম মহয় পানডৈনে। অস্থম পাউমেম্নখিয়ে।



# রাংখৈ পুখ্রি অচৌবা তৌবা

থৌরম অসি মতুংদা লাইরেল মৈতেংঙ্না পোইরৈ পুন্না জুপ বাংঙম পাক্লা তাইনা মৈরম খাপ্লংবদা মযুং লমশিং ১০০ কুইবা মফৈ লমশিং ১০০ পাক্লা [1]পুখ্রি লাইজা ইয়োককোমবু তৌহনখিরে। কোরৌ শিংবুম কয়ানি লোইদাম থাবুম কয়ানা লাইজা ইয়োককোম্সু তৌরবগা কাউরেন শনবি ১০৮ গী শঙ্গোম শুম ক্ষাথা পাউতাক্লবদা। খোইয়ম নামুংবা মালেম লৈশেম্বা চীংঙ্ মতিক উৎনা মালেম লৈরোননুংদগী লাইজা তরংথোক, কংবি কংজাউবু কোঙ্গাল য়িরোয়ননা পুখরী লৈমায় থুংনা তাউখৎলে পোইবৈ পুন্নমাদি লাইজ ইরোককোম্নুংদগী চেনখৎলবগা লৈরাই চাংদোম্বজ্জ্ঞা অকি পুক্লিং ঙক্লা মিৎয়েং শানখৈনখিরে।

লাইজা ঈয়োককোম্না, লাইজা থন্না ঈশৌরকপা-রাবু লাইরেন মনা মখোঙখাদা পাউহল্লবদা লাইরেল মৈদিংঙ্না মোইরাং ললহাম্ববু য়াঙনা পাউকৌহল্লে। মৈতেংঙ্ মদাইরেন মোইরাং ললহাম্বসুং নিংথৌ পাউবু নাত্তারবগা য়াঙনা কংলা চেনগারকপদা য়াংলৌ লম্মখাংদা চীংঙ্ খোইয়ম য়োইরেনবা অরাং ফাংলৌ

---

১। রাংখৈ পুখ্রি অচৌবা শকাব্দ ১৬৪৭ দা তৌবা হৌই, শকাব্দ ১৬৬৮ গী কালেন থাদা তৌবা লোই জিনিপানবা লোং-মাইজিং সুমিত্রা হোঙই। চৈঃ কুঃ লাঃ ৭৫।

লাইমাখোম্বনা অতিয়া নোংলোম্বক্তা ¹নমু তাইবং লোনহায়না পাউমেল্লকয়ে।

হে তয়ম অচানব ও ! লাইরেল ইনোংয়াইগী শংলৌ মথৌরাং অসিবু খোইয়ম ঐনা উনবি হরাউ থোইরবগী থৌরৈ তেংবাংবিহীকৃঙম্‌য়ে ।

খোইয়ম চিনকোই মপাউতাকপু কেগেমোইরাং ললহাম্বনা চৈরৈ ফিগাউ শানা পাউপুরবগা লাইরেন সনা মখোঙ খাদা খোইয়ম লাইপাউ তম্লবগী লিক্লাই নিংথৌরেন, থোংনাং ময়াম্বদি তুবি পুক্লিং পেল্লবগী হে তয়ম ললহাম্ব-ও ! ইয়ু লাইয়িংথৌগী য়োইনা থৌজাল মরলকুবু নাতাফংবদি তুবি ইপুক হরাউ থোইয়ে। রারম অস্‌মম পাউতাক্লা হয়রাং পুংবু-লেম, তাউজিং থেনমাই লাং, লৈরাং খয়োম শানা, খোইয়ম সনা মখোঙখাদা কৎচখিয়ে । থৌরম অসি মতুংদা মোইরাং ললহাম্ববুসুং তরেৎ শেনয়াম পীনা উনবি হরাউহনখিরে।

থৌরম অস্‌মম তৌরবগা, পামেল লৈশিং উনাম তাম্বু, হাঙমৈ নারিল-লৌ, তুবি ময়েক-শেম, লাইরেল ময়েক-তয়, হয়কোয় মশীং-শু ; সনা পূম্না য়োম্না, পুখ্রি ইয়াইলাংদা, ময়ুর কাপ্তম য়ুংনা, হুমলেন পোৎলোইশু যজ্ঞ মঙম-হৌ, বেদ মন্ত্র শোম্না, লাইজ ইয়োককোম অচৌববু হোঙলে।

পুখ্রি লাইজা ইয়োককোম চাউকোইবগী, লাইজা ইরোম্নংদা থরো থম্বাল-থা, শিংলেন লাইজা লৈরম-শু, খোইমু লৈনম-ইন পোম্বি য়োমদম পৈনা হরাউনরে।

---

১। তাইবং মীগী ঋাঙাং খোম্থোক ওইনা।

লাইজা ইয়োককোমগী, হাউরৈ অৱাং লাইনা পাংবরমদা, চীংঙ্ রামজি নামুংবগী [1]আখারা ফম্বী-শেম, লম্বোই পুন্না তিল-হল্লে। চীংঙ্ রামজী নামুংবগী, আখারা ফম্বিরেনগী, হাউরৈ অৱাং পাংনা [2]য়োইবু লক্ষ্মী কালিকাবু লৈহল্লে।

মোংবহনবা তলা উয়োক-কোন্দুবু মুৱাপাল্লি মরৈখওনে হায়রবগী মহাবলি মশক শেম্না য়োংমু লাল্লুপ কাহল্লে। শ্বামিজি লাইবু নিঙবস্লুং শেলোই লংমাই-চীংগী, নাপোম মতা ফবদা আখারা মফম শেম্না লৈহল্লে।

লাইরেল মৈতেংঙ্না মমোম তমফা ৱাংঙমলোন চম্পকলতা অহেনবীবু গুরু সনা খাদা কৎচখিরে। মুৱাপালি মরমখৈগী লমলেন [3]উফোং পাংস্লুং ৱাংঙমলোনগী দমক্তা অওং অউন তম্বিখিরে।

ৱারম অসি মতুংদা লাইরেল মৈতেংঙ্না খোইয়ম মরনকূগী খাম্রন মথূবাক্তগী রাজ বলহোব লুৱাংবনাচিংনা শামী লানমী শগোল শামু রথ তুলাই হী-ওই য়াইওইরিবা পুন্নমাবু ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ অৱাং ফাংলৌ লাইমাখোম্বা মালেম লৈশেম্বা, কোরৌ নোংশেম্বা, চীংঙ্ অশীবা সনা খুয়ারেন্দা, হৈরাংপূংবু-লেম, তাউজিং থেনমাই-লাং, শিংলেন লৈরাং খয়োম চৈরোয়ননা কৎচ-রবনে, অস্ম পুরুমজরবগা, লাইরেল মৈতেংঙ্না গুরু স্বামিজি অথোইববু, তাংজা লূদ-থোং, রামাণ্ডি ধর্ম্ম অচেৎপা, রামনাম মিংথৈ শিদববু [4]তাংজা লৈতোল থন্না-শোন, ময়ু খোইয়ম

---

১। লাইখুরুমফম ওইনবা লাইশং শাহ্নুা। ২। পাম্বোইবীনি হায়নৈ। ৩। উফোংপাৎ=মহাবলিগী মমাংগী পাৎনি, মাসিবু মমৈথংদদি গুরুপাৎ হায়নস্থু খঙনৈ। ৪। চিন্দা তন্তনা শোন্দুনা।

লাইয়িংথৌ, অৱাং ফাংলৌ লাইমা খোম্বৰু, [১]উনবি পরয় চেংনা নিঙজমনগী, লাইরেল মৈতেংঙ খোংনাং ময়াম্বা, শ্রীগোপালসিংহ ঙিংথৌরেল, সনা হাকথক্তা, [২]পোইরৈ তাম্হোং ময়ুংকুই, ৱাংঙম লেমথোং মফে পাক্লা, লৈবাক তেংনৌ চিদাই নাইদনা, কুম্ভাই য়াইবি মরাং কায়না, মরম ৱাহোঙবা, চেঙ্গজা পোংথিনবা, চাবোক কাদংশিন, নাউতু খোংফেলেং লৈবাক মমান্নবদা পোইরৈ মীমাঙ-হেন, তাংজা লমলাই ঙান্না, পুম্নুং খাম্বী মৈরা মুক্তবমু তানফংজৈয়ে।

নদাইরেম ঙয়ম ইৱাকমদি নয়ু লৈবু লৈপুনবীনা নম্ম হোঙ-নেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবা, [৩]চারোন ৭ তানফংবা শূরোল ৬ লোনশিন্নৈবু হোঙনেম লৈনী ননা হোইরৌ লৈপুনশি, হয়া লিতাংশাংবু মৈনা ৱাই তাংনা শম্মা হোইরৌ হয়া লাউনা কোনশিল্লমগে হয়াহে হে হয়া হয়ি-এ !

লোইরবা

১। পূক্নিং চঙনা চেকশিন্না। ২। লৈবাক অসি মরাক ময়ুং পাক-হন-চাউহম্না। ৩। মচা ৭ কী মশূ ৬ ফংলকপগী মতম ফাওবা পুনশিহনা লৈজবা।

অ

অমম্=অমম্বা

অতিংঙা=অতিয়া

অৱবদি=অশেংবদি

অমেঙবনা=অতপ্পা বাহৈনা

অপিশা=অপিকপা

অসাইঙৈগী=মমাঙদা হায়খিবগী

অথূবা=অপিকপা

অচাউ লেপফারাশাংশু লমঙম্-
বগা = চাউবা মপুং ফারক্লগা

অৱাং ফাৎলো লৈমখোম্বা =
সনামহি

অচিবা =মরুওইবা, মচী ওইবা

অয়েং = হয়েং

অকেম্বা = কান্নদ্রবা, কম্ববা

অস্থি = (সং) শরু

অনা লাইপোৎ ফাবা =
অনাবা মপূংফাবা

অমৃত = (সং) শিবা নাইদবা,
অথুম্বা নিঙথিজবা ৱাহৈ

আ

আচার = (সং) চৎন-লোনচৎ

আখারা = (সং) লাইনিঙফম

আসন = (সং) ফমফম

ই

ইন্দাল্লক্লে = য়োৌনবা লাকলে

ইন্দানখিরে = ,, চৎখরে

ইমোম = ইচানুপী

ইশাবী = ইয়াম্বা, ইবুং

ইনুশিনয়োম = মপূকমনুং,
গর্ভমনুং

ইনৌহল = নঙথরকপা
খোমইন্দুনা

ঈ

ঈপাক = ঈশিং অপাকপা

ঈপাকথক = ঈশিং অপাকপগী
মথক

ঈরোয়ননা = ঈশিংগা লোয়ননা

উ

উনকোইনুংদা = পূক্নুংদা

উন,বি = পূকনিং

উনৌ = ৱাগী উশোই অনৌবা

উপূনশি =মতম কুইনা-
পুনশিরবা উ

উন,থম, = নিংথমথা

উন, তরুক য়িরিবা = থা ৬
নিংথমথা ওইবা

উত্তম = (সং) অথোইবা

ক

কোলোয় = মিং

কলহৌনীক্লা = কম্বি থোক্লা

কোংয়াং = ব্রা পান্বী

কন্‌বা = ঙাকপা, অকনবা ।

কায়নৌ = থব্রানপিচাক

কোন্নুং থনবী = কোন্নুংদা য়াকা-
তুনা লৈরবী

কোনলোই = লৈফম, শঙ্গায়

কান্বী = কালেন্থা ( থা ৬ )

কায়রৈ = য়েন

কাংদেন = লংনবা উগী নত্রগা
ব্রাগী চৈ মতেক

কাদেং = থাংশাংবা

কোনখাং মরোল য়ান্বা = মচা
ইবুংঙো মশীং য়ান্বা

কুচু থোনলাং মৈদ = ব্রায়েল-
শঙগী ফম্বৈথক্তা

কাচক হৌনা = কঞ্জাউ থোক্লা

কীর্ত্তন =(সং) পুং পেরে য়াউনা
লাইগী মিংথৈ শোনবা

খ

খোইয়ম = লাই

খাউরৌ খাংয়েৎনা — খারৌনা-
খাংদা য়েৎতুনা

খান্বী = মৈ

খুৎব্রাইথোং = খুৎপায়ফম

খাবী = মাইবী

খোংলেনববু =নিঙথিরবা ইখোঙ
ওইববু

খোইমোম = লাইনুপী

খমকোল = নুংশিৎ

খরং হাই নুচেক = খুনু খরং

খোন্দাননা = খোঞ্জেল মান্না

খানলৈ = লৌ

খাঙয়েন চন্দরিবা = শিদ্রিবা

গ

গোত্র = ( সং ) শাগৈ

গুরু = ( সং ) কুরু

গায়ত্রি = ( সং ) গায়ত্রি ।

ঘ

ঘৃত = ( সং ) ঘী

ঙ

ঙানবা = মঙাল লৈবা

ঙাইরোইননা = ঙাইবগা লোয়ননা
ঙাইরোং = শিং
ঙাইখমজবা = ঙাইজবা

চ

চীংঙ = লাই
চিত্ত (সং) পূকন্নং
চয়রোইননা = লোয়ননা
চোক্লরিঙৈনে = চোকথবা মতম ওইরিঙৈনে
চাচন্নরবদা = মচা ওইনা থৌজানবিরবদা
চিন্নখিরবদা = তিন্নখিরবদা
চাইজি = অকুৎপা
চামলৌ = লা
চোয়নৌ = ফুদোংলবা, চোয়থোক্লবা, সনা
চেনফদনা = চেন্দনা, হুংদাক্তনা, লয়থোক্তনা
চৈরৈ = ফি
চীংনিংনাং য়াংশরীক = চাংদা লৈবা হরিনোংনাং
চৈরৎপিহন ও = লেপহন্‌বিয়ো, তোক্‌হনবিরো
চকমোম = মৈ

চাদ-লাইহুই = মচা মশূশিং পোকথরকপা
চন্নরা = নিংঙোলশিং
চাতি = থাউমৈ
চিমখুরোল = চিঙাখম নিঙোল
চরাই = ফুক

ত

তেৎনা = শোয়দদা
তিংডিগুম = তিংডি কৌবা উচেক্লুম
তেনোই = তেনবা
তরা = চাক
তেশিনখিরে = হুপ্পিনখ্রে
তৌশিকলা = তৌরবরা
তু-চা-হৌ = মতু মচা পুন্নমক হৌতুননা
তাউবা = হুই
তাংনা নকপা = মতাং তেনবা
তোংচেং = থবানপিচাক
তিংডি বাফোংলাক = তিংডি কৌবা উচেক্লা য়াম্না তাবা-লম
তলা = উ
তোংচা-পক = হকচাংদা শদোং পক্লনা

তুবি = মরোল ও তুনা পীবী-
য়োকপিবা

তাউজিং = হয়,

তোয়নবা = নুংঙাইনবা

তোরৈ নামশংকোন = ঈশিং
ঈচেলনা কোনশিনবা লম

তেকপি = ওক

তীর্থ = (সং) লাইফম

তপস্যা = (সং) লাই নিঙবা

তান্তেক = কোন-শাবা

তাংশক্তে = শকখঙদে

থ

থৌশীরকলে = পাউখোল শীরক্লে

থৌনারু-ও = পাঙ্গল থোক্লা তৌরু

থৌতিকখোনগী = থৌরম তাকপা
মতুংইন্না

থিয়াথৌ = থিজিনবদা থৌবা
মাইবা

থিকলেন = নিঙথিবা থবাক

থিকলেন থানাইদবী = থবাকী
অতোঙ,বা শরুক লৈতবী

থোংনাং = ময়াং

থংদা = হুকথংনবা

থৌদু = নুং

দ

দান = (সং) মীঙোন্দা (অতোপ্পদা)
লেন্না কৎপা পীবা

দক্ষিনা = (সং) দান তৌবা

দণ্ডবৎ = (সং) হুকচাংগী মফম
৮শুনা লৈবাক শোক্লা খুরুম্বা

ন

নথোক্রকপা = মথোক কারকপা

নুজা = নুপী

নাতারবগী = নাদ-তারবগী

তমলেননুংগী = তমপাক অচৌ-
বগুম্বগী মনুংদগী

নাহাবা = নহা ওইরিবা

নোয়না = জগোই শানা

নোংলিংজরুববু = সৌর জগৎ
শেমজরুববু

নহু নিংথৌ = নৌপা নিপা

নোইগু = থুম

নিংতে মাঙতে = নিঙজিং মাঙজিং

নুন্না = নুপী

নয়ু = নবুথৌ

নারা = অঙাং
নাউয়ান = মশা লুম্বা মতম
নাইজা = অহল্লপ নাহারুপকী মী
ননুংবাল = লুবাং শলাই
নশল = নহাক্কী শল
নমী = নহাক্কী মী
নোংবাললোন = অঙোম চনু
নাউশঙ = অঙাং লৈফম ( নাউ-
য়োম )
নাউনৌগবরা = অনৌবা অঙাং
পোক্কবরা
নরলকুগী = নথোজানগী
নোংথাংকোন = অতিয়া
নুংনাং কাউখং কোন = অতিয়া
নবাব = পাঙলশিংগী নিংথোগী
ফম
নাভি = (সং) খোয়দো
নোংবাল = অঙোম শাগৈ
নোংহাময়ে = নুমিৎ অতুমা থাঙএ
নাপ্প চিকথেন্না = নাকোংদা
লোন্না ভাঙদুনা
নাফংলে = অনাবা ওইরে
নুরা তেম্মন্নজবনি = নুপী বাসু
মতানজবনি

প

পায়মা = পূক্লিং
পাউকৌরবগা = কৌহল্লবগা
পারী = ইচানিপা
পুরুম্মবগা = খুরুম্মবগা
পিবুকনুংদা = পূকনুংদা
পাউশানরবা = বারী শাররিবা
পানাইদা = মপা অপোকপা
লৈতনা
পাউমেনরাগী = বা মেন্নরকপদগী
পানবা = কৈ
পুরুমজববু = খুরুমজববু
পুনুং = লফু, হকচাং তাইনবা
পণ্ডিত = (সং) অখঙবা, অহৈবা
পাউলাল্লমবগা = রা হঙ্গৎলম্মবগা
পামেল = উ
পল্লু = পন্ মরু ( মকোক )
পোনবী = য়ুমদা য়োকপা উচেক
পাতাল = (সং) লৈথা
পাইরোরেম = মবাই ইবুংঙো
পিতৃলুক = (সং) ইপা ইপুশিং
পিশোললে = মমা কৌনা নাহেরে
পেরে = খোংনবা যন্ত্র অমা

ফ

ফৈরাতান্দা= ফৈগল মথক্তা

ফিশেংনোং= মুপীগী কোক লূবা মুমিৎ

ফুইগবরা=পোক্কবরা

ফাহাপ্পনা=মতোল খূমখৎনা হৈহুনা

ফেনচি-ওই= মুংশিৎকী মওং ওইনা

ফমদোংনোংদা=ফম্বাল তোংবা মুমিত্তা

ফিগে=নিঙথিবা ফি, ফিগেফনেক

ফয়েং নোংফাইফম = অহিং য়ায়রেকফম, লেনফম্

ফাৎলৌ লৈমাখোম্বা =সনামহি

ব

ব্রহ্মচার্য্য = (সং) লৌনিং চানিং অপামমুংশি থাদোক্লবা মী

ব্রাহ্মন =(সং)ব্রহ্মভোজন তৌবা মী, বামন

বনমালি = (সং) কৃষ্ণ

বৈষ্ণব = (সং) বিষ্ণু উপাসনা তৌবা মী

বৈরাগ্য =(সং)অপাম্বা থাদোক্লবা লম্বোইরবা মী

বংশ = (সং) শাগৈ

ভ

ভজন = (সং) লাইনিঙ

ভক্তি = (সং) ঈশ্বরদা থাজবা য়াখল লৈবগী মওং

ম

মালেম = পৃথিবী

মরলকূগী =মথৌজানগী

মিৎশোক্করুবগী=মিৎ চানরুবগী

মমোম = মচানুপী

মালং = মুংশিৎ

মশানৌ = মনাউ, মতালোই

মশাবী = ময়াম্বা, মবুংঙো

মরান = ময়ুম

মপারী = মচানিপা

মীনোংথৌ = মীগী নিংথৌ

মনোংয়াই = মশূনিপা

মতে খঙদবা = মতৌ মওং খঙঙমদ্রবা

মকাশানা = মাগী কাদগী হৌরকপা মশানা

মৈহুৎ নোংলোন শেম = মৈহুম উতোং শেমদুনা

মথেল = মথল
মতেং-হৈ = মথৌরাং, মনোংদম
মনশারীক = নাউ শাবা
মিৎমৈ পোরোং শুম্নবা = মিৎমৈ খূইরবা
মথোক্লকপা = ইনখৎলকপা
মার্গ = লাইনিঙফম
মবাকমা = মাগী শৈথারোল
মনোংয়ায় = মশূ
মংগল = মোগল শাগৈ
মুকমু হাইমৈ চোনবু = শনবু
মৈতেংঙ্চা = নিংথৌগী মচা
মীশুরোনবু = মী তাদবা লম্বু
মংতবাবু = নত্তবা ন্নাবু ওইথোক-তবা ন্নারম্বু

ন্ন

ন্নামান্দি = রামবু উপাসনা তৌনা চৎপা ধর্মগী কাংবু

ল

লৈশেমগে = লৈবাক শেমগে
লাইজা = ঈশিং
লনশাজববু = লাইন্নিঙ পরয় চেৎচববু
লিনচূবী = খোয়রী লিনশাং য়ৌনা চূনবী
লোন্দম চেক্লা = মীরোল থোকপা তম্বা উচেক্লা
লেমলৈ = ঙা
লিত্তিনলৈ = খোয়জেল লিংজেল তিন্নবা লৈ
লনকুবা = থৌজানবা
লাফৈ পাকপা = লাংগী মরাক অপাকপা
লিনকোইগী = গর্ভদগী, পুক্রংদগী
লাংহৈ = চহি
লয়মাবী = লৈবাকী মমা ওইবী
লোইদাম = থা
লনশাথৌদা = লাইনিঙবগী থবক্তা
লালু = মকোক
লাংফেৎ = হাইরপ, হাইফেৎ
লৈহেম্নবা = তম্না অমুক হল্লকপা

ব

ব্রাইথুংলববু = য়োরববু
বাহমজরকয় = বা হায়জরকএ

ৱাপিহল = ৱা মচং ঙাংবা অহল, মচানিপা অহল

ৱাহমখিয়ে = ৱা হায়খিএ

ৱাংবল = ৱাংদ-ৱাংবা শৱক্কা পল ওইবা (লাই)

ৱাউ তরুক য়িথাবা = থা ৬ নোংজুথা ওইবা

ৱাইরমইগীদি = তুং ইল্লম্নবদি

ৱাইখুবিচা = ৱাইখুমচা

ৱায়রা = তেন

ৱাংলেন = পুং

শ

শৈওনবা = শাইওন তৌবা

শৌরা = য়ুম্বী

শানথৈরবগী = য়েংলবগী

শানশুদরবগী = জীব মশীং য়াম্না শারবস্থ নিঙবা থুদরবগী

শাফু = মতু কিহোম মকু মান্না পানবা, শা মখল অমা

শামি = মশাগী মমি

শানথুপখিরে = মুশা থুপখরে,

শোনমোইনা = মতৌশমতা লোম্না শোন্দুনা

শেনবি = মী শা জীবপুম্নবু শেনবিবা, ঙাকপিবা য়োকপিবা

শকথোং-তাই = শক-চু তাইবা, কুচু ওনবা, ঈ থাংদবা

শোংশুক = অপর বর্ম্মাদা লৈবা খুল অমা

শাচা-মসুং = অপিকপা শা মচা অমফাউবাস্থ

শিনৌ = উনশা, লশিং

শেন্লোপশঙ = য়ুম লোঙথোকপা শঙ

শেককুরেক = উরোক মতুনা শেম্বা উরেকশেক

শোংকিৱাবু = তু চুংনা কিবা মরম্না

শিফা = লৈচিল অপাবা

শাথৈ = শাগৈ

শাক্ত = (সং) শক্তি পাম্বা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবু

শাখ্য = (সং) সখিভাব ওইবা, মরুপ ওইবা

শিঙবী = উগী ৱাগী শীং অপৌবা

স

সাধু = (সং) লাইনিঙবা মী

সন্ধ্যা =(সং) নুমিদাংবাই
স্ত্রী = (সং) নুপী
সংকলপ =(সং) ৱাশকপা
সেবোক = মচামনাই ওইবা শিষ্য
সন্ধান =(সং) মপা য়েংবা

হ

হক্কা = য়াম্না, কনশিন্না, লুম্না, হকচাংনা
হেকমাই = খেরাং থাংনা, হরাউনা মথোইকানা
হক্কা = হকচাংদা
হুয়েল = লান
হামলেন = নুংশিৎ মনিল মখল অমা, নাইট্রোজেন
হেনমোইবা = থোইনা হেন্না নিংথিবা
হুইনাহা থাংনৌবা = লাই সনামহি[illegible]
হাওরৈ = মায়কৈ
হেপথোকফদে = হীকতোকফ[illegible] ইন্দফ[illegible]

হারী = হারী কৌবা অপিকপা জীব খোংবদা মখোলনিংনিং লাউনা খোংবা
হিখৌশারবা = শিজিন্নবা য়াত্রবা হিগুম্নবা

ক্ষ

ক্ষেত্রি = (সং) ক্ষত্রিয় শাগৈ

য়

য়োইচান্নরে = চেৎনা চান্না তৌবিরে
য়াইবি = থৱাই
য়াতানোং = হিপ্পা নুমিৎ
য়াকারে = তিল্লে
য়াতারিঙৈ = লৈরিঙৈ, হিপ্লিঙৈ
য়িয়াশেংগা = ঈশিং অশেঙবগা
[illegible] = [illegible]শিং হৈথবা
য়োয়[illegible] = শা[illegible]য়ে
য়েনল[illegible] = য়েনশাং মথেল মথেল
য়াকু হীপফি = [illegible]থাফি অশুবা।